# খোঙজি মখোল

(সাহিত্য একাদেমি মনা ফংলবা)

নিংথৌজম সুনিতা



মণিপুর সাহিত্য সমিতি, থৌবাল

**KHONGJEE MAKHOL**
*(A Sahitya Akademi Award winning book)*
*Written by Ningombam Sunita, Published by Chanambam Jarma & Ningombam Ningol Chanambam Ongbi Tembi on behalf of Manipur Sahitya Samiti, Thoubal.*
*1st Edition : 12 January, 1997; 2nd Edition : December, 2007.*

অহানবা ফোঙবা ঃ জানুবারী ১২, ১৯৯৭
চনম্বম জর্মা অমসুং নিংঙোম্বম নিঙোল চনম্বম ওংবী তেম্বী, থৌবাল ক্ষেত্রিলৈকায়না মণিপুর সাহিত্য সমিতি, থৌবালগীদমক অনীশুবা খূৎনম ওইনা পুথোকপা, ডিসেম্বর ২০০৭।



মখূম য়েকপা ঃ বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম
মমল ঃ লুপা ৯৫/-
লাইরিক মশীং ঃ ১০০০



নম্ফমঃ সিরোই ওফসেট প্রিন্টর্স, থৌবাল কৈথেল, মণিপুর।

---

**অইবীগী হান্না ফোঙথ্রবা লাইরিক ঃ**

*খোঙজি মখোল* (রারীমচা, ১৯৯৭, ২০০৭)
(সাহিত্য একাদেমি মনা-২০০১ অমদি খাইদেম প্রমোদিনী সনাগী মেদল-২০০১ ফংথ্রবা)
*অকায়বা মিংশেল* (রারীমচা, ২০০৪)

পৈশিদ্রবা ঐবু পোকপীরম্বা

নিংঙোম্বম মঙোল সিংহগী

মকমদা কচ্চবা।

# সমিতিগী মায়কৈদগী

মণিপুর সাহিত্য সমিতি, থৌবালনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ (মশা) থৌবাল হায়না লৈবিগৈদা ফোঙখিবা নিংঙোম্বম সুনিতনা ইবা *খোঙজি মখোল* চহী তরাগী মতুংদা অইবীনা সমিতিদা শিন্নবিরক্লুনা সমিতিনা অমুক হন্না ফোঙবা ফংজবা অসিমক লাইবক ফবনি। থৌবাল লমদমগী অইবা অইবীশিং পূল্লপ পূনশিন্দুনা সাহিত্যগী ঈহৌ অমা কন্না পুখৎনবা হোৎনরকখিবা তানফমদুদা মতমদুগী মণিপুর সাহিত্য পরিষদ (মশা) থৌবালগী প্রসিডেন্ট যুগেশ্বর ৱাইখানা "...ঐখোয়গী খূৎনা লাম্বা ফংদ্রিবা মঙ নোংমদি শোয়দনা মখোয়না মঙফাওনহল্লক্কনি হায়বসিদা ইশামক্কী অমদি পরিষদকী ওইবা মপূং ফাবা থাজবা লৈজে" হায়না লাইরিকসিমক্কী অহানবা খূৎনমদা মঙখিবা মঙলান্দু ঙসিদি মঙফাওনরকপদা ঐখোয় পূম্নমক্তা হরাও-নুংঙাইবগী অঙকপা ইনোৎ অমা অসুম্মক কাহল্লি।

লাইরিক অসিগী কোপি ফংখিদবা চহী যাম্মা যাল্লবনি। অইবী মশাদা অমদি সমিতিগী ওফিসতা লাইবিক অসিগী কোপি ফংহনবীয়ু হায়না মশীং খঙদনা অইবা ওইনা অমদি ৱাহৈ ওইনা মণিপুর অমদি মণিপুব ৱাংমগী মীওই কয়ানা হায়রকখিবদুনা থৌনা ওইরগা অনীশুবা খূৎনম অসি পুথোকচবনি। ৱারীমচাগী লাইরিক অসিমক ইংলিশ অমসুং হিন্দীদা হন্দোক্লুনা ফোঙদোক্লবা অপাবশিংনা হায়রকপগী মতুংইন্না পুথোক্লনবগী আশাসু অইবী অমদি সমিতিদা লৈবি। *খোঙজি মখোল* গী অনীশুবা খূৎনম পুথোকপদা শেলগী পোৎলূম পূন্না পুবিখিবা চনম্বম জর্মা অমদি তেম্বী অনীবুসু সমিতিগী মায়কৈদগী তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

সেক্রেটরি

ডিসেম্বর, ২০০৭। মণিপুর সাহিত্য সমিতি, থৌবাল




## পরিষদকী মায়কৈদগী

চহী খরগী মমাঙদগী মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ (মশা) থৌবালনা মায়কৈ অসোমগী অইবা অইবীশিংবু পূক্লিং থৌগৎপগা লোয়ননা লাইরিক ফোঙবগী থবক লেপ্তুনা চথজরক্লি। ফোঙদোকখ্রবা লাইরিকশিংদি (১) *মালেম লৈচন* (পরিষদকী খোমজিনবা ব্রারীমচাগী লাইরিক), (২) *মতুম তাশিল্লবা য়োৎ* (যুগেশ্বর ব্রাইখ্বাগী ব্রারীমচা) নি। হন্দক অহুমশুবা খুদোল ওইনা নুপী অইবীশিংগী মরক্তা আশা য়াম্না তৌজবগা লোয়ননা নিংঙোম্বম সুনিতা-গী *খোঙজি মখোল* কৌবা ব্রারীমচাগী লাইরিকসি মীয়ামগী মফমদা লাম্থোকচরি।

লাইরিক অসিগী মনুংদা ব্রারীমচা ১৫ য়াওরি। থোইদোকপা মখলগী ইবগী চৎন-পথাপ অমদি মনুংহুনজিনবা মতীক-ময়ায় অখঙ-অহৈশিংগী মফমদা লাম্থোকচরি। মায়কৈ সোমদা নুপীমচা অইবী অমা ওইনা মতীং ফূদোরকপগী নুংঙাইবসিদি পরিষদ অমসুং ইশামক্কী মায়কৈদা মপাল নাইদনা লৈজে। মায়কৈ অসোমগী অইবীশিং-- প্রমোদিনী, সত্যবতি, সনাতোম্বী, সুনিতা, সুবমা... পরিষদনা করিগুম্বা খরা মখোয়দগী আশা তৌরি। ঐখোয়গী খূৎনা লাম্বা ফংদ্রিবা মঙ নোংমদি শোয়দনা মখোয়না মঙফাওনহল্লক্কনি হায়বসিদা ইশামক্কী অমদি পরিষদকী ওইবা মপূং ফাবা থাজবা লৈজে।

**যুগেশ্বর ব্রাইখ্বা**

**প্রসিডেন্ট**

**মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ (মশা) থৌবাল**

তাং ২০/১২/১৯৯৬ ইং

# অনীশুবা খূৎনমদা অইবীগী ৱারোল

চহী তরাগী তুংসিদা ঙসি ঐগী অহানবা ৱারীমচাগী লাইরিক *খোঙজি মখোল* অমুক হন্না মীয়ামদা শিন্নজবি।

লাইরিক অসিগী অহানবা খূৎনমদগীদি বানানগী মতাংদা খরা শেমদোক-শেমজিন তৌজখ্রে, পাবীরিবশিংনা ঙাকপীগনি।

অনীশুবা খূৎনম অসি মতম কুইনা পুথোকপা ঙমদনা লৈরকপদু ঐগী নুংশিজরবা ইতে অমদি ইচে চনম্বম জর্মা অমদি নিংথৌজম্বম নিংথৌল চনম্বম ওংবী তেম্বী অনীনা অচঙবা শেল পূম্নমক মণিপুর সাহিত্য সমিতি, থৌবালগীদমক পুথোকপীদুনা ফোঙদোকপীবগীদমক লমন তোনশিঞ্জরে।

বানানগী মতাংদা অশোয়-অঙাম য়েংশিনবীখিবা ঐগী ইপ্পা এ এস মৈতৈ অমদি লাইরিক অসি পুথোকপদা অচৌবা থৌদাং লৌবীখিবা ইপ্পা ইমোজীৎ নিংথৌজম্বমগী মফমদসু শিংঙমদ্রবা লমন তোনশিঞ্জরবনি খন্না ইপ্পা অনীবু হন্না হন্না থাগৎচরি। লোয়ননা, মণিপুর সাহিত্য সমিতি, থৌবালনা অমুক হন্না লাইরিকসি পুথোকপদা অয়াবা পীবিবগীদমক সমিতি অসিগী মেম্বর পূম্নমকপু ইকায় খুম্নবা উৎচবগা লোয়ননা থাগৎচরি।

সিবোই ওফসেট প্রিন্টর্সকী ইপ্পা শরৎচন্দ্র নিংথৌজম্বম অমদি ষ্টাফশিংনা লাইবিক অসিবু ফজবা মওংদা পুথোক্নবগীদমক থৱায় য়াওনা হোৎনবীখিবগীদমকসু থাগৎচরি। অরোইবদা লাইরিক অসিগী মখূম অমুক হন্না য়েকপীরকপা তামো বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম্বসু লমন তোনশিঞ্জরে খঞ্জবগা লোয়ননা থাগৎচরি।

— অইবী




## করিগুম্বা খরদং

ৱাখলনা ৱাংন-ৱাংনা পংপাইদা পাইখৎলুই। ইশাগী লৈমায়দা তারিবা অপীকপা ইমি উরকপদা অমুক নীংহন্নরকই-- ঐনা তৌজ'সারিসিবু খন্দুনা। অদুবু, ৱারকপসু হেক ঙমদে ইশাগী পূক্লিং, ঐবু মঙ তত্তনা মঙহল্লি। ইতীক-ইপা চায়-চাদে খন্থকদনা মতেক-মতেক ইরুই। ফোঙদোকপগী ৱাখল লাকপদা ঐগী ওঝা যুগেশ্বরদা হায়জরুই-- ওঝা ঐ লাইরিক ফোঙলগে। ওঝানা ফোঙদোক্তবা য়াদ্রবনি তাকপীরকই। প্রেসতা শিন্দোক্লবা ৱাবীমচা খরা হান্না পীশিন্দুনা ১৯৯৬ কী সেপ্টেম্বর ১৫ দগী নম্বা হৌখিবনি।

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱাবীমচা 'লীক্লী মচেৎ' হান্না থৌবাল রাইটর্স এসোসিয়েসন্না ফোঙবা "নুঙলক্তগী হৌরকপা লৈ" কৌবা ৱারীমচাগী খোমজিনবা লাইরিক্তা হাপখ্রে। অদুগা "পক্ষিরমদাই ঈশৈ" হায়বসিনা নিমাইচান্দ হাইযার সেকেন্দরি স্কুলগী মেগাজিন্দা হাপ্তুনা ফোঙজখ্রে।

ঐঙোন্দা অকনবা শাফু পীদুনা থৌনা হাপ্পীখিবসি ওঝা যুগেশ্বর অমদি তা'বিদ্যা (বি বিদ্যা শর্ম্মা) নি। লাইবিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদসু অচৌবা থৌদাং লৌবীখি।

মখোয় অনীগী মফমদা ঐনা শিংঙমদ্রবা লমন তোনশিঞ্জরবনি। অদুগা লাইরিক অসিবু ফোঙদোকপীরিবা অমদি অঙম্বা থৌদাং লৌদুনা তেংবাংবীখিবা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ (মশা) থৌবালগী হান্না প্রসিডেন্ট ওইবীরম্বা ওঝা লৈশাং বীর, সেক্রেটরি, ওঝা ধনঞ্জয়, অমদি অতৈ মেম্বরশিং তা'নোবেল (নোবেল ক্ষেত্রি ইপ্পা ইমোজীৎ নিংঙোম্বম, এঃ এসঃ মীতৈ, ঐগী ইমান্নবী শয়া খাংঙেম্বম অমদি অতৈ মেম্বরশিংবুসু ইকায় খুম্নবগা লোয়ননা থাগৎচরি। লাইরিক অসিবু নম্বীরিবা বিঃ আরঃ প্রেস, থৌবালগী প্রোপাইটর মামো বাপু (বাপুশ্বর) অমদি ষ্টাফশিং সার, ইবোবা, নবা, সুনিলবু ঐনা হন্ন-হন্না থাগৎচরি। মামো বাপুনা ঐগীদমক তৌবীখিবা মতেং, প্রুফকী মতাংদা ইশানা চৎপা ঙমদবা মতমদফাও যূমদা থিনবীরক্লুনা হোৎনবীখিবা পূম্নমক পুক্নিগী কাউদনা লৈজরগনি। লোয়ননা মখূম য়েকপীয়ু হায়জরুবদা হরাও-হবাও যাবীরক্লুনা অতেনবা মতমগী মনুংদা য়েকপীবকখিবা অমদি পূক্লিং থৌগৎপীবকখিবা তামো বিবেন্দ্রজিৎ নাওরেমবুসু থাগৎচরি।

অরোইবদা পঞ্জনীংবদি— হন্দক পুথোকচরিবা লাইবিকসি ঐগীদি অহানবনি। বনানগী অমদি অতৈ অশোয়-অঙাম, অরাৎ-অপাশিং পাবীরিবশিংনা ঙাকপাবগা লোয়ননা পাউতাক পীবীরকউ। ময়ামগী পাউতাক তরাম্না লৌশিঞ্জগনি।

— সুনিতা

# য়াওরিবশিং

## লৈদু মৈদু

“নমিং করি কৌই?”

“ইন্দ্রানি।”

“কদায়দৈনো?”

“লমশাংদগীনি।”

“নুপাগী মিং হায়য়ু।”

“লৈতে।”

খল্লি অঙকপা নুপীনি। মখা তানা হংলুই, “অঙাংদি লৈত্রা?”

“লৈ।”

“কয়ানো?”

“অনী।”

“অঙাং’গী মপাগী মমিংদু হায়য়ু?”

“শিখ্রবদুই মিংনা কৈদৌনদোইনো? ঐ হায়বা ঙল্লোই।”

ঐনা ধমকি তৌই।

"নগুক কনু! নগু ঐবু উশিংত্রা? নোয়গুম্বা মফম মরাঙ খঙদবী..."

"ঐগী মরমদা করি খঙবীদুনা ৱাফমদু পল্লি'নো? সারগী ৱাহংদু চথবিয়ু।"

মরক থংনা শং হায়দোরকই। ঐগী খোইদৌ থীংপীদু য়ৌরে। হংলুই, "ফংলিবা মালসি গ্রাম কয়ানো?"

"যাখৈ।"

"করিগীনো থবকসি তৌরিদি?"

খুন্নক্তে অমুকসু হংলুই, "ননাদু পান্দ্রা? করিগীনো নঙনা মসি তৌরি'সি?"

"হিংনবনি।"

খঙ্ঙি, পাউখুমসি ফংগনি। অসি নত্তনবু করি খুন্নক্কদগে? মখা তারুই, "নঙগী থবকসিগা মবী লৈনবশিংদু কনা-কনানো হায়য়ু।"

"কনা'মত্তগা মবী লৈনজদে।"

"মচীন্দু থীনুনে। নংত্র'দি পোংসি কনাদা শিন্নদোইনো?"

"মদুসু ঐ খঙজদ্রি।"

"খঙদনা হেক্তা তৌ' য়াবরা?"

পাউখুম লাক্তে। ঐনা লাউহংলুই, "খ্যয়! কনাদা শিন্নদোইনো?"

"ঐ খঙদ্রি অশেংবনি। মসিনা ঐগীদি অহানবনি।"

"হান্নদি কৈদৌরম্মী?"

"হাজিরা শূরম্মী।"

"প্রসুক ফত্তবা লম্মীসি নত্তনদি হিংনবগী পাম্ম অমত্তা লৈজদ্রা? নশক হাযরা অদুক থীবসু মান্দে।"

"করি হাযবা? অমুঙংগা হায়রিয়ু।"

ঐ গুকই, মাগী কন্থা-করেম্মবা খোঞ্জেলদু। অদুগা থৌনা অমদি খোযশাঙনবগা লোযনববা বাহংসিদসু।

"হৈৎ! করি নুপীনো সিবো? অসুক চাউখ্রবা পৃথি'সিদা নথীবোঙদু পুবিনবা কনাসু লৈত্রা? নুপী অমা ওইবৈ লেমজবা শিনফম অমা থিবসু য়াই। নশাগীতা নত্তনা সমাজসি মাঙ্গনবা শীল্লিবা করিগীনো?"

"থীবোঙ পুবিনবা কনাসু লৈতে; অদুগা অদোমদা পুবিয়ুসু হায়খিদ্রি। চত্থফম থোকপদু চত্থবিয়ু।"

ইস! নুপীসি মওংদি ওংদা অমনি। অসুক মৃকপা, অদুগা অসুক থৌশাদবা মতৌদু ঙকই।

ঐনা খোন কল্লপ লাউহৎলুই, "কয়া ইকায়' খঙদ্রিনোনে। নোয়গুম্বীশিং 'সিননিনে, লৈবাকসে শলাক শাহল্লি'সে। নঙ মসিগী দন্দী কয়াম চাউই খঙদ্রা? আইনবু কৈসু লৈতনা খনবা মশাগী ইজ্জৎ য়েংদবা নোয়গুম্বা অরেপ্পা মপূ পান্দবশিংসিদিনে হেক লাক্লরবতদা খঙগদবনি।"

"অদোম দরকার ওইবদৈ হেন্না ঙাঙবীরমাল্লে।"

করম্বা নুপীনো'সিবু। দরকার ওইবদগী হেন্না ঙাঙবগী মরম মহাক্না খঙদে। অতৈ নুপীশিং ওইরম্লদি ঙসাইনা মখূত্তগী শেঙ্গাও লাম্থোক্লিংঙাই লৈত্রসু নুপী অমা ওইবগী হায়জ-নোঞ্জবদা ইকায় ইকি-হুন্দোক্লম্লনি। ইয়াম-য়াম্বা পোৎসু নত্তে। অসিগুম্বা গ্রাম মঙা-তরাদি হায়রুনু য়ামখ্র-য়ামখ্রবা মাল কয়া মিনুংশি য়েংদুনা নৎত্রমকসু ফৃরিৎখাউসিদা খরদং চঙখিবদা ইকোম-কোম্না থাদোকখ্রবনি। মশানা খঙলদি কেস অসি রেজিষ্টর তৌদনা তোকথোকপসু য়ারিপোৎনি।

"অদুক য়াম্না তাকপীদ্রসু পীফম থোকপা দন্দীদু পীবিয়ু, ইরালগীনি। অসিদগী হেনবা তমথীবা দন্দী কয়া ইরাল লৈতনা ফংফম থোক্তনা পুন্সীসিদা কয়ারক ফংখ্রবনি।"

মহাক্না মখা তারকখিবনি। ঐ ঙক্লম্বদগী নোক্লিংবা পোক্লে। মাঙদগী টোর্চলাইটতু শৎ পায়খৎলগা মমায়দা কাপশিন্দুনা মশক্তু মুন্না য়েংলুই। ওহ! নঙ! শ্বায় লাউখি ঐ। মঙকাদি নত্তেদনা?

মহাক মমায় লৃকর্থখি। ইন্নফিগী ফিজিদু চিংখত্তুনা মায়থোঙদু হেন্না খুমজিনখি। অদুবু, মাগী খজাই চায়রুংদুদা লৈরিবা শাংলবা দাগফমদুদি লোৎ্না য়াখিদ্রে।

নুমিৎতু ঐ ইমাগা চাকশঙদা চাক চাগে হায়দুনা ফমথবদা ঙায়রি। সনাতোম্বনা মাঙ থারগা মৌ অতোম্বীবু মশাগী চাক শরুক্তু পুহল্লগা ঙাওন-ঙাওনা চঙলকই,

"সিদা চারুলাউ নঙসু। নঙদি মী নৎত্রা? কৈদৌবৈ হূই হৌদোংদৌনা মপূনা থাবা মফমদা তোঙান্না চাদোইনো?"

হুক্কে তৌরম্বা চাক চখোমদু থাদরগা ঐনা সনাতোম্বদা শাউনা য়েংলুই।

"চাক চখোম অমতং য়োৎকে তৌবনি, মহা-বিঘিনী অসি হেক উবদা থজীদুম শাউগৎলিদা। চাদা চাজররোই ঐ, পূক্লুংসিদা হূ ওইনা তাদৌ শরুক।"

ইমানা মচীন্দা চবেঙ-চবেঙ ঙাঙলগা খঙবু খঙহৌদে, এঞ্জাং য়াওবা তেঙ্গোৎতু শৎ লংখি। থোঙজিল মপালদা খোঙ থাংজিল্লকপদা ঙায়রিবী মৌ অতোম্বীদা পানখি। মখূত্তো পাযরম্বা চাক এঞ্জাংদু নাম্থোক্লুনা তুনিশনখি। ইমাগী মীচঙদা লেপ্লুনা ঐসু সনাতোম্বদা চৈরুই, "মসিতা থোক্লবা শীনবনিনে? নঙনা অসুক ভাব তাদবসিবু করিগীনো হায়মি? নঙ' হাক্তকসিদা ইমুংসে লোইনা কাযনরদৌনি।"

"কায়রসনু, ঙসিদি পূম্নমক থুগাইরগে। ঐ অমুক খাঙবা ঙম্লরোইয়ে। করিগীনো ময়াম চঙদুনা মঙোন্দা অসুক তমথীরিবা? মাসু মীনে, শা-ষণগুম্না লোইননবা পুরকপা নত্তে। ঐগী নুপীনি, য়ুমসিগী মৌ।"

ঐগী চাম্থক্তা খুন্নকপদুদা শাউমনখিদুনা ঐনা সনাতোম্ববু থীনা ফুখি। মৌ অতোম্বীগী চায়রুংদুসু কায়দুনা ঈ লেপ্লুনা চেম্থহৌবদু ঐ হাইফেৎ উরম্মী: অদুবু চাউকান কান্দুনা হন্না য়েংলমদনা থোরকখি।

ইমানা মৌ অতোম্বীবু য়াখিদ্রিবসি অতৈগী নত্তে, মহাক লোই নিঙোলনি, ঐখোয়না খামোন্নি। পাবুংনসু য়াম্না য়ারমদে। পাবুংনা ঙন্না লৈখিদবদু মৌসিগী মরমগীনি হায়না ইমানা তত্তনা তাইনৈ। কৈবোয়-লৈকায়, শাগে-নাতৈগী মাঙদা পাবুংদু ইকায়-ফিরুক খুমখিবনি। মদুতনা লাইমন ওইদুনা শিত্থবনি হায়না ইমানা খল্লি।

ঐগী ইনাও সনাতোম্বদু মনুং য়াম্না কনখি। নুমিৎতুদগী খাম্বা য়াদনা মৌ অতোম্বীদু পুদুনা চৎখি। কাইনাথংনদা কোইথি-থিবদগী লমশাংদা লৈরে হায়বগী পাউ ফংখি। মহাক অমুক হল্লকউ য়াখিদে। শূপ্নতংগী ইমাগী অরোয়বা মতমদা অমুক্তং লাক্লম্মী। মাগী মনুং কনমনবা মতৌদুনা ঐবু য়াম্না ব্বারৌহনখি।

চহী খরগী তুংদা সনাতোম্বা ট্রক এক্সিদেন্ট অমদা লৈখিদ্রে। মচা অনী হুন্দোক্লম্মী। মখোয়বু পুশিন্দুনা লৈমিন্নবা ঐনা হোৎনখি, অদুবু মৌ অতোম্বীনা য়াখিদ্রে। মতুংদা মখোয়না করম্না হিংলি, করি চা-থক্লি হায়বফাও খঙখিদ্রে। অদুগা ঙসি অসুক কুইরবগী তুংসিদা পুলিস ষ্টেশনসিদা আইন্না য়াদবা ড্রগ লল্লোনবী অমা ওইনা থেংনরিবসিনি।

"সার, ইন্সপেক্টর বিরচান্দগী মেসেজ অমা লাকই," তোম্বনা থোঙজিন্দা মঙক লীৎশিন্দুনা হায়রকপনি।

খুমখি, "পুবকউ য়েংসি।"

তোম্বনা মদু থল্লগা হায়বকই, "সার, কনানো সিবু? মশকসিদি..."

"নঙগী কবি নথৌনো? চৎখ্রো চৎলু।"

তোম্বদু কোইরুপ-কোইরুপ য়েংলম্লগা থোকখি। ঐনা অমুক ওনশিন্দুনা হংলুই, "নপুন্সীদুদা নোংমতসু মীৎকপ অমতং অফবা থবক অমতং তৌবম্লবগী রাখল লৈতবরা? খজীক্তসু লেমজবা মওংদা হিংনবা হোৎনৌ কৈদৌগে? নশাগী ইজ্জৎ-সন্মান..."

ঐ মখা তাবা ঙমখিদ্রে। খোয়শাওনবগী নুংশা-মপী অমগা লোয়ননা ঐঙোন্দা য়েংলকই। করিনো মীৎয়েংসিদি? ঐ তুজুংবা ফাওবকই। হংলিবরা– নঙদি কয়া ফবা মীনো? অফবা থবক কয়া য়াম্না তৌখ্রবগে? নৎত্রগনা মাগী হৌখ্রবা লাইবক থীবা পুন্সীদুগী লমন পূম্না ঐঙোন্দা খুমগে খল্লিবরা? মীৎসিদা শং-শংনা উরকই-- সনাতোম্বদু অদুগা অঙাং অনীদু। নুমিদাং থেঙজিল্লক্লে। অঙাং অনীদুনা মখোয়গী মমাবু শোয়দনা ঙাইরম্লগনি। কবিগুম্বা মহাক্না মশাগী ফংফম থোকপা চৈবাক্তু ফংদুনা ফাদোক হেক মতাংখ্রবদি অঙাং অনীদু কবি ওইহৌগনি? অদুবু মহাক্না শীংনবা অমা য়াওনা হায়রি-- ফংফম থোকপা দন্দীদু পীয়ু। দন্দী! মসিবু কিদদুন হাযবদি নত্তেদনা? মসিদা রাকৎ য়াওরি। মমাঙথক্তা সনাতোম্ববু ইন্থোকখিবা অদুগুম্না ঙসি রাকৎ অসিবু তরাই-তরাইনা হেক্তা হুন্দোকখ্রসিরা?

করিসু লৈত্রবী নুপীমচা অসিগী মীৎয়েং মাঙদা ইশাগী ঙক নোম্থখিবদু ইশামক

খঙহৌদ্রে। ইথন্তা হংজরকই-- ঐবু লানখ্রব্রা? অমুক্তং হনগৎতুনা য়েংলুই মঙোল্দা। হন্দক্তি মাগী মৈবুলগুম্না চাক্লবা মমীৎতুদগী মৈরীকুম্না লংলবা পিদু চদুম-চদুম তারক্লে। মদুগী মৈশা থম্মোয়সিদা তমথীনা খংফাও ফাওরকই। ⁂

## তাইওন্নবা

নুমিদাংসিগী অচীকপনা দাশিনীবু ঈংহনবদি ঙমদ্রে। খল্লি-- থৌওইদবা অসিগী অর্থ করিনো? অহকপা নুংশা-মপী অমত্তং হোন্দোক্লগা মমায়দু শং লৈথোরকই। সাইড টেবলদা মোমোন নোক্লা লৈরিবা বিমলগী ফোটোদুগা মীংচান্নরুরে। ফোটোদুদা'মুক হংলকই, "হায়য়ু কনানা থৌওইখিদবনো? নঙগী থম্মোয় পান্দবা হকচাং ঐনা ফংলে, মদুমক্লা ঐবু শাগৈগী মৌ হায়বা মিংথোলদুতা নঙনা মমা অমসু ওইহল্লে। ঐগী কবি ব্রাংলি— নুপা লৈরে, ইচা লৈরে। অদুবু হায়য়ুদনা— নঙদি ঐগী ইচাগী মপাখক্তমক ওইবা নৎত্রা? করিগী ঐগী থরায় ওইবা ঙম্মদ্রিবনো?

পাউখুম ফংদে, ফোটোদু নোক্লি। ফুক হৌগৎলগা ফমুং ময়ায়দুদা ফম্মী। মশামক্কী ইথৌ-থৌশারুদ্রবা পুন্সিদুগী মরমদ'মুক খল্লকই। বিমলনা মাগী মপূরোইবনি, মানা বিমলগী। মসিদি সধারনগী ওইবা ব্রানি। মানা বিমলবু ফংদ্রি; বিমলনসু মাবু ফংদ্রি। নোংমত্তা বিমলনা মাগী থম্মোয়বু থিরক্তে, মহাক্লসু বিমলবু ফংগে হোৎনরুদে। মসিনি থৌওইদবা হায়রিবসি। অদুবু ঙসিদি থৌওইরুদবা

অসিমক্কী চৈনাদু খঙহৌদনা ফংলরে, মদুমক্কা দাশিনিবু নুমিদাং অসিমক্তদা মহৌশাই মতৌদগী য়াম্না হোংহনখ্রে।

দাশিনিগী হৌখ্রবা পুন্সিগী ৱারী লৈ। মদু নোংমত্তসু নীংশিংখিদে, নীংশিংগে খনবফাও তনখি। ঙসিদি নীংশিংলগে খল্লুদনা নীংশিংলক্লে। ফজবা-অথীবা, অপাম্বা-নুংশিবা, অৱা-নুংঙাই খঙবা ঙম্বা থম্মোয় অমা মাগীসু লৈরম্মী। অদুগুম্বা থম্মোয়দু পীথোক্লুই থম্মোয়গী মমল লেপ্পা হৈতবা, কথোকপগী অর্থ খঙদবা মীশক অমদা থাজবা পূম্না খমদুনা। থাজবদুমক্কী মফমদা লৈখা তাখি মাগী নুংশিবদু। ইকায়-নুংশি য়ান্নখি, য়াম্না হৈনিংখিদে। মাগী নুংশিবনা লংথোক্লক্লবা থম্মোয়দু অমুক খুনগৎতুনা মশাগী খূবাম্লংদা থমগে খনখিদে, অহোয়নদুম লংথোকখ্রে মানসু। মতুংদা অহল মশেল হায়নদুনা বিমলগা লুহোংখি— মহাক্কী থম্মোয় য়াওদ্রবা হকচাংদুগা লোয়ননা। অদুবু, নক্লনা লোয়নরকপদগী পোক্লকপা মিনুংশিদু নত্তনা মহাক্কা বিমলদগী নুংগী ওইবা রস চেল্লবা নুংশিবদুদি ফংলক্লে। "করিগী ফংদ্রিবনো?" ৱাহংসিনি ঙসিতা দাশিনিদা খঙহৌদনা ফাওরক্লিবা। তশেংনমক মহাক্কা ফংগে হোৎনরুদবা অদুনরা? করি কায়বগে— বিমল নুপানি, নুপা ওইবগী নুংশিবসিবু পীয়ু নিরদ্রিমখৈ পীথোকপা হৌনদবরা? নৎত্রগনা— বিমলগীসু কনাগুম্বা অমদা থম্মোয় তেংনা পীথোকখিদুনা দাশিনিগী শরুক লৈহৌদ্রবরা? করিগী লৈরোই— নুপাগীবু থম্মোয় ৱাৎপরা? অমা কায়খ্রবসু অমমুক শাগৎপা ঙম্মী হায়দুনবু নুপাদি তরাগী মপূ কৌনর্বিবনি।

খনবমখৈ খল্লবা তুংদা লেপ্লে— ঙসিদি তোৎনগনি পূম্নমক ফংননবা অদুগা মাগীসু পীগনি পূম্নমক।

"ঙমগদ্রা?"

অমুকসু মথন্নতা খুম্মী, "করিগী ঙম্লোই? ঐ মমা অমা ওইবতা নত্তে, নুপী অমসুনি।"

"নুপী!"

মাগী চীন্দগী ৱাহৈসি থোকখ্রে— নুপী। কনাসু লৈত্রবা অচীকপা কাদুদা মথন্তা নোক্লকই। খল্লি— ঙসি হায়গে মঙোন্দা হকচাংগী কায়াৎ পূম্বা মরোল থোকহন্দুনা

'সে লৌরো, পুম্নমকসে নঙগীনি। য়েংগে লৌদবা ঙম্বরা?'

ঈশ্বরনা নুপা ওইবশিংদা পাঙ্গল হেন্না পীরকপগী মতীক নুপীশিংদসু শুক্ষৎনবগী শক্তি অমদি অথোৎপা হকচাং পীরকই। অসিগুম্বা শুক্ষৎপা অসিদা ঙাওদবা নুপা কনা লৈ? মশামক্কী খূৎশেমনি কাউজবমখৈ ঙকচরিবনি ব্রহ্মা ফাওবনা নুপীদা। শুক্ষৎলিবনি নুপীগী মায়াদা। স্বর্গ মখূৎনা শোক্কে খল্লিবা, মালেমদগী রাংনা কাখৎখ্রবা মুণি-ঋষি কয়া নুপীগী শুক্ষৎয়াইনা কৌথরির্বনি নরক্তা। করি কায়বগে-- দাশিনি নুপীনি, মহাক্লা মপূরোইববু স্বর্গ নরক তিনশিন্নরবা সংসারদুদা লৈজবা শক্তিনা পুনশিন্দুনা থমজবদা?

লৈকায়না হায়নৈ-- বিমল মশক ফজৈ। অদুবু, মহাক্তি ফজবদূ নোংমতসু উখিদ্রিবগুম্মী। মদু য়েংনীংবনা মাবু লৈতাহন্দ্রে।

''ঙমগদ্রা মীৎচান্নবা, অদুগা মাবু পেন্না য়েংজবা?''

''ঙমদ্রবদি উইশিনগনি মীৎ, থম্মোয়গী ইনিল পক্লবা নুংশাস্বরদুগা লোয়ননা। য়েংসি করি ফংবগে?''

মাগী মায়থোঙদা ময়াই কারবা মীনোক অমনা ইপোম কারক্লে। লুতুংদা পুল্লম্বা শম্বুল নাম্থোক্লে, মদু মাঙলোমদা হাইথরদুনা মখূৎনা তপ্ন-তপ্না নাম্থদুনা শান্নরি। চীক্লবা নুমিদাংনি, থা থোক্তে, থাবল মঙাল ফংদ্রবসু কাদুগী ঈংলবা ট্যুব লাইটকী মঙালদা মহাক লৈশাৎ তম্লক্লে। তৃম্নিংবগী রাগ লাক্লবা মীৎ অনীদুদা ঈখৌলাংবগী নিশা পক্লি। বিমলদি হায়রুনু, সংসারগী নুপা ওইবা অমত্তনা ঙসি দাশিনিগী মীৎমাঙদা থৎলরবদা মশাবু অমুক নাম্থোকচবা ঙম্লরোইদবগী মতৌনি।

তাঞ্জাসিদা বিমল হল্লক্লে। হাংদোক্তুনা লৈরিবা থোঙ অদুদা চঙলকপদা কদায়দনো থেংজিনখিদুনা অহৌবা মখোল অমা থোরকই। দাশিনি তথক-তথকই। নাম্থোক্লুরবা শম্বুলদু পুনশিনবা নংদনা বিমলগী মাঙদা লেপ্লরে। মতমসিদসু মহাক্কী মায়থোঙদা ময়াই কারবা মীনোক্তুনা অসুম্মক শান্নরি। অদুবু, বিমলনা মাগী নুপীগী মায়থোঙবুদি উখিদ্রে। উরন্নবদি খনগনি-- কামদেবগী লোয়নবী রতি অদুমক ঙসি মাগী কাদা ঙান্দুনা লৈরম্লে।

দাশিনিনা হায়রকই, ''করিগীনো অসুক থেঙলক্লিসিবো?''

বিমল খুল্লক্তে। মশাদা পক্লন্থা ফূরিৎতু লৌথোক্লগা দাশিনিদা লংশিল্লকই। দাশিনিনা ফূরিৎতু মফম চানা য়ানশিল্লুরগা খূদৈ অমা পায়রদুনা মমায় লৈথোরকপদা উরে— বিমলনা খোঙউপ ফাওবা লৌথোক্তনা ফমুংদা লোংনা ঈপ্লস্বদু।

ঙক্লা হংলকই, "হৈমা! কৈদৌরগে? ফিসিদসু হোংদোকখোদনা?"

বিমল হন্দকসু খুল্লক্তে।

দাশিনিনা হায়রকই, "চাক চাররোইদ্রা?"

"উম!"

বিমল মমায় লৈশিনখি। দাশিনিনা চঙশিল্লক্তনা খোঙউপ্তু লৌথোক-লৌথোক্লা হংলকই, "কনাদা চারকইনো?"

"চারকএ আদা।"

"সিদসু খরা চারখোসে।"

"য়াম হৈরক্কনু, চাররোইদি চাররোইদনা।"

"হৈবা নত্তেয়ে। নুমিদাং তোয়না চাক চাদবসি ঐ নুংঙাইতে।"

দাশিনিগী খোঞ্জেলদা ৱারৌবা অমদি ওইনবগী সুব চেল্লক্লে। অদুবু, যুগী নিশাদা বিমলনা মদু করিসু খঙখিদে। মীকূপ খরা হৌখ্রবগী তুংদা অমুক হংলকই, "ঐ ৱা'মত্তা হংগেনা?"

বিমল খুল্লক্তে। দাশিনিগী হৈনীংবা ময়েং তারক্লে অদুবু অনম কল্লা হংলকই, "ঐগী ৱাসি তাবিব্রো? সে অমুক্তা লৈথোরকউ।"

"ফরে ফরে, কোল্লা হায়রো।"

"যারোইয়ে ঙসিমক হায়গনি। ঐবু করিনি খনবগে? ঐগী সেবাদা পেনবাদবগী মবম করিনো? ঐসু নুপীনি, মাগী মপূরোইববু ফংজবগী হক ঐগীদি লৈব্রবনা?"

ৱারৌবা অমদি ইকায়-নুংশি য়াল্লবগী ঈথক্লা ৱাংখৎলক্তনা দাশিনিগী থম্মোয় ইথন থনগৎখ্রে। মদুমক্লা বিমলবু ফংননবা হোংনগে খল্লম্বদুগী তাইওন্নবদা মহাক্কী ৱারৌজবগী মতৌদুম ঊংথোকখ্রে। হন্দক্তি বিমলগী নাকোংদা ৱাকৎসি চঙখ্রে, অদুবু মমায়দি লৈথোরক্তে। য়াম্না থৌওইদনা হায়রকই, "অস! য়াম্না ঙাঙখ্রেদা। কয়াম

ঙাঙখিদোইনো। ঐ ঙহাক্তা পোখাগে চৎলো। চৎলো হায়বা।”

দাশিনিগী অনুরাগগী ঈথক নেমথখ্রে। আশানা থল্লবা মায়থোঙগী মঙাল তপ্প-তপ্পা মাঙখ্রে। মওঙ ইতা-তাদনা ঈপ্লিবা বিমলগী চাউ-শাংলবা হকচাংদুদা মীৎ কৃপ্তুনা য়েংলি। হিংমিন্নবগী নুংঙাইবা, অপাম্বা-নুংশিবা পূম্নমক মহাক খঙলমদবগুম্মী। মদু ঙসি খঙগে হোৎনরুবনি, অদুবু অরেম্বা ওইখ্রে। মীকৃপ খরগী তুংদা বিমল অশিবগুম তূমথখ্রে। করি উপাই লৈরি। মরোল অহুমগী মবূংঙো শ্রীকৃষ্ণনা রমনী লিশিং তরাতরুক, চাম্মনিপালগী মনীং থুংহনবা ঙম্লবসু বিমলদি মীওইবনি, নুপানি; সংসার অসিদা লৈদুনসু মাগী নুপা ওইবগী থম্মোয় মীৎতি পাঙজবা ঙমদ্রবা। অদুগুম্বা বিমলদুগী মাঙদা ঙসি দাশিনিগী ফজবগী অর্থ লৈতে। ঈশ্বরনা মাগীদমক পীবিরক্লিবা নুপী ওইবীগী অথোৎপা, অমেঙবা, শুদ্ধৎয়াই অসিগী চন্নফম মাগী মপূরোইবগী মফমদতা ওইগদবনি। অদুবু য়ুগী নিশাদা মুন্থখ্রবা অদুগা মশামক্কী নুপীদা অপেনবা পোকঙমদ্রবা বিমলনা মদু অমুক খঙলুখিগদ্রা?

ফনা কুইরবা ফাওবা দাশিনি বিমলগী খুয়াদা ফল্লম্মী। খল্লি— থীরবা লাইবক অসিমক মহাক্কী খোঙসিদা শুজিঞ্জদুনা করিগী কপথোকপা ঙমদ্রিবনো?

মতম লেপ্তুনা হৌজিনখ্রি। বিমলগী চাং নাইদ্রবা লমচৎ হন্দক দাশিনিনা উরক্লি। মঙোন্দগী থৈদোকখ্রবা বিমলগী মীৎয়েং চিংশিঞ্জনবগী মতম ফংদে; ফংদবমক নত্তে, বিমলনা পীদবনি। মীনা মতোয়না থৌশারক্রুবদি তন্থবা পোক্লকই। অদুগুম্না দাশিনিসু য়ূম পানবা হৌনৈ হায়বগী মিংদা অসুম্মক লেল্লক্লে। অদুবু ইখঙ খঙহৌদনা নোংমা মহাক্না তাখি মদুদি বিমল হল্লকপী অমদা ঙাওদুনা লৈরে। নুপীদু বিমলনা লুহোংদ্রিঙৈদা কোয়রম্মী হায়বরা? মমিং হরিমতি কৌই। বিমলগী অহল-লমন্না হরিমতিবু পামদবদগী দাশিনিগা লুহোংবিখিবনি। হরিমতিসু অতোপ্পদা লুহোংখি; অদুবু চহী অহুম ফাদনা হরিমতি লুখ্রা ওইহৌরে। মতূংদা মহাক অমুক হল্লক্কুনা লৈরবনি।

দাশিনিনা খঙলে— মহাক্না বিমলবু ফংজবা ঙমদ্রিবগী মরমদু। মহাক্না খনখিবদু লাল্লি। নুপাগী থম্মোয় অদুক মরাঙ কায়দে। নুংশিববু অমুক্তং পীথোকখ্রবা নুপাদুনা অমুক হন্না অতোপ্পদা নুংশিবা পীবা হৈতে। অদুগা মসিমসু খঙলে মদুদি— মখোয়না

অপাম্বা অমদি নুংঙাইবা থিবদি হৈ। নুংঙাইবা অমদি অপাম্বদু ফংনবা হোৎনবদা নুপানা মখোয়গী পাঙ্গল অমদি লন পীথোকপদা করিসু পাম্মুদে। মখোয়গী ফজদবা লৈতে। "ফজদবা" হায়বা ৱাহৈ অসিমক নুপা হায়বা মিংসিগবু পূনশিন্নখ্রবদি মরন্নাই অসুম্মক মাঙজখি। অদুনবু হূরাল্লুরবসু হায়নৈ "নুপানি", নুপী লোল্লবসু অসুম্মক হায়নৈ "নুপানি"। নমদুনা নুপাবু তরাগী মপৃ ওইহল্লি।

খনবমখৈ খল্লে, দাশিনিনা হৌজিক্তি তশেং-তশেংনা উরে মদুদি মতম হেনখ্রে। মশামক্কী থম্মোয়দু মশাগী খুবাম্মুংদা চেৎনা পায়শিন্দুনা মথন্নতা শান্নবা নত্তনা অমুক পীকফম লৈত্রে।

নুমিদাং অথেঙবা অমদা বিমলনা হরিমতিবু অতোনবী ওইনা পুশিল্লক্লে। দাশিনি মনা-মনিল অমুক নাইকদ্রে: কা অদুদা খোঙ থাংজিল্লকপদা মখূৎ তিংথোক্কুনা হরিমতিবু চিংশিন্দুনা হায়রকই, "য়াম্না ফরে, হৌজিক্তি ইথন্নতা অমুক ৱারুনিংঙাই লৈত্রে।"

দাশিনিগী যৃম্বাল অসুক্কী মতীক মবা চেৎশিনখ্রে। বিমলনা ইমুংগী ভার পৃম্বা দাশিনিদা শিন্নখ্রে। দাশিনিনা রোবোটকুম্না বিমলগী য়াকাদা য়ূম পুরি। অদুগা হরিমতিনা মাগী মচানুপা অদুগুম্না দাশিনিগী অঙাং ওইবি। মখোযগী যৃম্বাল উরগা লৈকায়না হায়নৈ-- বিমল নুপী অনীতা নত্তে তরা লোনসনু! নঙগী কবি ৱানীংঙাই লৈরি? পূম্নমক নখূত্তা শিন্নরবনি।

দাশিনিনা পাউখুম ওইনা নোক্লম্মী। অদুবু, কনানসু মহাকপু খঙবদি ঙমখিদ্রে। কবম্না খঙলুগদগে-- বিমল ফাওবনা মহাকপু খঙদ্রবদা? মসিদসু কবি ঙক্লিংঙাই লৈ? সংসাবসিদা লৈরিবা সাধাবণ নুপাশিংগী মরক্তা চাদা মরিফুতরাদি মাগী মাগী নুপীশিংবু মশক খঙদনা মপুন্সি লেন্নবিবা ঙাক্তনি। নুপাশিংনা নুপীবু মখোযগী অপাম্বা থিফম, করিগুম্বদনা মখোয়গী পোৎলূম থোনগৎফম অদুগা করিগুম্বদনা থৱায় পান্দবা ম্বিচ নম্নগা চৎপা রোবোটকুম্না উই। ফজবা-অথীবা, অপাম্বা-নুংশিবা অমদি অৱা নুংঙাই খঙবা থম্মোয় অমগা লোয়ননা ঈশ্বরনা নুপীবু শেম্লকপনি হায়বসি মখোয়না হেক-হেক কাউথোকই। পূম্নমকসিগী মরম অসুম্না ওইরম্বা য়াই মদুদি ঈশ্বরনা নুপীদা মিনুংশি খঙবা থম্মোয় অমগা লোয়ননা খাঙবা কনবা অমদি

কথোকপগী শক্তিসু হেন্না পীরক্লন্না। অদুগুম্বা অখাং-কনবা অমদি কথোকপগী শক্তি অদুমক্কা নুপীনা সংসারগী অৱা-অনংগী পোৎলূম পূম্বা মথন্তগী থম্মোয়দা লোৎশিন্দুনা থম্মী। মসিনা ওইরোইদ্রা নুপাশিংনা নুপীবু চৈনা মশক খঙদবা হৎগী লাইগুম্না উবগী মরমদু? অদুগা নুপীশিংনসু মশাবু মশক খঙদবমখৈ পূম্নমক নুপী হায়বা মিংসিদা লোয়নরক্লবা লৌথোকপা য়াদ্রবা মশাগী লাইবক ওইনা লৌজখিবসু।

অসুম্না দাশিনিসু মাগী কনানসু খঙবিদ্রবা থম্মোয়দু পীক্লা তাশিঞ্জদুনা সংসারগী নুপী অমনা ফংফম থোকপা পূম্নমক লোন্নবী হরিমতিদা শিন্নথোক্লনা তূমিন খাঙলক্লি। অহীং কয়া, নুংথিল কয়াগী অচীকপদা নাইতোম তারকপগী চৈনা কয়াদু করম্না খাঙলক্লিবনো– মদু মহাক্তনা খঙি। ঙল্লিবমখৈ খাঙখিগে হায়বসিনা মাগী অচেৎপা ফিরেপনি। অদুবু কনানা হায়বা ঙম্বগে মদুদি মহাক্লা চৈনা মশক খঙদবা হৎগী লাই শাবা ঙম্লবসু হরিমতিনা কদায়দা করিদসু পেম্থোকপা ঙমদ্রবদি মাগী তূমিন লৈখিবদুগী অর্থ করিনো? কথোকপা, অখাঙ-কনবা অমদি মিনুংশি লৈবগী মতীক কল্লক-মিহৌবা, অশাওবা, ৱারৌবসু নুপীদা লৈ। মতম খরদৎ দাশিনিনা ইমুংগী কুশি-রাশি তৌজরবসু মদুদা হরিমতিনা কয়া কুইনা য়েংদুনা লৈথোকপা ঙমগদগে? মপাম্থোংদা ইফ-ফজনা লোয়নবা মাঞ্জরবসু হরিমতিগী থরুম ইতৎ-তত্তনা তৌবা হৌরক্লে। পূম্নমক্তু বিমলগী মীত্তসু উরক্লে। হন্দাক্তি বিমল লাপ্পা লংথোক্লরবা পোৎশক অমগী মগুণ য়াম্না নক্লা খঙলক্লে। দাশিনি নুপীমক ওইজরবসু থম্মোয় চেৎপীনি। হরিমতিগা ওনশিন্নদুনা নীংঙাই-শংদান্নবা মহাক পামদে, মদু বিমলগী মীত্তসু উরক্লে।

নুমিদাংৱাইবম অমা বিমলনা হঞ্জিল্লকপদা হরিমতিনা ৱাকৎলরে।

হায়রকই, "ঐ ঙমদ্রে, মহারাণী ইবেম্মগী য়াকাদা অমুক ফম অমুক লেপ কয়াম কুইনা খাঙখিদোইনো?"

বিমলনা ঙক্লা য়েংলদুনা হায়রকই, "করিনো ঙাঙলিদো?"

"কদায়দৈ খঙনি? ঐগী ৱাবু কনানা তাবগে?"

"তানিংদে চৎলো! ঙহাক্তা পোথাগে ঐ।"

বিমলনা শাউরপ হায়রকপনি। হরিমতিগী ওইনবা অমদি খম্বনবগী চাং

হেনগৎখ্রে : কাদুগী লৈমায়দুদা ফমথরদুনা খাঙঙমদবা খোস্থোক্তা হায়রকই, "তানিংঙাইয়ে, ঐদি ইমুংসিগী মী নত্তেয়ে। নৎত্রদবু করিগী ঐনা মীখা থানা অসুক ব্লানা লেল্লুদগে? মহারানীগী য়াথং নৎত্রিমখৈ ইখূৎ-ইশা হাইদোকপফাও ঙমদ্রবা ঐবু মীরো?"

বিমলনা নহানমখৈ উরমদবা নুপীগী অতোপ্পা মশক অমা উরে। অদুবু মসিদা ঙক্লীংঙাই ওইদে। থেমজিনবগী খোস্থোক্তা হায়রকই, "হরিমতি! কৈদৌগে নঙব্ খরা খন্থরগা ঙাঙবা য়াদবরা? নঙবু ফজবকাদু খঙদবজাৎলা? খরা ফজথোকউনে।"

"ও ঐদি ফত্তবীনে। লখা অফবা তৌরসু ফজররোইদবা।"

"নঙসিদি। ঐনা নঙগী করি ব্লাৎহল্লগে? নঙগী য়েংবদা ঐসু তৌবা য়াবা কয়া'মা তৌখিদ্রবনি। খরা ভাব তাউ। ইমুংসিদা নখোয় অনীতনি, য়ান-য়ানবা অদুম লৈমিন্নৌ।"

বিমলগী তপথবা থেমজিন ব্লাহৈদুদা হবিমতিগী ওইনবগী চাং হেন্না হেন্না ব্লাংখৎখ্রে। কপঙাঙ তৌরদুনা হায়রকই, "মীদি য়াম্না ফৈ, ঐতনা ফত্তবনি।"

হন্দক্তি বিমল খোঞ্জেল কনখৎলকই।

"খঙঙে খঙঙে তোক্লো ঐ তানীংদ্রে। বুদুসিদি! আ: সোবোকখাইবমগী বিনোহোয়দা অঙ্গলব্লাদিনেনা অমা তৌরিদাই, অদুদা চৎলু নঙদি। অঙাং ময়ামদুগা খৎনবী শান্নরুচো। ব্লারকান্দা শঙ্গোমসু পীথকপনি। শিলেটকা খতাকাসু পীবনি। হয়েং নচাগী থমজিনবা কান্নগনি।"

বিমলগী ফাগীসি চমদে, অদুবু হরিমতিনা ভাব তাদবসু তৌদে। হান্নগী খোনকমদগী খর্জাক্তসু হন্থদনা হায়রকই, "অদুবু ঐ পঙঙি হায়দুনা মাগী অউয়াইদি নত্তেদনা? ঐসু চাক চারি, থব্লায় মচা অমদি পাল্লি। খোঙ নাম্মা থাংদোকপগীসু, নাম্মা হঞ্জিনবগীসু মঙোন্দা হঙ্গৎপা ঙমদ্রে, ঐ ঙমদ্রে।"

তাঞ্জাসিদা দাশিনি বিমলগী চা পুদুনা লাকই অদুবু হরিমতিগী য়াক্লবা খোন্দু তাবদা চঙশিনবা ঙমদনা লৈরে। বিমল হরিমতিদা অমুক্তং য়েংলম্লগা লৌথোক্লুরবা ফুরিৎতু হন্না লীৎশিন্দুনা হায়রকই, "ঙমদ্রদি চৎলোদনা? নঙদি চাক্তমক চাবনে,

মীনাই ওইরিদুফাও ফমল্লবনি।"

ঙাঙন-ঙাঙনা থোরকপদা উরে দাশিনিনা লেপ্লম্বদু। মহাক মশামক্লা দাশিনিদা চা থক্কে হায়রম্বনি, অদুবু হন্না ফাওবা য়েংলদমনা চৎখ্রে।

অহীং চূপ্পা দাশিনি তূম্বা য়াখিদে। হঞ্জিন-হঞ্জিন খল্লি — কবিগী হিংদুনা লৈরিবনো? বোর্ডিংদা লৈখিবা মচানুপাবু নীংশিংদুনা য়াম্মা কপখ্রে। খল্লক্লে- মহাক চৎখিবনা ফরে। মহাক্কী মচা লৈরি; য়ূমগী মৌ অহলনি, বিমলগী নুপীনি। ইমুংসিদা মাগী হক অসুক য়াম্মা লৈদুনসু মদু মহাক্না কোনশিন্দুনা থম্বা ঙম্লক্লে। মনা-মনিল নাইহন্দনা হন্দোকখিবনা ফরে খল্লি।

খন্ন-খন্না মতম খরসু হৌজিনখ্রে। হরিমতিগী শরৈদি হেনগৎলকপা নত্তনা অমুক হন্থরকপদি লৈখিদ্রে।

নুমিৎ অমদি দাশিনিনা মহাক্কী স্বর্গ অসি থাদোক্কুনা চৎননবা থৌরাং তৌরক্লে। মাগী বাখলনা, মীৎনা ইমুংসিগী থৱায পানবা-পান্দবা পোৎশক খূদিংমক য়েংলু-উরুবদা কায়নবগী মৈশা লাংলক্লে। খোঙথাং খূদিং লূমথরক্লে। অদুবু মহাক চৎকদৌরি, চৎননবা থৌরাংসু লোইরবনি।

মাগী মতৌশিংদু বিমলনা তূমিন য়েংলক্লিবনি। হৌজিকসু ৱা অমত্তা হায়রকপা লৈত্রি। দাশিনিনা ইমুংগী ভাব পূম্নমক হরিমতিদা শিন্নখ্রে। মমৈথংদা অরোইবা য়াথংগীদমক বিমলগী খোঙদা মরায়বক শোক্লা খুরুমদুনা হায়বকই, "ঐগী সেবাদা অরান- অহুই য়াওখ্রবসু ঙাকপীয়ু।"

"কবিগী ঙাকপীবনো?" বিমলনা ইতিং তিংনা খুল্লকই।

ৱাহৈসি ইচম চম্বনি হায়বদি য়াই, অদুবু দাশিনিগী নাকোংদদি মওং অমা ওইনা চঙখ্রে। মহাক্কী লূমথরক্কবা কোক অদুমক অমুক হনগৎপা ঙমদনা ৱাম্বদুনা শিনীংবা পোল্লক্লে। তমথীনা ৱারৌখিবনা মাগী চবম ফুনগৎলক্লে: কুইনা থিংগৎলুরবা পিদু ঙসি বিমলগী খোঙথক্তা তারক্লে। বিমল ৱাহৈ অমত্তসু হায়রক্তে, শূপ্লতগী মৈশা চেল্লবা নুংশাম্বর অমত্তমক হোন্দোরকই। মীকূপ খবা জ্ঞান য়াওদনা লৈরম্লগা দাশিনিনা লৈজবা থৌনা খোমজীঞ্জদুনা হৌগৎলক্লে। অদুবু খঙহৌদনা বিমলনা মাগী খূবাম্বুংদা দাশিনিগী খূৎ অদুমক চেৎনা পায়শিনখ্রে। হায়রকই, "লান্দবা হায়বদু নঙ

খঙডিদনা? মদুগী মফমদা ঙাকপীবগী অর্থ লৈতে।"

দাশিনিগী পি পক্লবা মীৎ অনীদুমক্লা ইঙক ঙক্লা য়েংখৎলকই। বিমলগা খঙহৌদনা মীৎচান্নখ্রে। বিমলনা থম্মোয় পুঙমদ্রবা খোম্থোক্তা হায়রকই, "নঙ চৎখিবা য়ারোই। নশাগী নরলবু লংথোক্লম্লগা কদায়দা চত্তোইনো?"

নুমিৎ কয়ানিদগী দাশিনিনা পূম্নমক থাদোক্লম্লগা চৎননবগী ব্রাখলতা তৌদুনা লাক্লিবনি অদুবু করম্ননো ঙসি বিমলগী খূবাম্মুংদগী মহাক নাম্থোকচবা ঙমদবগুম তৌই। পাউখুম অমত্তা পীরক্তনা বিমলদা ঙক্লা অদুমক য়েংলি মদুদি মহাক্লা বিমলবু মমাঙদা অমুক্তা উখিদ্রিবগুম। মীকূপ খরগী মমাঙদা বিমলগী চীন্দগী ব্রাহৈসি তাখি— 'নঙ চৎখিবা য়ারোই।' ব্রাহৈশিং অসি থোরক্লিবা বিমলগী চীন্দা ঙসি অমৃত পক্লি। দাশিনিগী মীৎতু পিনা থনখ্রে, বিমলবু অমুক য়েংলুবা ঙমদ্রে। বিমলদগী মখূৎতু শত্তোকচনবা হোৎনরদুনা হায়রকই, "ঐ চৎখিবদা অফবা নত্তনা মাঙজবদি লৈরোই।"

বিমলনা মঙক হাইরদুনা দাশিনিবু হেন্না নক্লা চিংশিল্লদুনা হায়রকই, "কৈদৌ ঙাওশিন্নরিনো? অফবা মাঙজবা ঐ খঙদে, নঙদি চৎখিবা য়ারোই।"

মতম কয়াগী মমাঙদগী চন্নফম খঙদনা পীক্লা তাশিন্দুনা থমগ্রবা দাশিনিগী থম্মোয়দু ঙসি পীথোক্কে খল্লুদনা বিমলনা নমদুনা মুনবীখ্রে। হন্দক্তি ব্রারৌবা, ইকায়-হঙ্গোইবা অমদি সংসার পূম্নমক কাউথোক্তুনা বিমলগী মথানুংদা মমায় লোৎশিন্দুনা খোঞ্জেল থোক্লা পেন্না কপথোবক্লে। ※

## ঙসিসু ঙাইরি

কুইরে ইপাম চৎলুদবা। ইপ্পা অতোম্বদু মচানুপা অমা ফংজরে; ষষ্ঠি পূজা ঙসিনি। খরা ঙন্না চৎচগে তৌবনি, ইমুংগী থবক-ইনখাং ময়ামসিনা হেক ঙমহন্দে। খোইরাং-খোইশাওননা লৈরিঙৈ মপান্দগী লাউরকই, "ঐগী ঘড়িদু কাউরম্লেনহে, অমুক্তা পুথোবকউ।"

তহা-তহা চেপ্পোক্লুনা ঘড়িদু পীরুই।

হায়রকই, "মঙ-হানগা নুংঙাইতবনে, থোইবীদু সাইকলগাদু নীংথিনা থৌ হায়ঘ্নুকো। নঙসু খবা ঙন্না হল্লক্লুবা তৌ।"

ইথন্তা খলহৌই মহাক্না মঙগী ৱা হায়রম্বদু। নহালমখে অসুন্না খক হায়দবনি। পূক্নীংদা খঙ্গায়রকই— করিবু থোক্লগদোইনো ঙসিসিবু?

"ইমা, হো ইমা-ও! অংত লাকখোমি ঐ থেঙলেবা।"

থোইবীনা তনকৌ কৌশিল্লকই। মমাঙদা হেক লেপ্পুবমক্তদা মচীন্দু পৈথোক্লদুনা হায়রকই, "সে বেনিসে অংত লোল্লকউ। শম্নেনা মীনা তেন্না কক্কে হায়সু য়াদে।"

13/01 | Mani

"খঙঙে ইবেম্মা, লৈশাবী ফারফাও ঐবু অসুম চেন্নহনবনিনে। নমান্নবীদি ময়ূক মকৈ পান্নরবনি।"

মমাঙদা লৈরিবা হকচাং চনবা মিংশেলদুদা য়েংলগা শুগৎলদুনা হায়রকই, "অচ্চা! অদুমাইনগা হায়জনু। ঙসিদবু খরা থেঙমন্দুনা তৌবৈ ৱানি, হয়েংখেদি হায়বীরোই ইবেম্মা।"

মিংশেন্দা তারিবা ইচাগী চুং-ফীরাল চারবা মূর্ত্তিদুদা পেন্না য়েংগে ঙম্লুদে। নুংশিবনা হকচাং পূম্বা থুন্মাৎলকই। অসুক নুংশিবসিবু কায়নরবদি করি ওইগদগে? ইথস্তা খল্লুবনি। নহালমখৈ অমুক্তা অসুম্না খল্লুদে। করিনোনে ঙসিসিবো? নুংশা মপী অমত্তং থৱায় ৱানা হোন্দোকখিমাল্লে, মমায় ওনশিল্লক্তুনা হংলকই, "কৈদৌরে ইমা নশা ঙমদ্রবরো?"

"কৈসু তৌদেদা। ঐবু নাবকা মানবরনে?"

"হুং! য়াম ৱাবা মানবা। ঐসুনে তনখ্রে; কোলেজদা তমগে হায়'সু য়াদে। ড্রেসনেনা পেনবজাৎনি। য়োল্লোসে টি ভি হায়র সেকেন্দরিসিদৈবু লাম্থোকখ্রবদি মপোকসিমগী শেৎলরোইদৌনি।"

ঐ খুমদে, মত্তৌ য়েংদুনা লৈরুই।

"মীগী মচানা গাডি মচাদা লুনা-ও, কাইনেটিক হোন্দা-ও ঐনা সাইকলসিমগা, তন্দবোই নীংঙ্গিরো?"

"ইচাগীসু লৈনিদা।"

ঐগী পাউখুমদা শাউরংননা হায়রকই, "লৈনিদা হায়, লৈখ্রে নঙনা লৈবসে।"

"লৈরনেমি থোই নঙবো। নোয়'বাগী ওফিসকী মরূপতু লোইদৌবা খা অহুমতা ঙায়রবনি, অদুবু ফংলদি বাজাজ সন্নি অমা লৈবীদোইনি।"

"অওইবৈবনে?"

মমীৎতু লাওথোরকই। ঐনা থাজহন্দুনা হায়খি, "হোয়নে। নোয়'বাসু মদুদা হায়দুনা লৈরবনি।"

"অশেংবনিকো ইমা?"

হরাওবনা মায়থোঙ পূম্বা পূমঙাল ঙাল্লকই।

খঙবু খঙহৌদে। ঐগী খ্বাঙদা শূপকোন কোনশন্দিুনা থাঙ্গৎলগা উরু-রু লৈরকই। ঐনা লাউহৎলুই, "করি অঙাংনোহে মসিবো? কোক ঙাওই হাইমী।"

খোঞ্জেল থোক্লা নোক্লদুনা ঐবু 'দীক' লাউনা থাদরম্লগা সাইকলদু ইম্থোক্তুনা থোকখি। কোক ঙাওদুনা যূময়াইদুদা ফমথরগা হায়রুই, "থোইবী, সাইকলদু তপ্লা থৌকো।"

"উং।"

মমায় লৈশিন্দুনা শুগৎলম্মী। সংসারগী মমা ওইবী খূদিংমক্লা মাগী মাগী মচাবু নুংশিবদগী ঐনা ঐগী ইচাবু নুংশিবনা ইহেলমক হেল্লমগদৌবোই নীংলুই।

"ইতৈমা, থাংমৈবন্দ চৎকনি হায়'দাই ঐ থিনবীরম্মগে লোইশিল্লো।"

বিনীতনা কৌরকপনি।

খুমখি, "হোয় হোয় চৎসি।"

অয়ুক্কী পূং ১১.৩০ রোম তারম্লনি ঐখোয়না খোয়াথোং য়ৌরকপদু। ট্রাফিক লৈবিবদুগী খরা চখোক্লগা মী খরা হাঙবা জগা অদুব্রায়দনি।

নুপী অমনা লাউরকই, "ইমাগী লাংলেনহল নুংশিবী, ইমাগী ইবেম্মা।"

মখূৎ অনীমক থাঙ্গত্তুনা মাঙদা চৎলিবী নুপীমচা অমগী মনাক তম্লা চেনশিল্লকই। ঐদি ভিডীও ফিল্ম শূটিং তৌরিবোই নীংদুনা হায়রুই, "ফনদুম হৈরিয়ে, মাল্লিনহে।"

"কৈনো মাল্লিবো?" বিনীতনা ঙক্লা হায়রকপনি।

নমীৎতু তাঙঙরো, তৌরিসি উদ্রা নঙবো?"

"অঙাওবী 'সিরনে?"

"ইহে! অসিবু অঙাওবীরনে? ঐদি ফিল্ম শূটিং তৌরিবোই খল্লুরে।"

বিনীত নোকথোরকই। মীকূপ খরদনি হৌখিবা মাঙদা চৎলম্বা নুপীমচাদু খংপ্রেক-খংনা লাউরকই, "ইমা!"

অঙাওবীদুনা অঙকপা মতৌ অমদা নুপীমচাদু ক্রক-ক্রক লাকশিনবমখৈ কোনশিন্দুনা লৈরম্মী। ঐখোয়গী মাঙমক্তদা থৌদোক্তু থোকপদুদা গাড়ি ঙাইহাক খাম্লে। খূদক্তা মীয়াম ওমশিন্দুনা অঙাওবীদু নমদুনা চিংথোক্লে। নুপীমচাদু

মফি-মরোল শেমজীন্দুনা হীক-হীক কপ্পী। অঙাওবীদুসু কপ্পী। তেংথাবোই, ঈশৈওই লাউহৌই–

"ইমাগী লাংলেন নুংশিবী
কাহ্নাই কনাগী হিদেন্দগী
লৈমন ওইনবু তাউথরক্কদগেনে
পাম্মুবী...।"

করিনো খঙদনা পূক্নীং তুজুংলকই। ইথন্তা লাঙতক্নরকই– অসি ওইরেকো তাইবংপানসে। কনাবু হেন্না নুংঙাইবনি খল্লুগদগে?

ষষ্ঠিগী মীয়াম তিল্লবগী পূন্নাঙ লাঙঙি। অরাঙবা মরকসিদা ঐগী ৱাখলদি য়াওশিনবা ঙমদ্রে। অঙাওবীদু নীংশিংলকই– মাগী ঈশৈদু নাকোংসিদা ঙংশিন্দুনা লৈ। করিগীনো খঙদনা তু খ্যাও হেক্তা চূংলকই। ঐগী লৈতাদবা ইতৌদা ইমানা হংই, "কৈদৌরগে নঙবো? অঙাং মশা ঙমদবকা যাওহৌবরা? থোইবীদি স্কুল চৎখ্রি ওইরিনিনে।"

"কৈসু তৌদেদা ইমা।"

সৈকু তৌদেদি হায়দোকখ্রে অদুবু করিনো অমদি তৌবি। ইমানা থোইবী পল্লকপদুদা খংপ্রেক খংবগুম তৌখি। বিনীতনা নুমিদাংৱাই লৌরগে হায়রম্বনি অদুবু অমুক ঙাইঙমদ্রে।

কৈশাম্পাৎ ফাওবা রিক্সাদা লাক্লগা থৌবালগী বস অমদা কাখৎলে। য়ুম্নাম লৈকায় য়ৌরকপা মতমদদি অঙকপা থৌদোক অমা থোক্লম্লে। কাঙবু অমনা পঙচেন্দা চেল্লি, কাঙবু অমনা তান্ন-তান্নদুনা ফূদংলি, নেংখংলি। ঐনা তোংলকপা বসতুসু নহারোল খূৎপু অমনা খাম্নবা ইঙ্গিৎ তৌবকই। ড্রাইভরদু কিবোই করিওই তৌদুনা খাম্বগী মহুত্তা কন্নদুম থৌগংলক্লে। অদুবু চীংঙা-মখোঙ য়ৌরকপদদি অমুক চৎপা য়াদ্রে। মিনিট খরা খাল্লিঙৈদা য়ুম য়ৌদৌসু শাংদ্রে খন্দুনা কূমথহৌরে।

মায়কৈ খূদিং কোয়লাঙ লাঙলি। কাঙলূপ মশেল য়েংথীনবগী ঈৱাং! মীনা মীবু ওৎপা, মীগা মীগা হাৎনবা ঈ-নাই তানহনবা! করিনো উরিবসে? য়েংহৈদবা, উহৈদবা ঙাক। লান হায়বদু অসি ওইরমাল্লে। পাখৎখিবনা লৱাই শম চপ-চপ য়ুংখ্রে।

স্বর হোল্লিবরা ঐবো? য়ুম মায়কৈ চৎলিবরা, চৎত্রবরা করিমত্তা খঙদ্রে। উচীন-নাচিন্না শীংজমৈ গর্লস হায় স্কুল য়ৌরকপদুদা খঙলকই— য়ুম মায়কৈদি চুম্লম্মী হায়বদু।

য়ুম হেক য়ৌবগা মাঙ্গোল কাখৎত্রিঙৈ কৌরুই, "থোইবী থোই।"

খুম্লক্তে। পাখৎখিবনা ইশাপূম্বা পঙথরক্লে। পরপ-পরপ চঙশিন্দুনা য়েংলুই। কনাসু লৈরমদে।

নুমিৎ তাশিল্লক্লে, থোইবীগী মপাসু, বিনীতসু অমত্তা হল্লক্ত্রি। লৈতাফম শুকখঙ খঙদে। নীংশিংলকই— ঈখেঙ তারবা সড়ক। মরাল লৈজদ্রবা মীচম কয়াগী থৱায় য়াওদ্রবা হকচাংশিং, মপা ওইবা কনাগী মচা, মচা ওইবা কনাগী মমা কয়া মপা কয়া, পূম্নমক্কী আশা কয়া কয়ানি। ইমীৎসিনা পূম্নমক উরক্লিবনি। লান! লান হায়বদু মদু নত্তনা করি ওইরুগদগে? ইস! ঐগী থোইবীদো! থোইবীগী মপানা কমদৌবা? ঐ স্বর ফুনগৎলক্লে। য়েংলু-য়েংলুবদা ঈনা চাইখাইরবা সড়ক অদুদা উখ্রে।

"ইতৈমা, ইতৈমা-ও।"

বিনীতকী অফিংবা মীকৌনা ঐবু জ্ঞান তাহল্লরে। মহাক্না পাখৎনা হংলকই, "মচাথোই লাক্লিবরা?"

ঙক নোমদুনা লাক্লি খুম্লুই। শোল্লবা থম্মোয়সে অমুক ফাজিনবা ঙমদ্রে। খোঞ্জেল থোক্না থোইবীবু কৌরগা কপথোরক্লে।

"ঈরাং মতাসিনা চৎফম খঙদদুনা মচী অমদা থূপ্নুনা লৈরম্বা য়াই। থোইনা নুংশা থীরুনুদা ইতৈমা।"

বিনীতনা হায়রকপনি। অদুগা মহাক অমুক চথোক্নদবগী মমায় লৈথোকখ্রে। অদুবু অমুকসু ওনশিল্লক্তুনা হায়রকই, "স্কুল প্রিন্সিপালদা টেলিফোন তৌদুনা হংখিসিরা?"

বিনীতনা ফোন তৌখিবদু করি খুম্লকপগে হায়বদু খঙদ্রে, ঐঙোন্দসু হায়রমদ্রে।

নুমিদাংদগী অহীং ওইরক্লে। থোইবীগী মপাসু, থোইবীগী লৈফমসু খঙদ্রে। ঐগী থবাক্কী মীহুল খোঙজেল হেন্না কনখৎলক্লে। পাখৎখিবনা থৱায় মপাল

থোকখিগদৌবা মাল্লক্লে। কদায়দনো থোইবীদুবো? মপানা কদায়দা? স্কুল চৎলমদাই বেনি লোনবা হৈতে হায়না চৈরুবদা খুন্নকপদু নীংশিংই– হয়েংখৈ হায়বীররোই। ইচাগী চীন্দা লাইবু তোংবরা? খলহৈদবা ৱাখলমক্তা পঙখন্দা খল্লি। অহীং অসুম অসুম থেঙজিল্লক্লি। ঐগী থোইবীদু কমদৌরমগদগে? মফম-মরাও খঙদনা কোইচৎ-চৎলমগদ্রা? নৎত্রগা ইচাবু পূকচেল ফত্তবা কনানা ওৎ-নৈবীরমগদ্রা? মচী অমদা তৌফম খঙদনা মথন্তা কপ্পমগদ্রা? ইস! ইমাগী থোইবী, নঙবু কদায়দনো?

অহীংসু হৌখ্রে। থোইবী লাক্তে। বিনীতনা অমরোমদমুক চৎ অমরোমদমুক চেন কোয়হং হংঙি। রিলীফ কেম্পশিংদা লৈবরা য়েংলুই লৈরমদে। রেডিওদা মী মাঙখিবগী, লৈরম্নগী পাউ তত্তনা লাউথোরকই; ঐগী থোইবীগী পাউদি য়াওরক্তে। হাৎন-শুনবগী পাউসু চীঙ্খোক্লি খঙদে, অশেংবনি খঙদে জাৎ-জাৎ তারকই। হেন্ন-হেন্না মিপাইরকই। উপায় অমত্তা লৈতে, ইথন্তা ফ্রং-ফ্রং চোংনা খাঙবা নত্তনা।

অয়ূক পূং তরামুক তারল্লনি, টেলিফোন লাকই। ঙাইঙমদনা তাপ পায়খৎলুই।

"ইতৈমা!"

খোঞ্জেলদুদা খঙঙি, ডোক্টর শরৎকীনি।

মখা তারকই, "তামোচৌবু য়ূমদা লৈবরা?"

"লৈতেনে ঙরাংদগী হল্লক্লি, নঙ তামোচৌ কৈদৌ...?"

"কৈসু তৌদেদা, কৈসু তৌদে। বিনীততি লৈবা নৎত্রা?"

"লৈতেয়ে, মাসু থোইবীবু থিরিবনি।"

"ইহে! থোইবীসু হল্লক্লিবা?"

ঐ কপ্লিংলে। খোঞ্জেল ফাজিনবা অমুক ঙম্লুদ্রে।

"ইতৈমা থোইনা ৱারুনুদা, মচী'মদা মরম্নাই লৈজরমনি। বিনীত লাক্লদি হোস্পিটলদা অমুক্তং লাক্লবা হায়বীয়ু।"

"করিগীনো বিনীত?"

"নুংশা থীবীনু ইতৈমা। চিংনবা অমত্তং লৈদুনা কৌজবনি।"

"চিংনবা হায়বা?"

"অহোয়, অদুবু ওইদবসু য়াই। ঐ থমজরগে।"

লাঙতক্করিঙৈ হেন্নদুম লাঙতক্করে। ঐবু হোস্পিটাল তম্না হেক্তা চৎলসিরা? কর্ফিয়ু মনুংসিদবো? অদুবু, ঐ মীকুপ অমফাও চোঙ্থবা ঙমদ্রে; থোঙ্গাল্লোমদা চেঙ্খোরক্লে। তান চারিবরা করিনো ঐখোয় বিনীতকী মমান্নবা ব্রোজেনগী ময়াম্বদু পুলিস খরগা চৎমিন্নরম্মী। মাবু কৌশিন্দুনা মরম পুন্নমক তম্লে, হোস্পিটালদগী শরৎকী ব্রাদুসু তম্লে। অশোক-অপন হোনবা পুলিসকী ট্রক অমদা মহাক্কা লোয়ননা হোস্পিটাল য়ৌনবা চৎলে।

ঐবু উবদা শরৎনা হায়রকই, "এ! ইতৈমা ওইনা লাকপীরবোইরে? তামোচৌ লাক্তে হায়বকো?"

"হোয়নে, কৈদৌরগে হায়বা?"

পাখৎপনা খোঞ্জেল নীক্লে।

"সোমদা লাকপীরো, সোমদা।"

ঐবু মোর্গ তম্না পুশিনবীরে। ইস! করিনোনে উরিসিবো? মশীং খঙদনা অশিবা হকচাং কয়া ঈখেঙ মরক্তা তারি। কনাগী হকচাংগা শম্নদ্রবা খূৎ, কনগী ঙক কেনখ্রবা হকচাং, কনা'মগী ইহা-হাগৎলবা শকফম লাকশিনবা ঙমদ্রবা মায়থোঙ! ঐবু মঙলনে? নরক হায়বদু অসিরা? খোঙ থাংফম লৈতবা মখৈ অঙাঙবা ঈনা চাইথোক্লি-- কংশিল্লবা ঈ, ফোং-ফোং শাবা ঈ। হরে! হরে! পূক্লীংদা শোল্লি। নহালমুক্কী মপোক্তা করি পাপ তৌরক্তুনা অসিগুম্বা য়েংহৈদ্রবা দৃশ্য অসিবু ঐগী মীত্তা উহল্লিবনো? মীগা শাগা করি খেন্নরি? মীনা মীগী মমল খঙনদ্রে। ইস! করম্মো মণিপুর? চীংগী ঈরাং ফোং-ফোং শারি। অদুগা অমুক্তা থোকখিদ্রিবা মওঙদা মৈতৈগা পাঙলগগী মরক্তসু অসুক তমথীবা মীহাৎ, মীফু। জাৎ তিন্নদবা, ব্রাখল খেন্নবা, লমচৎ তোঙানবা কয়া কয়াগী হকচাংদগী শীঙ্থরক্লি ঈ! অমত্তা ওইনা পূল্লরি নোরোকসিদা ঈ! ঐগী মীৎনা লান্না উবদি নত্তেদনা— মান্নদ্রবা হকচাংশিং অসিদগী শীঙ্থরক্লিবা ঈগী মচুদি অমত্তনি, শৃপ্নতংগী অঙাঙবা ঈ!

শরৎনা মাঙ থারি, মতুং ইন্দুনা চঙশিল্লি। ঐগী ব্রাখল য়াওরিবরা য়াওদ্রবরা ঐ খঙদে। মাঙদা শরৎ চপ লেপ্পী, ঐঙোন্দা অমুক্তা য়েংলকখিমাল্লে। মাঙমক্তদা চাউ-শাংলবা মূর্তি অমা ফিনা কূপশিন্দুনা লৈরি, মদু তপ্না হাইগৎলদুনা শরৎনা ব্রাহং

য়াওববা মীৎয়েং অমখক য়েংলকই। ঐ য়েংগে খনবা ঙমদে। হায়রুই, "নত্তে ঐ ঙম্লরোই।"

মীৎ কন্না উইশিল্লুই, হকচাং পূম্বা নীক্লকই। শরৎনা হায়রকই, "ইতৈমা তপথবীয়ু।"

কয়া কুইনা লৈরুরবনো ঐ খঙদে। লৈজবা থৌনানা অমুক্তং য়েংলুই। ঐগী চীন্দগী অশোনবা খোঞ্জেল অমা থোকখিমাল্লে। শরৎনা হায়রকই, "নৎতি নৎত্রেদনা ইতৈমা?"

ঙক নোমদুনা খুম্লুই, "নৎত্রে।"

নুপাদুগী শকফম লাকশিনবা ঙমদ্রে। মমায়-মমীৎ ইহা হাগৎলে। অদুগা মাগী য়েৎথংবা মনাদুসু য়াওদ্রে। অদুবু খঙঙি— থোইবীগী মপাদি নৎত্রে।

মোর্গতগী হেক থোরকপগা বিনীত থেংনরে। ঐবু উবদা চেনশিল্লক্তুনা হায়রকই, "তামোচৌ লাকহৌবে ইতৈমা।"

মীয়াম লৈ হায়বগী রাখল কাউরুই। খোঞ্জেল থোক্লা 'ও!' খোংবমখৈ কপথোক্লে।

নোং ঙাল্লি, নুমিৎ অমুক তাখি। ঙরাংসু নহালগুম্মা হৌখি। নোংমদগী নীনি, নীনিদগী হুম্নি, চয়োল কয়া, থা কয়া হৌখ্রে। ঙসিসু অমুক লাক্লি— মেগী তাং অহুম। অদুবু কদায়নো ঐগী থোইবী? স্কুল হল্লকপা মতম খূদিং, ট্যুশন হল্লকপা মতম খূদিং য়াওরক্লমগদবোইতা নীংই যাওরক্তে। মাতনা কোয়লাঙ লাঙদুনা ইমুং হুপ্লগী পোথাফম ওইবম্লনি। ঙসিদি তমথীবা অচীকপা অমনা পূম্নমকপু চৈনা পীদুনা ওৎলবে। অদুবু ঙাইরি, আশা তৌরি— ঐখোয়গী থোইবী লাকখিগনি। মদুতং ঙাইবদদি চোকথবা পোক্লি।

মহৌশাগুম্মা ঙসিসু অমুক নুমিৎ তারক্লে। ইশাগী অচীকপসে ইশানা অমুক খাঙজবা ঙমদ্রে। তাঞ্জাসিদা থোইবীগী কাদগী খোঞ্জেল অমা তারকই। মিহুল চেনগুম-চেনগানৈ। চঙশিন্দুনা য়েংলুই— ও! বিনীতনি। মতম পূম্বদা ঐবু থেমজীন্দুনতা লাকখিবনি। অদুবু ঙসিদি মশাবু ফাজিনবা ঙমদ্রমাল্লে, মাগী মচাথোইগী কাসিগী লৈমায়দা মমায় উপশীন্দুনা কপ্লম্মী। কনানা কনাবু থেম্লুনি? মমাঙদা লুপা ময়াম

চাইখাইদুনা তারি। খঙলে— মাগী ঠিকাগী বিল ফংলে। মহাক্না তত্তনা থোইবীদা হায়খি, "বিল হেক ফংবগা মচাথোইই স্কুলদা থিন্নবা কার লৈগনি।"

থোইবীনা হরাওজনা চৈখি, "ইন্দোমচা লুহোংনবা থমজৌ।"

কোয়তান তান্নদুনা মনা লৈ।

"হায়খিদ্রা হায়য়ু।"

"হয়েংখৈ হায়জররোই।"

বিনীত খোঞ্জেল থোক্না কপ্লক্লে।

"মচাথোই পূম্নমকসে কনাগীদমক্লো। নঙবু হিংলিবরা, শিখ্রবরা? ককা খাঙবা ঙমদ্রেনে, ককাগী মচাথোই।"

ঐ অমুক খাঙবা ঙমদ্রে। মপান্দা থোরক্লগা মাঙ্গোল উখোঙতেন্দা ঙাথদুনা ফম্লুই। নুমিৎ লৈথখরে। সনা মচু মাল্লম্বা নোংপোকথংবা অতিয়া অমুবা লৈচীলনা কূপশিনবা হৌরক্লে। কদোমদগীনো খঙহৌদনা নীংশিংলকই নোংমা নুমিৎতুগী অঙাওবীদুগী ঈশৈদু--

"ইমাগী লাংলেন নুংশিবী
কহ্নাই কনাগী হিদেন্দগী
লৈমন ওইনবু তাউথরক্লদগেনে
পাম্মুবী...।"

অঙাওবীদো ঙসিসু মাগী মচা লাংলেনবু থিরিগদ্রা? পূক্নীংদা তুজুংবা ফাওরকই- ঐগী থোইবীদুবু হিংলিগদ্রা? নৎত্রগনা মীনা হাত্তোকপীরগা তুরেলদা লংথখ্রবরা, লৈনুংদবু ফুমজিনখ্রববা? কৃষ্ণ কৃষ্ণ! কবি রাখলনো? পূক্নীংসিদা কয়ারক অসুম্না ফাওরক্লবসু নমদুনা খনখিদবনি। ইচা হল্লকখিগনি, লাকখিগনি অসুম্নতা থাজখিবনি। ঙসিদি থাজবদু ময়েং তাখ্রে। ঐগী আশা মমিংতা ঙাইবক্লে। অদুবু নীংশিংবগী মৈদি কনখৎলক্লি, রাংনা চাকখৎলক্লি। মাগী ইঙাও-ঙাওবা মতৌ, নুংশিবা মশক মীৎমাঙসিদা উদনতা লৈরি। "নঙবু কদায়দনো থোইবী? হল্লক্লো ইমা খাঙবা ঙম্লক্রে।" খোঞ্জেল থোক্না, কোইকৌ কৌদুনা লমজাও সডক তম্না হৌদুনা চেন্নীংলকই। অদুবু, কদায়দনো ঐনা থিরুগদবা। খাযাৎ চীক্রুনসু খাঙলক্লে,

থম্মোয়দা খূদুম্না শুদুনসু কয়ারক কপখ্রে। ঙসিদি লমন খুম্নীংবগী মৈনা থম্মোয়গী মচী খূদিংদা চাক্লি– নমথবা ঙমদনা। অদুবু, কনাদনো শীংনরুগদবা? কনাদনো লমন খুম্লুগদবা ইচাগী? খাঙবা তাবনি। ঙাইবা তাবনি– ইচাগী হিংবা নৎত্রগা শিবগী পাউ। নৎত্রবদি কনাবু ঙাইগদগে ঐ? কল্লক-য়েংথীনবগী মৈনা ৱায়রবা ঙসিগী তাইবংপানসিনা ঊৎ ওইনা তূমখিবদু ঙাইখিসিরা? অদুবু ঙাইনিংলি, চোকথবা পোক্লি– নোংমা হল্লকপগী আশাদুদা। ✳

## পঞ্চিরমদাই ঈশৈ

হৌখিবা চহীদা সনাহনবদু লৈখিদ্রে। চাউরবা য়ূমজাওদুদা মাগী লোন্নবী নুপী অনীদুনি লৈহৌরিবসি। মখোয় অনীমক মমীত্তা মচা অমত্তা উদে। মচা লৈজদবগী মতীক সনাহলবদো ঈশ্বরনা লন-থুমদি মরাঙ কায়না পীরকপা ওইরমাল্লে— মাগী নুপী অনীদুনা মপুন্সি লোম্বফাও কায়-কায়দুনা চাবদা লেমহৌবদমক ওইহৌরগনি। অদুবু মীওইবসে অদুক্কী মতীক মীহৌ চাউবজাৎনি। সনাহনবনা হিংলিঙৈদগী হৌনা নুপী অনীদুনা লন-থুমগী মিকানদুনা খৎনখিবা লাউনখিবসু অঙকপনি। মাগী মাগী মরী-মত্তাশিংদা থৈদোক্লখিবনা কোঙ্গায় অমনি। পূম্নমকসিগী মথক্তা সনাহনববু খম্বনবগী ব্রাহৌদগীসু ঙাইহাক্তা তোৎন-তিন্নবা য়ারকখিদবনি। অদুবু হন্দক মরক্তি ফনা নীংথিনা চান্নজরে। মখোয়গী মতৌদা কৈরোয়-লৈকায় ফাওবনা ঙক্লবা পোক্লে। মচীন্না থোক্লা হংনবফাও য়াওরে মদুদি মখোয় অনীসিবু সনাহনবগী লোন্নবীশিংদুরনে?

নুপী অহল কৈন্যাগী য়ূমজাও কাদুদা হন্দক্তি অতোম্বী লোইদাংগী হিদান মচাদুসু থারদুনা পূন্না তূমিন্নরে। নুমিৎতু কৈন্যা তূমথবা ইয়া-য়াদে। স্বর মপী অমা

হোন্দোক্লগা খোঞ্জেল থোক্লা হায়রকই, "গোবীন্দ ইবুংঙো, ননাইবু কৈদৌঙৈ লানবীরগবা?"

লোইদাংসু তূমদ্রি। মপূক্লীংদা খল্লি শিরবা মতুংদা লন-থুম ময়ামসিনা কৈদৌননি? করিসু লৈত্রবা লন-থুমশিং অসিগীদমক মচেমগা চীন্দা-পাউদানদুনা হায়হৈদবা কয়া, পলহৈদবা কয়া পন্দুনা খৎন-চৈনখিবদু নীংশিংলুবদা ইকায়বা পোক্লকই।

কৈন্যাসু খঙঙি লোইদাং তূমদ্রি হায়বদু।

তপ্পা কৌরকই, "লোইদাং।"

"করি হায়গে ইচে?"

"মখোয় মাম্মনা মমাঙগী হিঙ্গোলসে লৈকায়গী নহারোলশিংদা কথোক্লম্লে হায়বদাই?"

"অং, মখাগী সড়ক মপালগীসিনা শান্তিগী মিংদা পানবীরম্লমাল্লে।"

সনাহনবগী মচানুপীনা পোক্লম্বনি শান্তি। ময়ুম-মকৈ পানখ্রে। মরক-মরক্তা মনে অনীবু মহাক্লা হেক-হেক য়েংশিল্লবৈ। কৈন্যানা মখা তানা হংলকই, "সলামগী হিঙ্গোম্লংদা লৈবা য়ুম্ফম মচাদুদি?"

"অদুদি কনাদসু পাল্লমদে।"

"উম...।"

কৈন্যা হন্দকসু স্বর শাংনা হোন্দোরকই। লোইদাংনা ব্রারী মখা শমথরকই, "ইচে, লৌ পরী মঙাগী ফৌবোৎ কারক্লিবা নৎত্রা?"

"হোয়নহৈ, লমহূইগী মচাশিংদো। ফনসু য়াম্না হোৎনবীর্বনি, অদুবু মচত্তি ফজখিদ্রে।"

ব্রা মখা তানদে। ফনা কুইনা লৈকরবা তুংদা লোইদাংনা মপূক্লীং হস্বরপ হায়রকই, "খঙদ্রেদা, শ্রীধাম বৃন্দাবনদা চত্তুনা মন্দির অমত্তং কৎলগা ভগবানগী সেবা তৌদুনা লৈরুবনবু ফরদ্রা? শিবা মতমদসু চরণখাদগী লাঞ্জবা ঙমজনবা।"

"হোয়নহৈ! মদুনদুম ফরদ্রা? শিবদা পুবসু য়াররোইদবা লন-থুমশিংসি শেন্নদুনা লৈদৌ শরূক মদুনদুম ফরবনি। লাইবক্লা থীরিবসু ইচা অমা, ইশু অমা

লৈজবসু নৎত্রে। হয়েং মরী-মতানেনা খরা লৈরিবসিনা করিবু তৌবীরক্কদোইনো?"

ৱা ঙাঙনা-ঙাঙনা কৈন্যা মীত্তগী পি তারক্কে। পিদু তৈথোক-তৈথোক্লা মখা তারকই, "অতো, নঙ শিদ্রিঙৈদা ঐ হান্নদুম শিনিংলেদা।"

"হেরা ইচেসিমা...।"

লোইদাংসু মপী তারকই। অমনা অমবু নুংশিনবগী চাং হেনগৎনরকই। চহী য়াম্ল-য়াম্লগা পূক্লীং নৌথোরকপসু খরখীৎ হেনমাল্লে। খল্লি— নুংশিবা হায়বসিদগী হেনবা লনবু কদায়দা লৈরিগদগে?

"লৌ পরী তরামঙাসে নঙ ঐনা কল্লিঙৈসিদা য়েম্থোকপীরম্বদি ফবনিসে।" কৈন্যানা হায়রকপনি। লোইদাংসু খুম্লকই, "য়েম্থোক্লম্ববুদি ফৈ। অদুবু কনা-কনাদা কয়া-কয়া পীগদবনো খঙদ্রেদা।"

"নঙ ঐগী মরক্তা ইচা অমত্তং লৈরম্লবদি মঙোন্দা পূল্লপ হেক পীরমগদৌনি। মনা-মনিলসু নাইররোইদবা। য়েংউদো, চাউরবা হিঙ্গোলসিমসু য়ুমজাওসিমসু অদুগা সলামগী য়ুম্ফমদুসুনি। লৌশিং অসিনা কনা কনাদবু শিন্নরমদোইনো? মসিনদুম শিরমদাইসিদা পোৎলূম অমদুম ওইরেদা।"

"কান্নদে ইচে, শিবা নুমিত্তা জয় কৃষ্ণ লোইরে। মখোয় মখোয়না থোকপা তৌজরনি। ৱা থোক্লগা থোক, লান থোক্লগা থোক। হৌজিক হেক মসিগী মমি খরদং উবদা মিকানদুনা ইচিল-ইনাও হিংফমগা লৈরোইদৌরিবনি।"

"চুম্মীনে মদুসু। অদুবু শিখ্রুসু নঙ ঐগী মিং পন্দুনা চৈবদি লেপ্লোইনে। হনুবী অনীদুনা মরলশিংসে পাম্মুমন্দুনা শা-লান থোক্লরিবনি হায়দুনা লৈবাক্লা ঙাঙনহৌদোইনি।"

লোইদাংনা খোঞ্জেল তপথরদুনা লৈতাদবা মতৌদা হায়রকই. "হরে হরে! শিবফাও চনীং তানা শিজবা ঙম্লোইদৌরিনে। মখোয় মাম্মদুনা হিংলিঙৈ কোক মফম অমা খঙনা লোইশিনবীরম্লদি ফদৌবা।"

"তো তো, নঙসু আঃ স্বর্গদগী মখোয় মাম্মদু চিংথদুনা ঙাঙলেনেসে। কান্নদে, নুমিৎ অমা য়েংলগা মখোয় ময়ামদু কৌরসি।"

লোইদাংনা য়ানীংদে। হায়রকই, "মদু ফত্তেদা ইচে। ইচিল-ইনাও তান্নরগা

হান্না শীন্দোকখিসি। ব্রা পাকথোক-চাউথোক্তনবা।"

"মদুনবু ফরব্রনে?"

লম্বী মাঙলুরবা লম-চৎপনা মাগী অচুম্বা লম্বী ফংলকপদা হেক-হেক খল্লি— ঙসাইনা অসোমদা লাক্লম্লবদি ফরমগনি হায়না। লান্না চৎলিঙৈদদি অচুম্বা কদায়দনো থিরুফম খঙবপোৎ নত্তে। ঙসি পুন্সিগী লৈখোক কংশিল্লক্লবী, কেনগদবগী ঙাইদুনা লৈরবী, মস্থরক্লবী লৈ অনীদুনা মমীত্তা উরক্লিবা লৈমায়দুবু অমুক হঙ্গোইরুবা লৈত্রে। নোংমা কেনগনি খল্লুদবনা নাপল অমদি মীহৌলাংনা কৃপশিন্দুনা মশাগী লৈশক মাঙতঞ্জরুরে খল্লুবদা নিংদোলদুম পোম্লকই।

মথংগী অয়ুক্লি, স্নান লোইরগা সুর্জদেবগী পূজানচিংবা লোইরবা মতুংদা কৈন্যানা ফিশেং শেত্তুনা মাগী মবুংঙোগী লৈ লেংলি। করি মোন্দানো খঙদে, হোরো-হোরোরবা খোঞ্জেলদুদা ঈশৈ নুংঙাইনা শকই—

"গোবীন্দ গোবীন্দ আরে মুরালি...!"

পুন্সি যৌবন অয়ুক্তা ভগবান শ্রীজগনাথকী মন্দিরদা কাংশি মাঙ্গং খোঞ্জেলনা নিল, জয়দেবগী ঈশৈ সুর'লক্তুদা অহানবা ওইনা উখি সনাহলবু। ইঙেন থাগী য়াহৌ ঙনবী তখেল্লে, শংব্রে, চিনিচম্প্রাগী নাচোম্না থম্বাল লৈরিক্লম ঙ্গায়-ঙ্গায় তারকপা শাইনোল্লক্তা চিন, কুচুনে কুমেন্নে কয়াদা ফর্জখিবা। মীনা ফজে শোন্নবদা মপূক্লীং মকা লামজখি। ইকায়-ইকায়না ময়ামগী মতুং ইন্না ঈশৈ খুম্লিঙৈ, কদায়দগী অদুক ফজবা মূর্ত্তিদুনা মমাঙদা হেক থৎলদুনা পানা লাল্লকপদুদদি মপূক্লীং তুজুংখিবনি। লফু-লৈয়োন মচুগী পূময়াৎ লীৎ, পানা শায়বগী তঙাঙবা চীনবালদুনা খজীক্তং নোক্লকপদু ইমাইপেম্মা কৈন্যা হুমাং কাখিদুনা পানা লৌবা ঙমখিদবনি। মীগী ইঙ্গিৎ খঙবী শখিত্তোম্বীনা পানদু তাপ লৌরগা কৈন্যাগী খৃত্তা হাপখি, অদুগা আশা তৌনা শেমজরকপা নাচোমদু শাইনোল্লক্তগী ফৎ শত্তোক্তুনা পীখি সনাহনবদা। কৈন্যা ইকায়জনা নোকচখি।

ঙসি পুন্সি নুমিদাংব্রাইসিদা কদায়দগীসু নীংশিংলক্লিবা? কৃৎশিল্লবা মীৎতুদগী থিংঙমদনা তারকই নুংশি ঈরা। করিদবু পেল্লিবনো খঙদে, ঈশৈদুসু কন্না হেক লাউখৎলকই— আয়ারে মুরালি গোবীন্দ গোপাল...।

মন্দিরগী নুংশা হাইফেৎ লাংবা মাঙ্গোলদুদা ফক মচা অমা থারগা লাইরিক ফাল পুথোক্লুনা শ্রীমদ্ভাগবদ গীতা পাঠ তৌনবগীদমক লোইদাং ফমথবদা মঙায়রি। মমীত্তা আনোক উপশিল্লি। মচেম কৈন্যাগী ৱাংখৎলক্লিবা ঈশৈগী সুরদু তারকই।

য়েংবদা নোক্কীংবনসু খাঙঙমদ্রে, অদুবু নুংশিবসু পোকই। মকোক কোকশেৎতুমগা চাউনা য়েংশিল্লে, ময়াদি ইতেক তেক্লদুনা শাংনা চিংবা ঙমদ্রবা ঈশৈগী সুরদুগা মতৎ-মতৎ, স্বর চাউন-চাউনা হেক হোল্লি। মতৌদু উবদা নোক্ল-নোক্লা পি তারকই। খল্লি— ফজবা হায়বদু কদায়দনো? য়েংন-য়েংনা কদায়দগীনো লোইদাংদু মচেমদা লক্লনীংবা পোক্লক্লে। হায়রকই, "য়াতেকপীসিদি। ঈশৈনেনা ঐদি কিদুম কিরক্লে।"

কৈন্যাদু চপ লেপ্পী। ফ্রং হেক শাউগৎলক্লুনা হায়রকই, "নথৌদুম তৌহে, কয়াম ফজদুনা মীগাসু লক্লজ' শারিনো? উনোপ শক্তাদুগা ইফন হেক ফল্লদনা কৌজেংদুম মাল্লি নঙদি।"

লোইদাং থৱায় তানা নোকথোরকই। নহালমখৈ ওইরল্লবদি চোংশিন্দুনা মশম ফোয়নরমগদৌনি। নুংবু নুংশিনরবদি থীনা চৈরবসু শাউবীদে হায়বদুনি।

কৈন্যাদু ঈশৈগী রাগ লোইরমদ্রি। গোরো গোরো পঙশক্তা শকই। অদুদগী খঙবু খঙহৌদে অঙাং মচাগুম্বা ও-খোংনা কপথোরক্লে। লোইদাংসু কৈন্যাগী মতৌদুদা মপী তারকই। আনোক লৌথোক্লগা মপীদু তৈথোকই। পারল্লিবা গীতাদুদা মরাবক শোক্লদুনা হায়রকই, "প্রভু! লন-থুম, সনা-লুপা ননাইগী অশেঙবা ইরল নৎচদে। ঐগী অশেঙবা লনদি ইবুংঙো নঙগী চরণনি। হৌজিক্তি লনদু পাল্লক্লে। ননাইবু লৌশিনবীরোনে দয়াময়, ননাইবু লৌশিনবীরো।"

মাগী মচীন্দগীসু মখা তানা থোরক্লবা ৱাহৈ লৈত্রে। হন্দক্তি মীৎকী পিনা শমথগ্রে অরোয়বা ঈশৈদু। ✳

# লীক্লি মচেৎ

ওমচাক্লরবা থম্মোয়সে ঈংগদ্রা খন্না য়েংগে নীংলুই– মপূং ফারবা পূর্ণিমাগী থাজনা নোংপোকথংবা ৱাপল্লক্তগী ইনখৎলকপদু। মিহুৎথোঙগী পর্দা হাইগভুনা ইমীৎসে লাওনা পাঙথোক্লুই, অদুবু থম্মোয়না য়ানীংখিদে। অনাবগী চৈনা খাঙবদা চোকথববী ইমাগী মায়থোঙদু অমুক্তং য়েংলম্লগা মপান্দা থোরক্লে।

য়াওশঙগী হরাও- তয়াম্বগী খোঞ্জেলনা মাযকৈ খূদিং নিল্লম্মী। থোঙ্গাল্লোমদগী অঙাং ময়াম অমনা লাউর-লাউরদুনা চগুলকই, "হরিবোল্লা, হে হোরি।"

অঙাংশিংদুদা কোযনা অমুক্তং য়েংলুই। উবকই– ময়ামদগী হেন্না পীক্লিবী নুপীমচা অমা। ঐনা খঙনীংদুনা হংলুই, "ময়ায় থংবী, ফনেক অশঙবা শেৎপীসিদি কনানো?"

"মাবুরো? আশা কৌবনি।"

"কনাগী মচানো?"

"কাকা শরৎচন্দ্রগী।"

"ওহ! নঙদি নশক য়াম ফজেনা।"

ঐনা মখূৎ মচাদু চিংশিন্দুনা হংলুই, "আশা, নোয়বু পৈশা কয়াম ফংলগেনে?"

খুমদে, মমীৎতুনা য়েংবদমক য়েংলকই। ঐনা মখূত্তা লুপা অমা হাপ্লদুনা হায়, "য়ারবরা?"

"উং।"

শেল হেক পীরুবদগী মমায় লৈথোকখ্রে। ঐনা খংহায় হায়রুই, "হৈমা ৎলগেরো? বর পীরম্মুদনা?"

মখোয় ময়ামদুনা হৌনা লাউরম্মী, "নুংঙাইজরো!"

মখোয় চৎখ্রে। পুক্নিসিদা ওত্তুনতা লাক্লবা চৈনাদুনা থম্মোয়সিবু ইচোক-চোকথহল্লকই। মায়থীবতা ওইখ্রবা ঐগী হৌখ্রবা পুক্নিগী লামায় কয়াদু হাংদোক্লগা কপচখ্রবনি মশীং থীঙমদনা, ঙসিসু অমুক হন্না হাইদোক্লরে।

"অৱাংলোমগী গোগোনহোয়দদি চঙগুমসিকো?"

"এ! চঙসিদা।"

"তল্লি কৈসু. মোয়গী হূই অমুবীদু কিজৈ।"

"অপঙবী, ঐ তৌবীগেসে। ঐগী চৈসে উরেদনা? সিনা হেক্তগা কন্থত্তোইনে।"

"চীক্লদি নঙোন্দা তাইনদোইনি।"

"সে পৈশাসি নঙগী ফিজিদুদা কিশিনসি।"

"নঙগীসু ফুরিৎখাউ পাল্লিদুদি?"

"অদু ওইরসু, ইচেমচাহোয়সু ফিজিদা কিশিল্লিদুদি?"

"পৈশাসিনা কৈদৌনগনি?"

"হয়েংনে কাকানা হায়বা, আ: কৈনাকুমারীগী নুমিৎ তাবা াম ফজৈ হায়বদো অদু য়েংনবা থমসিকো?"

"অং থমসি। নঙদি করি লৈরক্কনি?"

"নঙগীদি?"

"ঐগীদি নহাল সিনেমাদা য়াওবা অঙাং মচাদো অদুনা পায়বা লাইথি ফজবদো অদুগুম্বা।"

"এ! অদুদি ঐ লৈবীগেনে। ঐগীদি আনোক ফজবা অমগা টুপী অমগা লৈরক্কনি।"

"অদুবুদি লাইথিনা হেন্না ফৈ।"

"মে: ঐদি আনোক্তুসু টুপীদুসু উপ্লগা দেবানন্দা শাদোইনে খঙঙরো?"

ব্রারী শান-শানা লাকপদা গোগোনহোয়গী থোঙ্গাল য়ৌরম্লে। ঐখোয়বু হেক উবদা মখোয়গী মীকৌ ফজবা হূইদু লাক্ল-লাক্লা খোংলগা চেম্থোরকই। মহাক্লা চৈদু অমুক্তং হাইগৎলুবদা হূইদুনা ময়া খিগৎলকপদুদদি চৈগাদু হুন্দোক্লমদুনা হৌদুনা চেনখ্রে মাদি, ঐনা চেনবা ঙমদদুনা তুশিল্লে। য়াওশঙগীদমক ইমানা লৈবীবা অঙাঙবদা হঙ্গামপাল মচুনা মোইরাং ফিজল হৎপা ফনেক উফূলনা কূপ্লম্লে, অহনবা জয়পুরস্ মোৎলম্লে। মানা ঐগী নাক্তা চঙলক্লুনা ঐবু থেম্বীখি।

"তোক্লোসে সনাহনবী কপ্লনো? ইনে বিশোয়াহোয়দমুক চঙলুরসি। মোয়গীদি হূইসু লৈতে, পৈশাসু হেক্তা পীরক্কনি। সে, তোকওমী।"

য়াওশঙ লোইখিবা নুমিৎ তরানিমুক লৈরগা নোংমা য়াম্না ফিংনা মহাক চেল্লকখি। ইমানা মঙোন্দা হংবদু ঐসু ইতোমতা শান্নরিঙৈদা তায়, "শরৎচন্দ্র, করিগীনোনে ইচানা অদুক ফিংনা চেল্লক্লিদুবো?"

"নোয়গী সনাহনবীদি?"

"য়েন্নখাদা শান্নরিবনি, অদুবু করিগীনোমী?"

"আনে, ঐ জিরিবামদা চৎলদোইনে?"

ইমানা অতোপ্পা ব্রাহং অমা হংবা নংদ্রিঙৈ ঐগী নাক্তা চেল্লক্লগা ফম্লে। হরাওনা তম্লে, "সনাহনবী, ঐদি জিরিবামদা চৎলনি।"

"কনাগা?"

"ইমাসু, বাবাসু, নাউবীসু অখোয় লোইনা চত্তোইনে। অখোয়'বাগী থবক আঃ জিরিবামদা তারে হায়য়ে।"

"হৌজিক চৎলদোইরো?"

"নত্তেদা হংচিং।"

"কৈনাকুমারীদি চৎলরোইদ্রা?"

"চত্তদিনা? অখোয় অমুক লাকখিদোইনে।"

পীক্লবা থম্মোয়সিদা কায়নবগী চৈনা ফাওরকখিমাল্লে। ব্রাহৈ অমত্তা হায়বা ঙমদনা মঙোন্দা য়েংলুই। হরাও-তয়াম্বনা থল্লবা মাগী মায়থোঙদুগী মমিসু খঙহৌদনা মাঙখি। অদুবু থেমজীনবগুম্না হায়রকই, "অওইনে, অখোয় অমুক লাকখিদোইনে। ঐনা লাকপদা জিরিদগী শান্নপোৎ ময়াম্মা লৈরক্কে।"

ঙাইবীয়ু য়াদনা চৎখ্রবা মতমদো অমুক হল্লকখিদ্রে। ইখৌ-লাংনা ঙাইজরকখিবা মহাকসু অমুক লাকখিদ্রে। লেপ্তুবা মতমগী খোঙচত্তা হৌখ্রে ঐগী অঙাং ওইরিঙৈগী পুন্সিসু। হোংলক্লিবা ইশাগী শক্তম মিংশেলদা য়েংজরগা তত্তনা খনখি-- শরৎচন্দ্রসু শারেপ ফারম্ননিকো।" মাগী মশক উজনীংবনা ঐবু লৈতাহনখিদে। হান্নগুম্না চম্না নুংশিবসু ঙম্লকখিদে। লমহেনবী থম্মোয়সিনা হংজখি লোন্না— মাদি অসিগুম্বা ব্রাখলসে নোংমত্তা ফাওবা খল্লম্লোইদ্রা?"

মতম্না হোংহল্লকখিবা ঐগী ব্রাখল, আশা অরেম্বদা তাখি, মহাক লাকখিদে। তপ্প-তপ্পা ঐগী থম্মোয়সু ওল্লকখি। নৌনা থেংনবা নাউবগা লোয়ননা ঙাওরুই নুংশিগী সংসারদুদা। নোংমতসু খন্থরুদে— পুন্সিগী অরূম-অয়াংগী ব্রাখল। ঐগীনি হায়বদা হন্না য়েংবদা ইমা নত্তনা কনা লৈখিদ্রবসু মদুগী অব্রা-মৈশাদি ঐঙোন্দা ফাওরকখিদে।

কোলেজগী অহানবা পুন্সিদা নোকপা তম্বা হৌরকপদা ঙায়রিঙৈ নাউবগী তুং ইন্দুনা চৎলে। অসিগুম্বা লাইবকসি ঐঙোন্দা থুংলগনি হায়বদি কনানা খঙলুনি? মখোয়গী অহল-লমন্না ঐবু পামদবদগী ফাদোক্লদুনা থম্বীরে। অদুবু ঐনা থাজরুই— মহাক্লদি ঐবু খক ইম্বোকপীরোই। অদুবু মাদি... মাদি অদুগুম্বা থম্মোয়দো পাল্লমদ্রে। ইকুই-কুইদনা অতোপ্পা নুপী অমগা লুহোংখ্রে। করি উপায়দি লৈরি ঐগী, ইপুম থীংনা কপচবদু নত্তনা? ঐতগী অপঙবা তাহৌদুনা চন্নদ্রবা পুন্সি অমদা মীনোক-মৈশা কয়া খাঙবা তাখি।

ঐ খঙদে, ঐগী লাইবকসিদা তাইনগদ্রা? নৎত্রগনা ঈশ্বরদা চৈরুগদ্রা? পুন্সিগী অহানবা খোঙথাংদা মায়থীখ্রে। অদুবু, অমুক হন্না লেপ্পে ইমাঙদা মীশক অমমুক। নুমিত্তু ঐ নীংশিংলি।

"সনাহনবী! সনাহনবী নৎত্রো?"

শক্তমদু উরুবদা ঐ ঙকখি। ঐগী মীৎপু ইশানা থাজবা ঙমখিদে, কুইনা য়েংদুনা লৈথোক্লুই।

"ঐবু কাউরমাল্লেনে। ঐদি নঙবু নীংশিংলি।"

ইচীনসিনা করিগুম্বা অমত্তা হায়দোকপা ঙমদনা মাগী পাউখুমগীদমক খজীক্তং নোকখি, মাসু নোক্লকই।

"কমদৌরি?"

মানা হংলকপনি। পুন্সিদা অদুক লুবা ৱাহং অমা থেংনখিদ্রিবগুম নীংলুই। 'কমদৌরি?' ইতোমতা হংজখি, 'ঐবু করম্বা ফীভমদা হিংলিবগে?' মাগী খৌরাংলবা মীৎয়েংদুদা ঐ তৃমিন্না লৈবা ঙমখিদে। খুম্লুই, "খঙদে।"

পাউখুমদু য়ানীংদবগুম্না মঙক হাইবদুনা অতেনবা মীনোক অমা নোক্লকই। হায়রকই, "ঐসু লোইনা খঙলে। সনাহনবী, পুন্সিবু য়াম্নমক হম্মনা খনবসিসু লাল্লি।"

করিবু খন্দুনা হায়রক্লিবনো? অমুক্তং হঙ্গৎতুনা মঙোন্দা য়েংলুই। খল্লি— ঐগীদমক ৱাবীবা ঙম্লসিবু ইমা নঙনা সংসারসিদা নঙ অমসু লৈরিবরা? পুক্নীং য়াম্না নুংশিরকখি, কদায়দগী পিনো খঙদে মীবু ওৎনবা তারকখি। ওইনগনবী থম্মোয়সে ফাজীঙ্গবা ঙমহৌদে।

হংলুই, "লোইনা খঙলে হায়বদায়? ঐবু নুংঙাইনা হিংলমগদৌ মানবরো?"

"কোচি থাংলক্নুদা। চাউরবনিনা ৱা ঙাঙবসু য়াম্না হৈরম্লেনে। খঙলেদনা। ঐ নঙগী শরৎচন্দ্রনি। নঙগী ওইনা লাক্লবনি।"

"ফাগী তৌরিবদু খজীক্তসু ইকায়দ্রা? অওইবা ৱা ঙাঙবদা কয়াম ৱাবগে? ঐবু খঙলে হায়বদায়? ঐবু থেম্বীনবৈ মতমদু হেনখ্রে।"

"কনানা হায়রিবা?"

ঐ খুমখিদে, মীৎ কৃপ্তুনা য়েংলুই মাবু। মানা মখা তারকই, "মতম হেনখিদ্রি। ঐনা লাক্লিবসিমক মতম চারবনি। পূম্নমক্কী অফ-ফত্তদু ঐগীনি।"

"অদুবু মীনদি নঙবু করিনি খনগদগে? নশাগীসু খরা খল্লু। ঐগী পুন্সিনা নঙবু মোৎশিলহনবদু ঐ পামদে। মাঙদা সমাজ লৈরি। ঐদি... ঐদি...।"

মখা তাবা ঙমখিদ্রে। মহাক্না থৌ ইশা-শাদনা হায়রকই, "ঐ লৈরিবসিনি। সমাজদুগী মনুংদা নঙ ঐসু য়াওরিবনি।"

ঐ অমুক খুল্লুদ্রে। ফনা কুইনা লৈরুরবা মতুংদা মহাক্না হায়রকই, "পুন্সিবু অদুক মমল লৈতনা খল্লিবা করিগীনো? কযারক হায়খোগে ঐ নঙবু নুংশি, নঙগী পুন্সিবু পাম্মুই।"

মীকৃপতুদা হংজখি ইথন্তা লোন্না— নঙবু ঐগী কনানো? অঙাং ওইবিঙৈগী তৎলুরবা নুংশি লীপূনদুগী মফম খঙদ্রবা লংজাশিংদু চোকথরবা ব্লাখলগী খৃৎশাশিংনা লাম্বা হোৎনরিঙৈ হায়রকখি অমুকসু, "সনাহনবী, ঐগীসু থম্মোয় পাল্লি। কনা লৈত্রে খন্না নঙবু অরানবা মায়কৈদা পুগে খনবা নত্তে। ঐ শরৎচন্দ্রনি, নঙনা খঙলিদুনি।"

কুইনা মাঙলুরবা থাজবা অমা নৌনা অমুক ফংখি। মাগী চন্নবা, শেংলবা থম্মোয়দুনা ঐবু খুদুম চনশিনখ্রে। অসিগুম্বা থাবল কয়াদা ইনাক্তা ফমদুনা ঐগী ব্রারবা পূক্নীংবু থেমজিনবীখি। অনৌবা আশা অমদা ঐ নোকচবা ঙমখিবনি— ইশানা ইশাবু কাউজবমখে। অদুবু ঐনা কিজখিবা সমাজদু ইমাঙদা লেপ্লে। কৈরোয় লৈকায়না তত্তনা হায়নবদু ঐসু ইনাসিনা তারকখি—ঙরাংতা থুংলবা মীগী মচা পাখঙসে মানা শুমদুনা ফাবীবে। ঐ হিংদুনা ফাওবা লৈনীংখিদে। অদুবু কবি উপায়দি লৈরি? সংসারসিদা ঐগুম্বী অমগী মফম লৈতে খঙন-খঙনা ঐনা ঐগী চঙজফমদু থিরুই। খঙলে— পূম্নমক ঐগী ইরালনি।

"ইবেম্মা তৌববু ঙম্মিনে নঙবো? ঐনদি ইচাদা ইচাগুম্না খনবনিকো নঙসে। খরসু খল্লুনে সনাহনবী ইচাদি পাখঙনি, নঙনা মৌ।"

নীংশিংবা মীকূপসিদসু ফাওরি ঝাহৈশিংসিগী চৈনাদু। শরৎচন্দ্রগী মমামক্লা ইনাক্তা লাক্লগা কয়াদা থীনা চৈবীরমখ্রবা। পূম্নমক খাঙবা ঙম্মী। অদুবু মীচৈ অসিতদি খাঙবা ঙমখিদ্রে। ঐ খলহৌদ্রমাল্লে— তৎলুরবা নুংশি লীপূনদুবু শমজীনবদা লৈখিবা কিশিদুগী দাগফমদু। দাগফম অদুতবু তান্নদুনা সমাজসিনা শোক্কদবগী হোৎনৈ। কয়াম কুইনা চৈনা ফাওদবী শাদুনা খাঙবা ঙম্লখিনি?

ইশানা চঙশিল্লুরবা লম্বীদু অমুক ইশানা হন্দোকচবা তাখি। অশোনবা থম্মোয়সি কনশিল্লকখি। মঙোন্দগী লাপথোক্লবা হোৎনখি। ঐ খঙঙি— মহাক্লা তরাই-তরাইনা ঐবু থাদোকলম্মু য়ারোই। অদুবু অঙম তানখি ঐসু। মানা ঐবু ঝারৌখি, লান্না খনখি। খনখি মদুনদুম ফরবনি ঐগীদি।

ঙসিদি মীনোক-মৈশা কয়া খাঙবসিনা ঐগী পুক্নি ওইররে। মসিদগী হেনবা নুংঙাইবা অমা পুন্সিসিনা অমুক থিরুগে খনদ্রে। করিগী থিরুগদগে? ঐ তশেংনা খঙঙি— ঐগী লৈজবী থৌনানা ফনা কন্না হোৎনদুনসু মপোকসিদদি ঐনা ফংখিবা মাগী নুংশিবদুদগী হেনবা নুংশিবা অমমুক ফংবদি ওইথোক্লরোই।

হে নীংথিরবী পূর্ণিমাগী থাজ! নঙগী নঙালদি ঙসিসু মালেমদা শন্দোক্লি। অদুবু ঐগী মঙাল য়াওদ্রবা পুন্সিসিদি হেন্ন-হেন্না অঙানবদগী লাপথোরক্লি। সংসারগী ফজবা পূম্নমক্লা ঐগী য়েক্লবা ওইনা লেপ্পরে। শূপ্নতগী হিংলিবসি মঙায়রে অকায়বা লীক্লি মচেৎকুম চন্নদ্রবা পুন্সি অমদা। নোক্ল-চাউবা সমাজসিনা ঐবু উরগা থৈদুনা চৎনরে— যৃগনি য়াৎকনি হায়দুনা। হায়য়ু থাজ! নঙগী থাবলনা চেকখায়গদবা মখৈ ঙান্দুনা ঐগী মমশিল্লক্লবা পুন্সিসিবু করেম্নরিবরা? লীক্লি মচেৎ অমগী মঙালনা নঙগা চাংদম্নরুবা য়াবরা? মান্নি, ঐদি লীক্লি মচেৎনি। কনাগী মীৎয়েংদসু চন্নফম লৈররোই। নখোয় অমুক হন্না ঐবু য়েংবীরক্লনু। কনামত্তগী চান্ন-মীৎয়েং ঐ খোয়দারুদ্রে। করিগুম্বা নখোয়গীসু মিনুংশি খঙবা থম্মোয়দো পাল্লম্বা খোক্লবদি শোয়দনা ফংগনি চৈনা অর্মদি— অকায়বা লীক্লি মচেত্তা নেৎপগী। ⁂

# অরোইবা মীৎয়েং

"নমানা নখোয়বু অমুক্তং উননীংমাল্লে। বিশ্বম, নঙবু করি হায়গে?"

ইবেমনুংশিনা মমাঙদা লেপ্পদুনা হায়রকপনি। বিশ্বমনা ইতা-তাদবগুম্না হান্নগী ফীভমদা অসুম্মক লৈ।

ইবেমনুংশিনা মখা তারকই, "ঙসি ঙরাংদি নমাগী অনাবদু কয়া নুংঙাইত্রমাল্লে। যাম্না কন্না হায়রক্লিনে।"

বিশ্বম হন্দকসু খুন্নক্তে, মচন্নুপী সনানা লাঙতক্লনা হংলকই, "চৎলুসিদো দদা?"

"তৃমিন লৈয়ু।"

বিশ্বমনা খোন কল্লপ হায়রকখিবনি। ইবেমনুংশি বিশ্বমবু ফজনা খঙডি। হায়রকই, "ইবুংঙো ইনে ব্রা হায়গে– ফরবসু ফৎত্রবসু নখোয়গীদি নমানিদো। জগৎ-সংসারসিদা ইমাবু হেনবা লৈতে হায়নরিবনি। মানা ফনসু লানসু; ইয়াসিদি ঐখোয়না লাল্লুদ্রগা লোইরে।"

"ইনে, ঐখোয় চৎলোই।"

"নঙনা খঙদ্রে বিশ্বম, মমা-মচাগী মরী হায়সে কনখ্রপোৎনী। কনানসু মসিবু থদৎপা ঙমদে হায়নরিবনি।"

বিশ্বমনা ঙাশেম থাঙদুনা লৈবাক্তা তক য়াল্লদুনা হায়রকই, "অদুবু ইনে, পুম্নমক্না ঙমদবদু মাদি ঙমখিবনি। ঐ থাজদে, মঙোন্দবু কদায়দগী মিনুংশিনো? লৈরম্বা থোক্লবসু মদু মীনম্বনি ওইদবনি।"

"নঙনা করম্না খঙগদগে? নঙ মমা হায়'দু নত্তে। মমানা মচাবু নুংশিবদা অদুগুম্বা তাৎ-পাৎ অমত্তনা শোকপা ঙম্বা নত্তে।"

বিশ্বম করিমত্তা হায়রকখিদ্রে। অদুবু মাগী মীত্তি হেন্না লংখৎলক্নি। মমাগী মরমদা শাংথনা ঙাঙনবা মহাক পামদে। কনা অমত্তনা মমাগী মরমদা পল্লকপা মহাক তানীংদে। মশামক্না নীংশিংলুবফাও পামদে, নীংশিংবমক্তদা খাঙঙমদবতনা মশাবু হেক-হেক কাউথোক্নুনা মাবু মী মালহনদ্রিবনি।

"বিশ্বম, অমুক্তং খন্থদুনা য়েংখো। হয়েং মাগী কনা নৎত্রে হায়না চেনবা য়ারক্লোইনে।"

"মাগী মচা লৈরম্বা য়াই ইনে, অদুবু ঐখোয়গীদি মহাক কনাসু নৎত্রে!"

ইবেমনুংশিনা নুংশা থীনা হায়রকই, "অদুবু নখোয়গী কনা লৈরিবগে মহাক নত্তনা? নখোয়গীদি নমানিনে অতোপ্পা নত্তেনে।"

ব্রাহে অসিমক্তনা বিশ্বমগী থম্মোয়দা তমথীনা চৈনা ফাওহনখ্রে। হন্ন-হ্যা খল্লম্মী -- কনা লৈরিবগে সংসারসিদা মখোয়গী? কনাসু লৈত্রে খঙন-খঙনা মমানা মখোয়বু থাদোক্লম্বনি। অশাওবা, পেন্দবা, ব্রারৌবা অমদি নুপামচা ওইবগী নাপলনা মশাবু কাউজদুনা মানা নহালমখৈ চৈনাসিবু নাথৈদুনা থম্লুই। অদুবু ঙসি খঙহৌদনা থম্মোয়গী কাচিন-কোয়া থুংনা চৈনা অসিমক্না মাবু ওৎখায়রক্লে। মদুমক্না মাগী মীত্তা পিগী ঈরা চেল্লক্লে। হায়রকই, "ইনে, কনাসু লৈত্রে করিগী হায়রিবনো? ঐখোয়গীদমক ইনে লৈরিদনা?"

ইবেমনুংশি নুপীনি, অদুগীসু মথক্তা মচাগী নুংশিবা মশক খঙলবী মমা অমসুনি। ঙসি বিশ্বমগী কর্নশিল্লবা থম্মোয়দগী থোরক্লিবা অথোৎপা ব্রাহেসিগী চৈনা ইবেমনুংশিতা নত্তে সংসারগী নুপী ওইবী খূদিংমক্কী খাঙঙম্বগী ব্রাংমদনি। খূদক্তা

মিনুংশিগী ঈথক হৌরক্তুনা মাগী মীত্তগীসু পি তারক্লে। হায়রকই, "বিশ্বম, ঐবু অদুক নক্লা খনবা ঙম্লিবা নঙনা অপোকপী ইমাবু অদুক লাপ্লা খনবা হৌনদে। ফরে, মহাক নখোয়গী কনাসু ওইদ্রসনু। অদুবু, মচাগী নুংশিবতনা ঙাওরবী উপাই লৈত্রবী কনাগুম্বী অমদা মীওইবগী থম্মোয় পাল্লিবা কনাগুম্বা অমনা মিনুংশি উৎপীবগুম অমুক্তংদি মমাঙদা চৎতুনা লেপ্লু। পাপ চেনবীদুনা মপুক্সি চূপ্লা ইখৌ-লাংদুনতা লাক্লিবা নুংশিবদুমক ফংজবা ঙমদ্রবসু অমুক্তংদি মমা ওইবী অমগী মীৎয়েংদা নখোয়বু উজবা ফংজসনু।"

বিশ্বমনা লূকথরম্বা মমায়দু অমুক্তং হনগত্তুনা ইবেমনুংশিদা য়েংলকই। ইবেমনুংশিনা উপায় লৈত্রবগুম্মা নুংশা মপী অমত্তং হোন্দোক্লদুনা হায়রকই, "খল্লু বিশ্বম, মতুংদা নীংঙমহৌরোই।"

মখা অমুক তারমদনা ইবেমনুংশি চৎখ্রে।

নুমিদাংদু বিশ্বম য়াম্মা থেঙনা হঞ্জিল্লকই। সনানা হংলকই, "দদা চাক চাররোইদ্রা?"

বিশ্বম খুম্লক্তে। সনানা অমুকসু হংলকই, "চাক চাররোইদ্রা হায়মী?"

"ঐ চাক্লা চানিংদে। চখোকখ্রো স্বায়দকা লাঙগনু।"

সনাগী পিদোল্লবা থম্মোয় মাগী অনম-কনবা মবূং অসিতনা চাউথোকহন্দুনা লাক্লিবনি। ঙসি মাগীনি হায়বদা অমত্তা ঙায়রবা মমা মপা শক্লবা বিশ্বমগী খজীক্তং কম্থানবা খোম্থোক অসিদা সনা মপূক্লীং নুংশিখ্রে। ব্রারৌবা খোম্থোক্তা হায়রকই, "ঐবু কৈদৌ হায়রিনো?"

বিশ্বমগী অশূকপা মীৎয়েং হন্থখ্রে। মচন্নুপীনা তুফক-তুফাই চন্না মমাঙদা লেপ্লিবদু উবদা নীংশিংলক্লে-- ঙসিদগী চহী তরানিথোইগী মমাঙদা নোংমা মমাসু অসুম্না উপায় লৈজদনা তমথীথ্রবা মপাগী মমাঙদা লেপখি। য়ুগী নিশানা অফ-ফত্ত খম্থদনা মপানা খোম্থী শীজিন্নদুনা ঙাঙ-শকপদা নত্তনা মমাবু ফূবিখি। কিজবতনা মমাগী ফিজি য়ান্নদুনা মচীল-মৌপ্পা অনীমক কপখি। মমানা মখোয় অনীবু চেজেৎ কোনশিন্দুনা কপখি, য়াম্মা কপখি। অদুগুম্বী মমাদু ঙসিদি লম্লানবী ওইখ্রে। মী ওইবদা মতীক চাদ্রবা মখোয়গী মপা নিশানা লাইপুদুনা মফম-মরাং খঙদনা মপুক্সি লোমখ্রে।

পাক-চাউখ্রবা সংসারসিদা মশাগী থৱায় ফাওবা পুজবা ঙমদ্রিবা বিশ্বম্মা মচন্নুপাগা লোয়ননা হিংবগী পোৎলূমদু পুদুনা লাকখি। পুন্সিগী লাম্ছেংদা অকনবা শাফ্ ফংলকপা খূদিংদা মমাবু মহাক্না হেক-হেক ৱারৌখি। মথন্নতা মমাদুগী মচানি খঞ্জবদা তৃক্কচ্চবা ফাওখি। অদুগা সংসার মশক খণ্ডদ্রিবী মচলগী নৌরিবা শকফম্নু উরুবা খূদিংদা মহাক কপখিবনি লোন্না। তশেংনমক বিশ্বমগী আশা হায়বদু লৈরমদবা য়াই, শূপ্নতগী মচলসি নত্তনা। অদুগুম্বী মচলসিগী মীত্তা পি তাবা মহাক খাঙবা ঙমজদে।

হায়রকই, "চৎলো চাক চারুরসি।"

চাক চারিঙৈদা সনানা অমুকসু হায়রকই, "দদা, ঐ ইমাবু উনীংই। চৎলুসিবা?"

বিশ্বমনা অমুক্তং মচলদা য়েংলম্লগা করিসু হায়রক্তনা চাক চাখ্রে। সনাসু মখা তারক্তে। নোংমত্তসু মহাক্না মবূংদা মমাগী মরমদা পনখিদবনি। অদুবু মমাগী অনাবা হেঞ্জিনবগী পাউ তাবদদি মহাক খাঙবা ঙমদ্রে। চাক্লুক মপান্দুদা সনাগী মীত্তগী পি জর-জর তারক্লে। মদু অমুক থিংবা ঙমদ্রদুনা মহাক হৌগৎখ্রে।

বিশ্বমগী ৱাশক কায়খ্রে। নূং ওনখ্রবা থম্মোয় মহী চেল্লক্লে। ঙরাং ইবেমনুংশিনা হায়খি, 'মমা মচাগী মরী কনানসু থদৎপা ঙমদে।' অদুগুম্বা তৎঙমদ্রবা মরীদুমক্না ঙসি বিশ্বমবু পুরক্লিব্রা? করিগীনো মতম চঙনা শাগৎচরকখিবা মশাগী নুপা ওইবগী নাপলদু ঙসি খণ্ডহৌদনা মাঙখ্রিবসি? মহাক কনানো? অদুগা মখোয়গী পুন্সিগী ভার মচেৎ অমত্তা লৌহনখিদ্রবী, লম্লানখ্রবীদুনা কনা? ওইনীংবদু ওইসনু, ঙসি বিশ্বম লম্লানবী অদুমক্কী খৌগংনরবী থম্মোয় মীৎমাঙদা লেপ্পুগদৌরবনি। অদুগুম্বী লম্লানবীদুগী মমাঙদা মশাগী ৱাশক ঙাক্না নূংগী মূর্ত্তি অমগুম্নতা লেপ্পুবা ঙমখিগদ্রা?

হোস্পিটলগী ফমুংদা মশাগী পীকশিল্লবা থৱায়বু কোন্দুনা বিশ্বমগী মমা মাগী মচাশিংবু ঙাইদুনা লৈরম্মী। চহী কয়াগী তুংদা ঙসি মচীন মৌপ্পানা অশিবগী থোঙজিলদা লেপ্পুবী মখোয়গী মমাবু উজবা ফংলে। অদুগা মখোয়গী মমানসু মাগী ফিজি য়ান্নদুনা তঙক-তঙক্না য়েংদুনা লৈহৌবা পীক্লিবা মচা অনীবু শারেপ ফানা উজবা ফংলে।

কদায়দনো বিশ্বমগী ব্রারৌবা? কদায়দনো নাপল, অকনবা থম্মোয়? অসুক কুইবা মতমসি ব্রারৌবা, পেন্দবা, ইকায়-নুংশি য়ান্নবা অমদি তৃক্কৎচবতনা লাকহৎখিদুনা নোংমতসু মমাগী শক্তম্মু নীংশিংখিদে, নীংশিংনীংখিদে। ঙসি মমাগী শোকচিল্লবা শকফম্মু উবমক্তদা বিশ্বমগী থম্মোয় কায়খ্রে। চোকথরবা মমাগী খৃৎশাশিংনা মাগী মশাদা শোল্লকপমক্তদা পুম্নমক্কী চৈনা মৃৎখ্রে। কল্লক-মিহৌবা, ইকায়-হঙ্গোইবা, অশাওবা ঙম্নমক্লা শোকপা ঙমদ্রবা খোইথুন্নরবা সংসার অমদা বিশ্বমগী থম্মোয় লূপখ্রে। পেঞ্জবতনা থূমহৎলবী মমাদুগী মচীন্দগী ব্রাহৈ অসিতমক থোরকই মদুদি-- নখোয় লাক্লেদনা? অসুক নুংশিজবা মাগী মচাশিংবু চেৎনা কোনশিন্দুনা ঙসিদি হায়খিদ্রে— নখোয়বু থাদোক্লুনা ঐ কদায়দসু চৎলরোই। অদুবু মাগী মমীত্তগী অতৎপা লৈতনা শীন্থরক্লিবা পিদুনা করি হায়রিবনো মদু বিশ্বমনা খঙলিগদ্রা?

মমানা মখোয অনীবু মনাক নক্লা চিংশিল্লম্মী। বিশ্বম অমুক খাঙবা ঙমদ্রদুনা মমাগী মথানুংদা লূকথরম্মী। হরাও-নুংঙাইবগী ঈথক্লা খোঙজেল য়াঙখৎলম্বা মমাগী থম্মোয় মিহুলনা তপথখিবদু মহাক খঙখিদ্রে। ঙসিতা ফংলিবা অনৌবা নুংশিবগী ঈপাক অসিদা মহাক লূপখ্রে। মহাক্লা মসি ফাওবা অমুক্তং খন্থদুনা য়েংখিদ্রে মদুদি— অসিগুম্বা নুংশিবসিগী মনুংদা মীনম্বা, তাৎ-পাৎ, ইকায়-হঙ্গোইবা অমদি ব্রারৌবনচিংবগী মফম লৈবরা? শৃপ্পতগী নুংশিবা অসিদা মহাক পেঞ্জরম্মী।

খঙহৌদনা মাবু চেৎনা কোনশিল্লম্বা মমাগী খৃৎতু লেকথখ্রে। বিশ্বম্না ফিংনা হৌগত্তুনা অমুক্তং মমাবু য়েংলম্মী। মমাগী ইখৌলাংলবা মমীৎতু অসুম্মক পাঙলি। অদুবু যৌগংনরবী মহাক্কী আত্মাদুদি মল্লবা দেহেদুদা লৈরমদ্রে। সনা খোঞ্জেল থোক্লা কপ্লকই। বিশ্বমগী চীন্দগী খঙহৌদনা থোরকখি— 'ইমা!' চহী তরানিথোইগী তুংদা ঙসি মাগী মচীন্দগী ব্রাহৈসি থোকখ্রে। অদুবু চহী তরানিথোই চুপ্পা মচাগী চীন্দগী "ইমা" হায়বা ব্রাহৈসি তাবা ফংজরক্তুবী লাইবক থীরবীদুগী আত্মাদুনা ঙসি মাগী মচাগী নুংশিরবা মিঙ্গৌসি তারিগদ্রা? মচাবু উজনীংবতনা ঙাওরবী, ইখৌলাংলবী মীৎয়েংদু ঙসি মহাক্কী মচানুপাগী খৃৎনা অরোয়বা ওইনা খুমজিনখ্রে। অদুবু ঙসিতা ফংলিবা বিশ্বমগী নুংশিবা অসিগী ইখৌলাংবদি অমুক কোকপা ঙমখিগদ্রা? ❋

## মকুম থা হেন্দোক্লবা নোং

নোং থিৎলি-থিৎলি চুরি। পানা চুথরিবা লাংবন নোংজুদুনা নুমিদাংৱাইদুগী ঙাঙলৈনবা নুমিৎ মঙালবুদি মপূং ফানা খনজীনবা ওমদে। মদুমক্তা নুমিদাংৱাইদুগী ফজবা হেনগৎহল্লে। হাংদোক্লিবা কাগী থোঙনাও মপাদা লেপ্পদুনা মহাকসু মপানগী শক্তমদু য়েংলি। অসিগুম্বা নোংজু, অচীকপা অমদি নুমিৎ তারকপা মতমসি মাগী খোয়দাজবীনি। পৃক্লীং ইহুল হৌরফমনি, নীংশিংফমনি, অৱা পোত্থাফমনি।

ঙসিসু নোংজুসিনা মাবু হৌখ্রবা পুক্সিগী তোর্ব্বান অমদা পুদুনা চৎখ্রে। উরকই– নুমিদাংৱাই, তোর্ব্বান, তোর্ব্বানদুগী মনাকমক্তদা লৈরিবা অশঙবা লম্পাক মচা, অদুগা খা থংবা লৈরক হাইথফমগী অচৌবা খোংনাং পাম্বী। পূম্নমকসিগা লোয়ননা লম্লানখ্রবা মীশক অমগী শক্তম।

অমুক খাঙবা ঙম্লক্রে, থোঙনাও থিংজিনখি। দাইরি ফাক্তোকই– এপ্রিল কুন্নীথোই। হৌখিবা থৌদোকশিংদু অমুক লেপ্লে। তৌফম খঙদে, খাঙফম খঙদে। হাংদোক্লুরবা লামায়দু খুমজিনখি। মশাবু অপঙবীনি হায়বগী মরাল মশানা কয়ারক য়াজখ্রবনি, অদুবু মহাক কাউথোকপা ঙমদে, খক ঙমদে।

"নকোইদু ককথৎলু য়েংনীংদে।"

"কোই খাকপসিবু পকচদ্রনে?"

"হুং!"

শাউনীংনা মমায় লৈথোক্লুই।

"ইমানসু নহালনা ককউ হায়রবনি, হয়েংদি কল্লগে।"

মহাক্না 'ইমা' পল্লকপদুদা মমায়দুনা লৈশিন্দুনা হায়খি, "নোয়'মানা ঐবু মমৌ ওইনীংদে।"

"এ! কনানা হায়রিনো?"

"ঐসু মীনি কৈনো, না পাল্লিসিদি?"

"নঙবু 'খোয়মাদা লৈদোইরো, ঐঙোন্দা লৈদোইরো?"

"নোয়'মাদা।"

"ইমানা পামদে হায়রিদুদি?"

তৌফম খঙখিদে। মীৎ কৃপ্তুনা য়েংখি শক্তমদুদা। মীশুম হৈবনি মহাক্তু, লক্লদুনা অমুকসু হায়রকখি, "লাইরিক তম্বা লোইরগা কৈদৌনি?"

"ফি শাদোইনী।"

"অদুদৈদি?"

"অদুদৈদি ফি শাদোইবা।"

"অদুদৈদি?"

"অদুদৈদি নপা।"

থৱায় তানা নোকথোরকখি। মীনোক্তুগী ফজবা ঙসিসু কাউদে। মাবু শুমহৎখি।

"ঐ লৈরিঙৈদা নঙবু কনানা লাকচদোইনো? নঙসে ঐগীনি, ঐখক্তগী। মীগী মৱা লৌরুনু।"

য়াম্না পেঞ্জখিবনি ৱাহৈশিংদু। হায়রম্বা মীশক্তুনদি অমুক নীংশিলমদবা য়াই। নুমিত্তু য়াম্না নুংশিখি, য়াম্নসু তমথীখি। শজিবু থাগী কোক্তোন তম্লক্লবা নুমিৎতু খঙহৌদনা পাইরকপা নোংদুম মপৈনা খনজিনখি। মহাক্কী হাঙলবা থম্মোয়নুংদা মাগী

নুংশিবনা কাউঙমদবা নুংশিবা পীদুনা থম্মোয়দু থন্না থমখি। পাবানরবা নোংজুদুনা অরাপ্পগী চীংদোলগা, নেমথরক্লিবা অতিয়াগা শম্নহনখি। অমত্তা ওইখি— মখোয় অনীগী নুংশিবসু।

তারক্লম্বা পিশিংদু তৈথোক্লে। ওইরম্বা য়াই— নুংশিবগী অতোপ্পা মমিং অমা লৈরম্বা থোক্লবদি মদু— নীংশিংবা। নীংশিংবনা ঙসি মাবু ওৎলি, মদুগী চৈনাদুদা মহাক পৈঞ্জে। কনাসু খঙবীদ্রবা নুংশিবদুগী ইতিহাস ঙসিদি মহাক ইনিংদ্রে। মমাঙদগী দাইরিদু মখূৎনা ইস্থোকখি। হন্দক্তি মহাক্লা ব্রাকৎ অমখক ইনিংঙি, ব্রাকৎতুগী অর্থ খঙবীগদবা মীশক্তুগী মফমদা।

ব্রাকৎতুমক ইবা হৌরে।

নঙগী ঐগী হৌত্রবা ব্রারীদু ইদুনা ঐনা ঐগী নুংশিববু অমুক হন্না খোঙ্গোয়নবদু ঐ পামদে। নঙবু হন্না-হন্না নীংশিংদুনা ইপাপ লঙশিনবসু ঐ পামদে। অদুবু লমহেনবা থম্মোয়সে করম্না ব্রারক্কদগে? কাউদনবা কৈদৌখিবগে নঙনা? মদুসু ঐতনা খঙঙি, ঐতনা। মসিমক্লনি নঙনা নঙগী অনৌবা পুন্সিদুদা চনীং তানা হিংবা ঙমখ্রবসু ঐনা ঐগী পুন্সিবু অমুক হোংদোকপা ঙমদ্রিবসি।

ঙসিদি নাইতোম তারকপগী চৈনাসে খাঙন-খাঙনা অনৌবা চৈনা অমসু ফাওরক্লে। খঙবরা— ঐ হিংলি, নখূৎমক্লা খাজিল্লম্বা শম্বলসিগী মরুমদা। শম্বলসিগী ব্রাংমা ঙসিসু ঐ লাম্থোকপা ঙমদ্রি। ঐগী পুন্সি, আশা, থাজবা অমদি হৈনীংবা ঙম্নমক নঙনা চেৎনা পুনশিন্দুনা থম্লম্বনি শম্বলসিগী মনূংদা। কিশিদু হন্দোক্লমদনা নঙ লাপথোকখ্রে, ঐগী পুন্সিদগী য়াম্না লাপ্না। হন্দোক্লম্বা ঙম্বা নতীকসু নত্তে নঙগী, ঐ খঙঙি। অদুবু, ঐ নঙবু নরাল শীনিংদে। কায়নখ্রবা নুংশিবদবু লান্নদবা লৈবরা? ঐগীদি নঙনা য়াইফখরে তাবতদা পেঞ্জরিবনি। নৌনা ফংলিবা চৈনাসিগী অর্থ নঙবু খঙহন্নীংদে। নঙগী নীংশিং লকানুংদা ঐগী ইমি তাহন্নীংদে। ইশক উররোইদবা, ইপাউ তাররোইদবা মফম অমদা ঐ চৎনীংঙি লাপ্না য়াম্না লাপ্না। অদুবু থম্মোয়সিনদি হংলি ব্রাহং অমা তত্তনা— নঙনা ঐবু নীংশিংলিগদ্রা? ঐবু করি ওইনা খল্লিগদগে?

ঐগী পুন্সি নঙোন্দদি পীকখ্রবা ফাগী অমনি। ঐনা অহীংবা ওইনা চৎপা উরগা নঙগী পূক্লীংনা তূমিন নোক্লিনি। "নুপী" অমদি "নুংশিবা" নঙোন্দা করি ওইনা উরিবনো? মসিগী পাউখুম ঐ ঙসিদি ফংলে। অদুবু হায়যু— করিগীনো ঐনা পুন্সিবু তূক্কৎচবা ঙমদ্রিবা? করিগীনো নঙবু য়েক্লবা ওইনা খনবা ঙমদ্রিবা?

নুমিৎতু নঙ লুহোংখি-- ঐগী নুংশিববু খোঙ্গোয়নদুনা। অদুবু ঐ ৱাকৎখিদবনি, নমাঙদা পীরিক অমত্তসু শীন্থদুনা নঙবু ওৎখিদবনি। ঐ থাজখি, ঙসিসু থাজরি— নঙনা ঐবু নুংশিখি হায়বদু। নশামক্লা ফাগী তাহনখ্রবা নুংশিবদুগী মমল ঐঙোন্দগীদি খজীক্তসু ময়েং তাখিদ্রি। "কায়নবা" মসিসু ঐগী লাইবক্কী ৱা ওইখ্রসনু। অদুবু হায়নীংঙি— ঐনা তূমিন লৈখিবদুগী অর্থদু পাঙদবা নত্তে— নঙবু নুংশিবদুনি। শূপ্লতংগী নঙবু নুংশিজবদুনা ঙসিসু ঐনা মহৌশাগী ঐদু ওইনা হিংলিবনি। অদুবু নঙনদি করি ওইনা উরিবনো? করি ওইনা খল্লিবনো?

ইবা লেপ্লে। মঙোন্দগী লাপ্লা চখোক্লুরবা ৱাখলদু মঙোন্দা অমুক হল্লক্লে। হৌজিক্তা খঙলকই— মঙগা তাইবংগা কয়াম লাপ্লবগে হায়বদু। অতোপ্পা তাইবং অমদা মপাল-মরা তানা হিংখ্রবা মীশক্লুগী মফমদা ঙসি মাগী নুংশিবদুগী অর্থ মঙ নত্তনা করি ওইফম থোকপগে? ইরুরিবদু অমুক হন্না পাদুনা য়েংঙি। করি খল্লক্লবনো খঙদে হৌজিক্তা মখূৎমক্লা ইখিবদু শুরু-শুরু নৈশিন্দুনা লাক্লুনা লংথোকখি। কনানসু খঙবীদ্রবা অচীকপা কাদুগী কাচিন অমদা ৱাকৎতু তারি। কনাসু লৈত্রবা মতমদুদা ফমুংদা মমায় উপশিন্দুনা মহাকসু কপ্লি। মপান্দা থিৎলি-থিৎলি চুরম্বা নোংদুসু জম-জম চুথরকই। ❋

## খোঙজি মখোল

থম্বাল অঙৌবীগী মচানুপা সনাথোইদু শিরে। অশিবা হকচাংদু ইমীৎমক্লা উরক্লবনি। চহী কুন মপূং ফাদ্রি, মমাগী খোল্লাং মনম চেল্লিবনি। নোংমৈনা পানবগী মফম মশীং থীফম খঙদে, মশাদু ঈনা পূমঙাঙ ঙাঙহৌই। ইনখৎলকপগী তনৌ-তনৌরিবা মায়থোঙদু সংস্কারগী মৈনা চাকথ্রুগ্নি খল্লুবমক্তদা পাম্মুজবনা মীত্তগী পি তারক্লবনি।

ঐগী ৱারীসি ঙসিদি ইবা হৌরে। কুইরে ইগে খনখিবা, অদুবু ঐ ঙমখিদে। তশেংনা ঐ নীংতম্ববু কি। কিন-কিনা ঐনা ইনিংবগী নীংতম্ববুদি পামদুনা লাক্লিবনি। ঙসি থম্বাল অঙৌবীনা কপহৌবদু অদুগা মীয়াম্না অশিবা হকচাংদু য়েংনহৌবদু ঐ কাউবা ঙমদে। লীলাগী অৱাবা মতাঙ য়ৌরকপদা ভাবকনা মীৎ পি শীঙ্খনবগুম থম্বাল অঙৌবী অমসুং অশিবদু উবদা মীয়ামগী মীত্তগী পি তানহৌই। তশেংনা লৈবাকসিদদি অসিগুম্বা থৌদোকসি কৃক্কে ওইনরবনি। মরকসিদা ঐগী ইনীংবগী অপাম্বসে হেক্তা লাকই। অদুনা ঐ ইরবনি। খঙদে – অপাম্বসিগী চৈরাক্তু করি ওইনা ফংলগদগে?

তাইবংপানদা খ্বাইদগী ফজবা ৱাহৈদি "ইমা" হায়বা ৱাহৈসিনি হায়নৈ। অদুবু

মীওইবনা খ্বাইদগী পামজবা ৱাহৈদি "নীংতম্বা" হায়বা ৱাহৈসিনি। নীংতম্বা, মহাক তশেংনা লৈরিবরা? কদায়দা লোৎলিবনো? নৎত্রগনা মাগী ৱাহম্বোক হোংখ্রবরা? ঐনা উরিবসি মঙ নত্তে হায়বা খঙঙি। অদুবু, ঐনা মঙ ওইহন্লিংই। ঙসিদি নীংতম্বনা মীবু চায়, নীংতম্বনা মীবু হাৎলি। অদুগা মীওইবগী লু-তোংদতা চেল্লম্বা ঈনা মীওইবগী হকচাং লাম্বোক্কুনা মালেম তম্না নীংতম্না চেল্লি। ঐ উরক্লবনি সনাথোইবগী ফজরবা হকচাং মনূংদতা চেনবা পাল্লক্লবা অঙাঙবা ঈদুনা মমাগী মথানূংদগী হেন্দোক্কুনা লৈমায় তম্না চেম্থহৌবদু। ঈনা চাইখাইরবা মালেমদুনা মচেৎ-মচেৎ ঙাঙহৌবদু।

সনাথোইবদু থৌনা ফৈ। মশাগী ঈ পাম্মুবা লৈতনা মহাক্না লম্বীদু চঙশিনখিবনি। অদুবু মহাক থম্বাল অঙৌবীগীদি মচানি। থাবুম তরা নাউপুদুনা মাগী লু-তোং শাগৎখিবনি। খোল্লাং ইন্দুনা শাবেপ ফাহল্লকখিবনি। মদুগী মহৈ মাগী মমাগী মীত্তগী শীন্থহৌবা পিদুনা ওইফম থোক্তে। নীংতম্বা হায়বসি মীওইবগী ঈনা শেমখিবা নত্তে; মমা ওইবীশিংগী মীৎকী পিনা শাগৎখিবসু নত্তে। মসিবু ফংনবগীদমক সনাথোইবনা মশাগী পুক্সি অমদি ঈ মাঙহনখিবদু অদুগা মাগী মমাগী মীত্তগী পি শীন্থহনবদু অচুম্বনি হেক্তা হায়বসিরা? য়েংউ! ঐগী কলমসিসু ঙসিদি শান্তি পামজবা থম্মোয়সিবু নমহৎতুনা থৌনা ফূদোরক্লে। তশেংনা ঐ লান পামদে। অদুবু ঐগী কলম্না লানগী ৱারীতা ইগদবগী হোৎনৈ। ঐনা পাম্বদি অচীকপনি, শান্তিনি, হরাও-মীনোক অমদি মিনুংশিগা লোয়নননা পূন্না হিংমিন্নবদুনি।

পূক্নীংনদি তত্তনা হায়-- ঈ মরক্তা, নোংমৈ-বোমগী খোঞ্জেল্লক্তা, মীকপ-মীরাওখোল মরকসিদা শান্তি ফংবা য়ারোই। লান পামদবা ঐগী কোক্তসু লান মচা-মচা তত্তনা থেংনৈ; পূক্নীংগা থম্মোয়গা নীংঙাই-শংদান্নদুনা। মদুগী মহৈদু ঐ ফংখিদবা নত্তে। মদুমক্তা ঐ ইবা ঙমখিদবনি অসুক কুইবসি। ঙসিদি থম্মোয়সিবু নমহৎখ্রে। সনাথোইবগী ঈ, ঐগী ইখূৎকী খূৎশা খূদিংদা পকখ্রে। অঙৌবা চেবাং মচু শঙখ্রে। অদুগা ঈ পক্লবা কলম মচীনসিনা ঈগী ৱারী ইবদা অকিবা লৈত্রে।

থম্বাল অঙৌবীনা সনাথোইববু নুংশিজবগী চাং ঐগী কলম্না লেপ্পা ঙমদে। মমানা মচা নুংশিববু কনানা করিগা চাংদম্নবা ঙমখ্রবগে? মপাগী নুংশিবা

সনাথোইবনা য়াম্না তাঙনা ফংজখি। নৌনা মপা কায়নখি। লুখ্রাবী মমানা মাবু চাউনবনবা য়োক্লকখি।

হিংনবগী লানফমদা থম্বাল অঙৌবী থবক্তা চীলহাও থিরক্কে। মতম-মতমগী অফং-অফংবা শূই, নোম্মী। করিগুম্বা মতমদা মনা-মশীং, ঙাতেক-ঙানৌ তীক্লুনা লল্লোনবগাসু হেক-হেক চৎলি। মচা চাউনবা, মী ওইনবগী রাখলদা মহাক্লা অরৈবা পাঙ্গল শীজিন্নবদা ইকায়খিদে। অয়াম্বা মতমদা থম্বাল অঙৌবীনা মচাবু থাদোক্কে। মনমদা পোদুনা পুদুনা চৎলি। নোংমা মহাক্লা মচা পোরগা মকোক্তা ঙারুবাক পুদুনা খূল্লক্তা ঙা য়োনবা লাকপদা খূরা তম্ফাজাউনা লক্লরুই, "কন্না হোৎনখ্রেদা ইবেম্মা। শিন হেক শুইদকো নঙসে। ঙা অমুক য়োল্লবরা?"

মচীন্দু পম্থদে। খুল্লম্মী, "হিংবা ঙম্নবা হোৎনরিবনি তাদা।"

মনমদা পোরিবা অঙাংদুমগা মখোঙ তহা-তহা থাংদুনা চৎখি। মাগী খোঙথাং মখোলগা চান্নবা হৌনা তারকই মাগী মচাগী খোঙজি মখোল।

তম্ফাজাউনা খামদুনা লক্লে, "মনমদা পোবিবা ঙাঞ্জাওদুগী ওইরিনিনে— শিবা নাবা খঙদ্রিবদু। কান্নদে ইবেম্মা, হোৎনরুনু। হয়েং চাউরগা নঙবুদুম চাগে হায়রক্ল বনি।"

থম্বাল অঙৌবী থওইনা মকোক্তগী ঙারুবাক্তু 'দম' খাদরদুনা চপ লেপ্পী। মমায়দগী হুমাংদু তৈথোক-তৈথোক্লা শাউবপ খুমখি, "তাদগী মঙা-তরুক্তু চাউরক্লিঙৈদা হাত্তোকপিখ্রোদনা, চেঙসু তিংদনবা।"

তম্ফাজাউনা ফিংনা হায়রকই, "ই! করি রানো ইবেম্মা।"

"অদুনি তাদা, ইচা নুংশিবসে তাদখক নত্রে।"

কোমথরক্লবা নাহোংদু চিংশিন্দুনা চেৎনা লাকশিল্লি। মকোক্তা ঙারুবাক্তু থোঙ্গত্তুনা হাথু-হাথু চৎখি। মাগী খূৎচত্তু ঐসু নীংশিংলি। অয়াম্বনা মাগী মচাগী খোঙজি মখোলদা খঙনৈ, থম্বাল অঙৌবী লাক্লে হায়বদু।

ঐ কাউদ্রি সনাথোইবনা অঙাং ওইরিঙৈগী মতৌশিংদু। মচা হাকন্দা থম্বাল অঙৌবী য়ুমথংনবগী মৌশিংগা চীন্দা পাউদানদুনা খৎনখিবসু কোঙ্গায়নি। মাগী মতৌদা থওইনা লক্লবীবসু কয়া অমনি।

হৌমিন-কামিন্নবা পূম্নমক্না খোঙজি লৌথোক্নখ্রবসু সনাথোইবদি ফনা চাউরফাও খোঙজি শিখি। মচাগী খোঙজি মখোল ঙাইহাক্তং তাদবদা কোয়থি থিদুনা কৌই। করিগুম্বা মতমদা সনাথোইবনা মচী অমদা তূমিন্না শান্নদুনা লৈথোকখিবদা মমানা মাবু হৌনা কৌই, "সনাথোইবা, নঙবু কদায়দা লৈগে?" সনাথোইবনা ইনক-নক্না খুন্নকপদা ইশি-শিবমখৈ নোক্লদুনা হায়, "খোঙজি মখোল তাদদুনা কৌরিবনি, লাপ্না চৎখ্রবোই নীংলুরে।"

মতৌদুদা ময়াম্না সনাথোইবদা হেক হেক লক্লবী, "সনাথোইবা, নমানা কৌরে খোঙজি মখোল তাহল্লু।"

ঙরাং নহালতা ঙায়রিবগুম খল্লি— সনাথোইবগী খোঙজি মখোল লেপখিবা। মচাগী খোঙজি শিদবা অহাঙবা খোঙদু উবদা থওইনা মপী শীন্থজবা ঙমখিবনি থম্বাল অঙৌবী।

মমা নুংশিবা খঙলবা সনাথোইবদা লৈত-লায়রা, অৱা-অনাগী মশকসু য়াম্না ঙন্না খঙখি। মীখা থাবগী চৈনা মহাক ফংখি। মদুমক্না মাগী লম্বীদু ফংখিবনি নীংতম্না হিংনিংবগী।

লম্বীদুদা মহাক চৎখি— মমাগী আশা পূম্বা লংথোক্লমদুনা। মাগী মমাগী খোল্লাং মমল মহাক্না খঙখিদ্রে। মচা কায়নরবী থম্বাল অঙৌবী কায়নবগী অৱা-মৈচাক্তুদা নত্তনা মিপাইবগী লাইমন অমসু পল্লবনি। নোং খজীক্তং খাকপদা, নুংশিৎনা খরা কন্না শীৎলকপদা মচাদু কমদৌরমগনি ব্রাজবীনি। নোংমৈগী অহৌবা মখোল তাবদা, মীহাৎ-মীপূনগী পাউ ফংবদা পাখৎপতনা লৱায় শাৎখিবনি। মতম পূম্বদা মচাবু ঙাইবনা মাগী হিংবগী লম্বী ওইরক্লিবনি, অদুগা ঙাইবগী চোকথবনা মাগী লাইমন ওইরক্লবনি।

ঙরাং অহীং মমৈদা সনাথোইবদু মমাগী মাঙদা লেপ্লে। চহী অনী চুপ্না উরক্তুবা মচাবু উবদা হরাওজবনা থম্বাল অঙৌবী কপখ্রবনি। কুইনা পীজগা ফংলক্তুবা মচাবু মবূক থন্না পীজখি। মচাগী নুংশিবা মায়থোঙবু পেন্না য়েংজুনা হায়খি, "নঙ লাকপা ফরেদা, ঐদি নঙবু উদনা শিখিবনা হাল্লদ্রা খল্লুবে।"

ব্রাহৈশিংসি হায়না হায়না মাগী মীত্তগী পি তাখি। মদু সনাথোইবনা মমীৎমক্না

উথ্রবনি। অদুবু মহাক্না হায়রমদে, "ইমা ঐ অমুক চৎলরোই।" মমাগী পিনা থল্লবা মমীৎতুদা মহাক মীচান্ননা য়েংবা ঙমখিদে। তপ্না মমায় লৈথোক্লদুনা হায়রম্মী, "চৎলিবা লম্বীসি ইথন্তগী নত্তে ইমা। অদুবু ঐ হল্লকখিগনি। ঐতা নত্তনা অতৈসু, নোংমা মায়পাকপা নুমিত্তুদা।"

মাগী অপঙবী মমানা ব্লাহৈশিংদু খঙলমগদ্রা? মীকূপ অমত্তংনি নোকচখিবদু মচাবু উজবদা। মচাগী কোক্তা নুংশিনা নাম্থবীদুনা য়াইফ-পাউ পীবা মহাক ঙমখিদে। কায়নবগী মৈনা মাগী নুং-পান শীম্থুংনা চাক্লম্মী। অদুগা মাগী মীৎকী পিনা অমুক খাম্বা য়াদনা জর-জর তারক্লম্মী।

ঙসি অয়ূক অঙনবদা সনাথোইবদু শিরে। লৈঙাক লাম্মাগী খূত্তা মহাক মায়থীখ্রে, মহাক্না মমাদা হায়খি, "চৎলিবা লম্বীসি মথন্তগী নত্তে।" অদুবু মহাক চৎখি মথন্তা। অশিবনা মাগী মরায়বক ওইখি।

সনাথোইবগী পুন্সি লোইখ্রে, অদুবু ঐগী ব্লারীদি লোইশিনবা ঙমহৌদ্রে। মনীং তম্বা পাম্বা ঐগী কলম্না পামখিবা ব্লারীগী পোলোইদু যৌদ্রি। থম্বাল অঙৌবীগী মীকপসু লেপখিদ্রি। ঐগী কলমসু ঈ মবক্তা পি শীন্থরি। অদুবু ঐগী ব্লারীগী পোলোইদা পিনা লোইশিনবদু ঐ পামদে। শিথ্রবা সনাথোইবদু অশি-লৈবাক্তগী নোংমৈগী মহুত্তা অহিংসাগী অশাৎপা লৈ পায়দুনা তাইবংদা হল্লকহল্লিংই। মদুগী লৈনমদা সংসাবগী মমা ওইবী খূদংমক্লা শুমহত্তুনা নুংশিবগী অমৃত মচাগী মথক্তা হৈথহল্লীংঙি।

অদুবু করম্না লোইশিনগদগে? ঐগী কলম মচীন্দা ঈ পক্লি। মালেমগী মচা খূদিংদা নীংতম্বা পাম্বা মাগী মচাশিংনা মশাগী ঈ চাইথোক্তুনা মালেম্বু মোৎশিলহল্লক্লি। অদুগা লানগী মৈনা অতিয়া পক্লা ঙ্কুং-ঙ্কুং চাক্লি। থম্বাল অঙৌবী কপ্লি, মালেমসু কপ্লি। ঐগী থম্মোয়নসু হংলি— কৈদৌঙৈ লোইগদগে লান? অমুক উখিগদ্রা— নীংতম্বা মশক খঙদ্রিবা পীক্লিবা সনাথোইবনা খোঙজি মখোলগা লোয়ননা মমাগী মাঙদা হরাওনা চেন্ন-চোংনা শান্নবদু? অদুবু ঐ ঙাইরি ঐনা পামজবা ব্লারীগী পোলোইদু। ❋

## মঙালগী মায়কৈ

"ইনম্মা, নুপাগী মীৎতা করি যাওই?"

বিজয়ানা হেক লাকপগা মণিলৈমগী মনাক্তা ফমথবদুনা হংলকপনি। মণিলৈমা মমায় লৈথোরক্তে, অদুবু হায়রকই, "নুপাগী মীৎতা দুরবিন য়াওবনি।"

"দুরবিনদি উরক্কেবো ইনম্মা।"

"হায়যু কবিদি উরকই?"

মণিলৈমা নোল্লকই। বিজয়ানা মমীৎ লাওথোক্লদুনা, "কৈনোমদি উরকই, করিনো হায়দি খঙদে।"

"খঙদবা? অদুবু খঙলগা কৈদৌগে হায়রিনো?"

"খঙনীংবৈ রানি কৈনো?"

"করিগী খঙনিংলিনো হায়মী?"

"অস! ইনম্মসিদি জাৎ অমনি।"

"নঙনা উরকপদুসু জাৎ অমা ওইরিনি?"

মণিলৈমা হন্দকসু নোল্লকই। বিজয়ানা মখা তারকই, "ইনম্মা, নঙনা হায়'দু

লাল্লিদা। নুপাগী মীৎতা কদায়দগী দুরবিন য়াওগদগে? য়াওরদবু মানা ঐঙোন্দা অদুক মুন্না য়েংবগী অর্থ করিনো? দুরবিনদি অরাপ্পদা লৈবা পোৎপু নক্কা উরিবনি।"

"দুরবিন য়াওদসনু। অদুবু নঙদি করিগী মঙোন্দা য়েংলুরিবনো?"

"খঙহৌদেদা। মশক্তু ফজবোই নীংখি, ফসু ফজরম্বে ৱানি।"

"হেরা, নুপানা ফজদুনবু কয়াম ফজদোইনো?"

"ইনম্মা মাদি ফজেবো।"

"মা হায়'দি?"

"ঐনা উরকপদো।"

মণিলৈমগী মীনোক হোংখ্রে। বিজয়াগী মকা লাম্বা মায়থোঙদুদা অমুক্তং য়েংলম্লগা হায়রকই, "বিজয়া, নুপাবু খঙগে খক হোৎনরুনু। ঐখোয়গুম্বী অপঙবীনা খঙঙমদবা কয়া অমা নুপাদা লৈরি। অদুবু খঙলুবগীসু করিবু কান্নরুগদগে? নুপীদি ইশাগী অনীংবদা নীংতম্বসু য়াদে। অদুগা নুপাশিংগীদি মখোয়না ওইনীংবদু ওইবা ঙম্মী। থৌজাল হৈবগী মতীক নুপানা হিংচাবগুম্না তমথীবসু ঙম্মী, শা ওইবসু ঙম্মী। অদুগা কনাগুম্বী লাইবক ফবীশিংগী দেবতা ওইবসু ঙম্মী।

"ইনম্মা, নুপা মখল কয়া শুই। ঐদি নুপা খূদিংমক ইমান-মান্নবোই খল্লি।"

মণিলৈমনা য়ানীংবা উৎলদুনা হায়রকই, "চুম্মী, নুপা খূদিংমক চপ মান্নে। ঐনা হায়খিবদুনি— মফম মতমগী মতুং ইন্না নুপাদি ওইনীংবতা ওইবা ঙম্মী। রাম্না দেবতানি, রাবন্না হিংচাবনি। অদুবু মখোয় অনীমক নুপা ঙাক্তনি। য়েংঙোই বিজয়া, দেবতা ওইরিবা রামসু ৱানা খাঙজরক্লবী সিতাবু মৈনূংদা লংশিনবসু ঙম্মী, বণদা হুন্দোক্লম্বসু ঙম্মী। উরেদনা লাই হাক্তক্তগী হৌনা যুগ যুগ কয়াদগী নুপাশিংনা নুপীবু চিংথোক-চিংশিন শান্নদুনা লাক্লি। মখোয়দি লৌশিনবা হৈবগী মতীক হুন্দোকপসু হৈবনি।

মণিলৈমগী খূদক্তা ওনখ্রিবা ফাগী চেন্দ্রবা ৱাঙাঙদুদা বিজয়ানা হংলকই, "ইনম্মা, নুপাবু অদুক তমথীনা হেক-হেক খল্লিসিবু করিগীনো?"

"তমথীনা খনবা নত্তে, ইশাবু চেকশিঞ্জনবা হায়বনি। নুপীনা নুপাগী মকাদা তাংজবগুম নুপাশিংগীসু নুপীগী মপাল তাংজনীংঙাই য়াম্না লৈখ্রপোৎনী। অদুগুম্বা

তাংজফমদু ইকোম-কোম্না পীথোকপগী মহুত্তা মখোয়না থিজরকপনা ইশাগী মমল য়ামহল্লি। বিজয়া লায়না ফংবা পোত্তি লায়না হেক্তা হুন্দোকপা ঙম্মী। উরেদনা ঐগী পুন্সিসে?"

বিজয়া খোঞ্জেল ওল্লদুনা হংলকই, "ইনম্মা, ঐ ব্রা'মত্তা হংগেনা?"

"করিনো হংঙু।"

"তাদদু শিখিবদি নত্তে হায়নৈ কমদৌখ্রিবনো?"

"খঙদ্রেদা। অদুবু শিখ্র'সু হিংলসু করিবু খেন্নরিবগে? ঐগীদদি অমুক লাকখিদ্রবনি।"

"ইনম্মবু নোংমতসু ময়ূমদা পুশল্লমদবরা?"

মণিলৈমা খোঞ্জেল থোক্লা খুম্বা ঙমদ্রে। "হোয়" হায়বগুম্না মঙক নোম্লকই। মশাগী লাইবক থীবা অমদি অশোনবদুগী চৈনা ঙসিসু পুঙমদবগুম্না মাগী মীত্তা পিরাং থাংলকই।

"ঐ থাজে ইনম্মা, তাদদুনা হিংদুনবু লৈরবদি নোংমা শোয়দনা ইনম্মবু থিরকখিগনি।"

"করম্না থাজরিনো?"

বিজয়ানা ঙাইহাক খুম্ফম খঙদনা লৈরুরগা খংহায় হায়রকই, "ইনম্মগুম্বী অমবু লংথোক্লম্বা মতীক্লা? মানা ইনম্মবু খঙলকখিগনি।"

"খঙলক্লগা ঐগী করি ওইজখিগদগে? অদুগা খঙসু খঙলোইদা। বিজয়া, নুপাগী য়েংননবা মীৎ পাল্লি অদুবু উবদি ঙমদে।"

বিজয়া থব্রায় য়াওনা মণিলৈমগী ব্রাদু তারি। মণিলৈমনা ফিজিনা পি তৈথোক্লদুনা মখা তারকই, "নুপীবু দেবীগুম্না খন্দুনা ইমা কৌরিবশিংদি সংসার ব্রাংমদা লৈপ্লবা মুণী ঋষি অমদি সন্ন্যাসশিংতননি। নঙ ঐগুম্বনা থেংনরিবা সাধারণ নুপাশিংগী মরক্তা নুপীবু লুনা চান্না তৌবীবা নুপাগী মশীংসু অদুক ম্লুবদি নত্তে। অদুবু মখোয়না নুপীবু খঙদে। শৃপ্লতগী মখোয়দগী তোন্না হিংঙি খন্দুনা হস্থনা নুংশিবীবগী ব্রাতনি। অমরোমদা হায়রুরবদি যূমদা লোইবা হূই-হৌদোং মপূনা লুনা-চান্না তৌবীবগুম্বনি।

"অদুবু ইনম্মা, অঙাওবা হূইনা চীক্লদি মী ঙাওই হায়নৈ। ঙাওদবা হূইনা চীক্লসু অনাবদি ফাওই। হূইনি হায়দুনা পঙলক-লক্লবা, পঙশান শান্নবদি য়া'পোৎ নত্তে," বিজয়ানা মরক থৎনা হায়রকখি।

মণিলৈমনা ইনখৎলকপদা ঙায়রিবী তীনকি-লাইকিদ্রিবী বিজয়াগী মায়থোঙদা য়েংলগা হায়রিবা ৱাদু যানীংবগুম্না হায়রকই, "হোয়নে, ৱারক্লগা শাউবদি মশানা তাবনি। অদুবু শাউরগা মাঙজবদি মপদুগী নত্তে।"

"হেরা ইনম্মা, শাগী থীওবিদু মীওইবদা পানশিন'য়াবা হৌনদে। শানা শানি, মীনা মীনি।"

"বিজয়া নঙনা কাউবে-- মীওইবসু শা মখল অমনি। নঙনা হায়রিবদু চুম্মী— পঙলক-লক্লবা, পঙশান-শান্নবা য়াদে। ঈশ্বরনা জীব-পানবা খুদিংমক্তা মশাগী শক্তি অমমমগা লোয়ননা শেম্লকপদা অশোনবা অমমমসু য়াওরকই, নুপীগী অশোনবা জগা নুপাদা ওইবগুম নুপাগী খ্বাইদগী শোনবা জগাসু নুপীগী মফমদনি। মদুমক্তা ঙসিগী সংসারসি ওইরিবনি।"

বিজয়া কবিমত্তা খুম্লক্তে। মহাক্না ইচম চমজনা উকবা মণিলৈমগী চীন্দগী থোরক্লিবা ৱাহৈশিংদুদা ঙকচান্ননা তারম্মী। মণিলৈমনা মখা তারকই, "নুপীসু নুপাবু শান্নবা ঙম্মী। অদুবু মদু ঐখোয় নুপী সমাজসিগী আদর্শ নত্তে। অদুগা শান্নবগী নুংঙাইবনা নুপীশিংগী অথোৎপা থম্মোয়নুংদা তুং-কোইনা লৈবসু ঙমদে। বিজয়া, নুপীগীদি নীংতম্বগী ঙমখৈ অমা লৈ। ঙমখৈদুগী মনূংদতা নুপীনা পেন্থোকপসু ঙমজে। নুপাবু শান্নবা হায়বসে ঙমখৈদুগী রাংমা লাল্লগতো ঙম্বনি।"

"ইনম্মা, ঐ ভাব তাদেবো।"

মণিলৈমা বিজয়াদা য়েংলকই। বিজয়াগী লাঙতক্লববা মীৎয়েংদুগা মীৎচান্নকই। মদুতদা মণিলৈমা মশাবু নীংশিংলকই। খল্লকই— মশাগী অশোনবা উৎথোক্কুনা পুক্নিবু চাং য়েংজদ্রিবী ইনখৎলকপগী আশাতনা ময়াই কানা শান্নজবতা ঙায়রক্লিবী বিজয়াগী হৈনীংবদা চৈথেং পীখ্রমাল্লে। অদুবু খুম্লকই, "অঙাংনা উরাউবী শান্নবদা শ্বর তৎত্রিমখৈ চেল্লি। অদুবু নুপীনা শায়বা পাম্লক্লবদি খরা তৎলবা মতূংদতনি। শম্না হায়রবদা সংসারগী ফজবা হায়বদুমখৈ লোইনা হুন্দোক্লম্লবা নুপীদুনা নুপাবু শান্নবা

ঙম্মী। বিজয়া, মীনা মীবু শান্নবা হায়বসে পুন্সিবু শান্নবনি। পুন্সিবু শান্নবা হাযবসিদি লৈখা তাবগী অরোয়বা থাক অদুদা লেপ্লবা মীওইশিংতগীনি। সংসার অসিবু শান্নবুং ওইনা লৌবা হৌনদে। মতাঙসিদদি নঙগী ব্রাদুসু চুম্লক্লে— শানা শানি, মীনা মীনি।"

ব্রাহৈশিং অসি হায়ন-হায়না মণিলৈমগী থম্মোয় খংচোক চোকথরক্লে। নীংশিংলকই— মাগী হৌখ্রবা পুন্সিদু অদুগা মীগী লমচৎ চৎপা হৈতবা মাগী মপূরোইবদু। মতমদুদদি লৌনম চাউবা মপূরোইবদুনা হায়খিবা ব্রাহৈশিংদুদা মহাক্লা কয়াদা পেঞ্জখিবা।

"ইনম্মা ব্রা'মগা হংখিগে?"

মণিলৈমনা তূমিন লৈখিবদুদা বিজয়ানা কৌরদুনা হায়রকপনি। হংঙু হায়বগুম্না মণিলৈমদু বিজয়াদা য়েংলকই।

"তাদদু য়াম্না ফত্তবরনে?"

মণিলৈমা হন্দক্তি নোক্লক্লে। বিজয়ানা মখা তানা হংলকই, "নুপা খূদিংমক মহাক্কুন্না ফরম্লোই খনববা?"

"নত্তে, খন্দে" হায়বগুম্না মণিলৈমনা মঙক হায়রকই। অদুবু মহাক্কী হান্নগী মীনোক্তুদি অসুম্মক নোক্লি। বিজযাদু মণিলৈমগী মতৌদুদা ঙক্লা য়েংলকই। মণিলৈমনা হাযরকই, "বিজয়া নুপাসু মীনি। মখোয়গী নুপা ওইবগী পাঙ্গল অমদি নাপলদুনা মখোয়না নুপীবু হন্থনা য়েংবী হায়বনিদা। অদুবু ঐখোয় নুপীগীদমক্তি ঐখোযবু হন্থনা নুংশিবীরিবা মখোয়দগী ফংলিবা নুংশিবদুনা পেন্থোকপা তাবনি।"

"ইনম্মা শাউনু, তাদদুনা পীরম্বা নুংশিবদুখক্তনা ইনম্মসু পেন্থোকপা ঙম্লিবরা? পুন্সিবু পেল্লক্তবা মীকূপ অমত্তসু যাওখিদবরা?"

"ইস! বিজয়া, নঙগী ব্রাতাসিদি?"

মণিলৈমগী শকফম খূদক্তা হোংখ্রে, অদুবু হায়রকই. "অদুনবু অসুক য়াম্না ঙাঙলিবনি বিজয়া। কথোকপা অমদি পেন্থোকপতনা নুপীগী ফিদম্লি হায়দুনসু পোৎকী মমল খঙদনা পঙলৌতা লৌশিনবা পাম্বা মীশক্তা পীথোক্লুববদি মাঙজবা হায়বদু ইশাগীনি। মদুমক্লিনে ঐগী পুন্সিসু। হৌজিক্তি ফংলিবা খরসিদা পেন্থোকপা নত্তনদি ঐ কৈদৌগদগে?"

বিজয়া মখা তানা হংলক্কে, তৃমিন লৈখ্রে। মণিলৈমা ঙসিদি বিজয়াগা ব্বারী শান-শানা মপূক্রীং য়াম্না নুংশিরক্লে। নীংশিংঙি মাগী মপূরোইবনা হায়খিবা ব্বাহৈশিংদু "থাজৌ মণি, নঙবু থাদোক্তুনা ঐ কদায়দসু চৎলোই।" মতমদুদদি মাগী মমিং ফাওবা মপূং ফানা কৌখিদবনি। করি পাউখুম পীরুনি? মপূরোইবগী মাঙদা নৌনা হাংদোকপতা ঙায়রিবা থম্মোয়দু অমুক লোৎশিন্দুনা ওইন-খোৎনবা মহাক হৈজদে। শৃপ্লতংগী হায়রক্লিবা ব্বাহৈশিংদুদা থব্বায় হকচাং লূপ্না পেঞ্জখিদুনা মশাগী নুপী ওইবীগী লৈজবা লন মখৈ তেংনা পীথোক্লম্মী। করি কায়বগে-- নুপীনা মাগী মপূরোইববু ঈশ্বরগুম্না থাজদুনা মশাগী লৈজবা পূম্বা অখাকপা লৈতনা পীথোকপদা? লৌশিনবীরিবা ঈশ্বরদুনা মতীক চাদবদগী নুপীবু অপঙবী তাহনবনি।

"ইনম্মা, তাদগা ইনম্মগা কায়নখিবসিবু করিগীনো?"

বিজয়ানা হৌজিক্তদা ব্বাহংসি হংলকপনি। মণিলৈমনা হায়রকই, "কায়নখিবসে ফরবনি বিজয়া। মাদি নুপা ওইবতনি, মী নত্তে।"

বিজয়াদু মণিলৈমদা ঙক্লা য়েংলকই। মণিলৈমনা ব্বারী হৌরকই, "ঐ লুহোংখিদে। কনা লৈজদবগী মিংদা মহাক্লা লুহোংসি য়াখিদে। মশাগী অশেংবা ব্বা অমত্তা মহাক্লা ঐঙোন্দা হায়খিদে। সংসারসিদা মাগী কনাসু লৈত্রে অথাপ্লা খুঙ্গংদা মাগী লৌরী ইখোল খরদি লৈ হায়। মশা হিংনবা থবক থিবা লাকপনি হায়। বিজয়া নঙনা খঙলোই, অঙকপা চলাকনিদা। ভারাগী যৃম অমদা লৈরগা খোং তৌবা, চেক শৃবনচিংবা অফং-অফংবা থবক শৃদুনা লৈরম্মী। কদায়দগীনো ঐগা হেক খঙনরুই। ঐগীসু ইমা নত্তনা কনা লৈজদে। ইমানা মপুঙ্গি চৃপ্পা মচা-ময়াগা লৈমিন্নবগী আশাদা মঙোন্দা লৈবদু য়াখিবনি। অদুবু বিজয়া, মশাগী অশেংবা মশকপু কয়াম কুইনা লোত্তুনা থম্বা ঙমগদগে? য়ুম্বানবা মতৃং ইকুই-কুইদনা ইমা লৈখিদ্রে। মাগী শক্লোনসু মকা ফোংলকখি। তশেংনা মহাক শা ওল্লকখি। বিজয়া, শাদি শাতনা থেংনবা ঙমগদবনি। ঐদি মাগুম্না শা ওইবা ঙমখিদে।

মণিলৈমগী মীত্তগী পি তারকপতা নত্তনা খোঞ্জেল নীক্লক্লে। অদুবু মখা তারকই, "বিজয়া ঐ নুপীনি, য়ুম্বাল্লবী নুপী অমনা মমা ওইনীংলোইদবগী মরম লৈবরা? ঐসু অমুকখক মমা ওইবগী তাঞ্জাদু ফংজখি। অদুবু মহাক্লা য়াখিদে। নমদুনা

মাঙহনখি। ঐ য়ান্না পাঙখিদ্রেদা। থম্মোয়সি কায়খিবনি।"

অমুক মখা তাবা ঙমখিদ্রে। মখূৎনা মমায় খুমজিন্দুনা মণিলৈমা কপথোরক্লে। বিজয়াগী মীত্তসু পিরাং থাংলকই। ফনা কুইনা লৈরুরবা মতুংদা মশাগী পূক্লীংবু ফাথরদুনা মণিলৈমনা হায়রকই, "নোংমা ব্রাহ্মৌ অমদগী ইবান্নী কন্না খৎনরিঙৈদা পুলিসনা মাবু থিরকখি। পুলিসকী শামিন খরদং ফংবদগী মহাক য়ূম থাদোক্তুনা চৎখি, অমুক লাকখিদ্রে।"

"করিগীনো পুলিসনা থিরক্লিবদি?"

"ঐসু খঙখিদে। খরা লৈরগা তারকই— মহাক নুপী অঙাং লৈরবা নুপানি। পুলিস হবিলদার ওইরম্মী। অতোপ্পা মীগী মচা-মব্রা লৈরবী মৌনহা অমা ঙাঙনকই হায়বরা? মৌনহাদুগী নুপাদু মানা হাৎলম্মী হায়। পুলিসকী মখূত্তগী নাম্থোক্তুনা চেল্লকপদা ঐগা থেংনখিবনি। য়েংঙু বিজয়া, ঐগী লাইবকসি।"

"ইনম্মা, নুপী অহলদুদি নোংমতসু তাদদু অদুগা ইনম্মবু থিরক্লা?"

"থিবক্লে।"

"অঙকপনিহে মদুসু।"

"কৈদৌ ঙক্তোইনো?"

"ফরসু ফৎত্রসু মাগীদি নুপাদু মরললনি, থিফম থোকপনি।"

"বিজয়া, মবললনি হায়দুনসু শীজিন্নবা যারোইদবদুদি লংথোকখিবনা হেন্না ফৈ। অদুবু ঐদি অমুকখক মখোয়বু থিরুই। মখোয় মমা মচাবু উনরকই।"

"মখোয়দি করিমত্তা হায়রক্লা?"

মণিলৈমনা ইহৈ হৈনীংলক্তুবগুম্না হায়রকই, "কৈকান্নবনোদা বিজয়া, তোক্লসি মখোয়গী ব্রাসি।"

বিজয়া য়ানীংদে। য়াম্না খঙনীংনা হংলকই, "ইনম্মা মখোয়দি করম্না হিংলম্মী?"

মণিলৈমনা বিজয়াদা অমুক্তং য়েংলকই অদুগা নুংশা মপী অমত্তং হোন্দোক্লদুনা হায়রকই, "ইচীনসিনা পন্নীংদেদা। ওম্থোক্লা মওং চাদনা হিংহৌই। মচা অনীগী মমা ওইরবী মহাক্লা নত্তবা লমচৎ চত্তুনা মচাশিংদু য়োক্লম্মী। হিংবা অমদি শিবগী অর্থ

মঙোন্দা লৈরমদে— শূপ্নতগী মাগী মচানুপা অনীদু নত্তনা। পাপকী মহৈ চাদুনা নোংম-নোংমগী হ্রম-হ্রম চাউখৎলক্লিবা মচা অনীদুগীদমক নিংদোল পোম্না ঐ হল্লকখি। তোল্লুসি বিজয়া, মখা অমুক তানীংলনু।"

মণিলৈমা তশেংনা হৈনীংলক্তরে। নীংশিংলকই মাগী অচম্বা ৱাহং অমগী পাউখুম নুপী অহলদুগী চীন্দগী য়াম্না তৃক্কচ্চনা ফংখি, "নঙগী সমাজ, নঙগী ধর্ম্মদুনা ঐগী ইচাগী পূক পুবীবরা? সমাজ হায়বসি অশিবনি, থৱায় পান্দবনি। অদুগুম্বা সমাজদুননি ঐবু লু-য়াঙ পান্দবা, চৈনা ফাওদবা অশিবা মূর্ত্তি ওইহনখিবসু। ঐ খঙঙি— কনা-কনানা অমোৎপবু পায়দুনা শান্ননিংবগে? কনা কনানা অমোৎপা মথকসিদা নেত্তুনা মঙক য়ৌনা পূখখ্রবা মশাবুদি য়েংদনা করম্না অমোৎপবু চৈবগে? ঐ নোক্লিবনি, নঙগী সমাজসিদা লৈনা-লৈনা, নঙগী সমাজসিনা ঐবু শান্নবীদুনা সমাজদগী ঐবু অমুক তাম্থোকই। ঐবু নুপী ওইহন্দে, মমা ওইহন্দে। ফৈ মসিনদুম ফৈ, নঙগী সমাজদুগী মনূংদা লৈরম্বা থোক্লবদি ইচা অনীগী মতৌ য়েংবা ঙমদদুনা ঐ চরম ফুল্লমগনি। হৌজিক্তি ঐ কনাবু নুংশিরুবসু ঙমদ্রে, তৃক্কচ্চবসু পোক্ত্রে। উরেদনা নুপী হায়বা মিং অসিতবু হাৎতোকখ্রবা তুংদা ঐনা পূম্নমকসি ঙম্লিবনি।"

মণিলৈমা পাউখুম অমত্তা পীবমদে। তৃক্কচ্চবতনা মশা পূম্বা শৌবিং-শৌবিং লাউদুনা হল্লকখি। মঙল-মঙল খল্লকই— সমাজ, হিংবা, শিবা, ধর্ম্ম অমদি ফজবা মসিগী অর্থ লৈত্রবরা? কনাবুনো তৃক্কচ্চগদবা, কনাবুনো ফজবনি খনগদবা? নুপী, নুপীসু শা ওইবা ঙম্মী, অদুবু ওইনীংনা ওইখিবরা? মমীত্তা উরকই— নুপী অহলদুগী হ্রামচৎনরবা মীৎযেংদু। মশাগী থম্মোয়বু মচেৎ-মচেৎ শেগায়দুনা চাবগী চোকথবা নাইদ্রবী চীনবালদুদগী থোরকপা ময়াক কল্লবা ৱাহৈশিংদুসু নাকোং শীংজা য়ৈবমখৈ তারকই—' নুপী হাযবা মিং অসিতবু হাত্তোকখ্রবা তুংদা ঐনা পূম্নমকসি ঙম্লিবনি।'

করি খল্লিবনো খঙদে, বিজয়াসু ফনা কুইনা তৃমিন ফম্লম্মী। নুমিৎ তাশিল্লক্লে, মমশিল্লক্লিবা মালেম্বু য়েংলদুনা বিজয়ানা হায়বকই, "চৎলগে ইনম্মা, ঐ থেঙলে।"

মণিলৈমা ঙসাইমখৈ পূম্নমকপু কাউথোক্তুনা তরং অমদা তাউরুই। বিজয়াগী খোঞ্জেল তাবদা মশাবু নীংশিংজরক্লে।

বিজয়া চৎখিবা ফনা কুইরফাওবা মণিলৈমা অসুম্মক ফমদুনা লৈথোক্লে। নুমিৎ

লৈথখরে, অমম্বতনা মালেম পূম্বা কৃপশিনখ্রে। মদু ফাওবা মহাক্না হৌগত্তুনা ইমুংগী মৈ থানগৎলুদ্রে। খল্লকই— মীনা মীবু তৃক্কচচবা হৌনবরা? লমচৎ নাইদবীদি মী নৎত্রবরা? অমোৎপা তৈবা পোৎ খূদিংমক্কী মমল লৈত্রবরা? তৃক্কচচফম থোকপদি অমোৎপবু পায়দুনা শান্নরিবশিংদুনি। ঙমখৈ নাইদনা শন্দোরক্লিবা অমম্বা অদুদা মহাক্কী মীৎনা কোয়না অমুক্তং য়েংলকই— কনাসু উদে। অমম্বদি অমম্বনি। ফজবা অমদি অথীবগী গুণ অমম্বনা লেপ্পা ঙমদে। ফৃক হৌগত্তুনা ইমুংগী মৈ থানগৎলুই। মৈঙালদা উজরিবা মশাবু হম্থনা য়েংজরগা নুংশা মপী অমত্তং হোন্দোরকই।

মণিলৈমগী মনাক্তগী হনখ্রগা বিজয়াসু খল্লি— নোংমতসু খম্থরুদ্রবা পুন্সিগী মরমদা। সংসার অসিবু মহাক্না ফজবা অমদি নুংঙাইবতনা থল্লবা ঈপাক অমগুম্না উরুই। অদুবু ঙসিদি খঙলে— মসিদা ঈথক-ঈরৈ কয়া লৈ। পৃক্লীংনা পাম্বা মায়কৈদা পুন্সিগী ঈচেলনা নীংতম্না চেম্থবা য়াদে। অহীং-নুংথিল খায়রি, অমম-অঙাল লৈরি। অদুবু পুন্সিনি থেংনদবা য়াদে। ঙসি মণিলৈমনা খূদোনবী থিন্দুনা তাকপীরকই— মঙালগী পীক্লবা লম্বী অমা। মাগী ব্লাখলনা লম্বীদুদা তাম্না য়েংলুই। উরকই— মণিলৈমগী মীৎকী পিরীকশিংদু থামম্বা অহীং অতিয়াগী কুফেৎ-কাফেৎ ঙাল্লিবা লংলবা থরানগুম। ✳

## হিংলিঙৈগী ঐ অমসুং শিরবা ঐ

অয়ূক অমদগী নুংথিল অমা, নুংথিল অমদগী নুমিদাং, অদুদগী অহীং। অসুম্না অসুম্মক হৌখিদুনা থা তবেৎ হেঞ্জিল্লক্লে ঐনা ফমুংসিদা অহোংবা অমত্তা য়াওদনা হীপ্লক্লিবা। কাসিদা, ফমুংসিদা ঐনা হঞ্জিন-হঞ্জিন কয়াবক খনখ্রে— ঐবু হিংলিবা হায়বদুরা? ইখোঙ পাল্লি চৎপদি ঙমদ্রে। ঐগী হৈ-শিংলম্না খুৎ, মহাকসু লেকথখ্রে, চানিং-থক্লিংবা পোক্লবা ঐগী ইচানসিদা চাক চখোম অমত্তং থাঙ্গত্নুনা হূকপফাও ঙমদ্রে। কয়াদা শোন্থখ্রবনো ঐ? থৱায় পাল্লি হায়বত ঙাই উতপকুম্না তারি ঐগী হকচাং। অদুগা অশিবা মহাক, নর্কশিল্লবোইদি নীংই— ইশাগী অশোনবা হকচাংসি উজরগা। অদুবু, মহাক লাকপা কৌবা লৈত্রে ঐঙোন্দা। অশিবগী লম্বী, উনা-উনা, চৎন-চৎনা অসুম তামখ্রি, ঐবু লক্লরি।

ঐগী সেবাদা হৈনীংবা পোক্লক্লবী ঐগী নুপীগী শাজৎ ঐনা উরি। ইচাশিংগী মতৌ ঐ খঙলিবনি। মখোয়নসু ঐবু হিংহনবা পামদ্রবনি, ইশামক্লা পামদবদগী হেন্না। অদুবু ঐ শিবা ঙমদে। অশিবনা ঐবু কৌবতমক কৌই, মনাক তম্নদি চিংশিন্দে।

ঙরাংতনি ইনাক্তা ফমদুনা ঐঙোন্দা চাক ইনখিবদু। ঐ চানীংদে, ঙক হাইরুই।

মহাক্না অতৈ থবকসু নংনবা, ঐবু পীজনবা হোৎনবগী খোইশাওনবদুদি উত্তনা হায়খি, "অমুক কেশীন্নরনুসে, শৎ চাথোকউ। খরা চাদনদি কদায়দগী কল্লদগে?"

ঐ চানীংদ-চানীংদনা চীন কাথোকই। চানীংদে হায়বা ঙমদে। মখোয়না তৌরিমখৈ ঐ য়াবা তাবনি। মরমদি ঐ ব্রা ঙাঙবসু ঙমদে। মীৎ কুপ্তুনা মঙোন্দা য়েংখি। ঐগী মীৎয়েংদু কমদৌখিবনো খঙদে, মপী ঈরা চেল্লকখি।

হায়রকই, "করি পাপনো খঙদ্রেদা ঐ? হে ঈশ্বর! অসুম্না কয়া কুইনা ঐনা য়েংদুনা লৈখিগদগে?"

ঐগী মৈচাক হেনগৎলকখি। ওইন-চাউবীনি, কেজ-নৌজবা পামজবীনি। অদুবু মাসু ঐগী পাপকী মহৈ চামিন্নররে। ঐগী খূৎসি, ইখূৎসি থাঙ্গৎপা ঙম্লম্লবদি মাবু ইথানুংদা কোনশিন্দুনা, মাগী মীৎকী পি তৈথোকপীরমগনি, অদুগা ঐনা ব্রা ঙাঙথোকপা ঙম্লম্লবদি হায়গনি— কপকনু, মসি পুক্সিনি। ঐনা ইপাপ কয়া তৌদুনা নঙবু ব্রাহ্নখ্রে, ঐবু ঙাকউ।

অদুবু ঙমখিদে, ঐ ঙমখিদে। মসিসু ঐনা তৌখিবা কর্ম্মদুগী মহৈরা? ওহ্! হৌজিক নীংশিংলে-- ঐগী হৌখিবশিংদু। ঐ লানখিমাল্লে, অশি লম্বীদা চঙশিল্লকপসিদা ঐনা তৌখিবা ইপাপশিংদু মীৎমাঙসিদা থোরক্কুনা পরেং-পরেং থৎলরে। ঐনা অতোপ্পশিংদা ওইদবা মীনম্বা কয়া তৌখি, অদুবু ঐ ইশামক্না ইশাবু মীনমজবদি খক ঙমদে। অদুননি ঐনা নীংশিংলিবসি। নীংশিংবা নত্তনা ঐগী অতোপ্পা ইথৌ অমা লৈতে। লৈবা তারবদি মদু ঐগী নক্লবশিংদা, ইচাশিংদা, নুপীদা ঐগী পত্থ-পুমথরক্লবা হকচাংসিনা ওৎপসিনি। মখোয়বু ঐনা ব্রাহল্লে, থৌ চিলহল্লে।

ঐগী মীত্তগী পি তাখ্রবরা? ঐগী নুপীগী খুইরবী খূৎশাশিংনা পি অসি তৈথোক্লিমাল্লে। ব্রাজরবীনি— ঐগীদমক, মচাশিংগীদমক। চহী মতাঙগা চূনদনা মাগী ফীভম য়াম্না শোকচীনখ্রে। ঐসে য়াম্না লানখ্রে। ঐগী সেবাদা চোকথবা নাইদ্রবী মহাক্কী মখূৎসি লৈনা-লৈনা ঐনা অতোপ্পগী খূৎপু মীহৌখি। মীৎসিদা ময়েক শেংনা উরি — চীং নিঙোলদু, মীনোক ফজবীদু! মাবু ফংনবা হোৎনবদা ঐনা তৌখিবা অরানবশিংদু ঐ কাউখিবরা? নত্তে, কাউখিদে। ফজবীদুগী নুংশিবতনা ঙাওরবা চীং পাখঙদু ঐনা মরাল থঙজীন্দুনা জেলদা থমখি। অদুবু ঐ কাউবা ঙমদে, মাগী লমন খুম্নীংবগী চাক্লবা

মীৎয়েংদু।

ফজবীদু ঐগী ওইখি। নুপা ওইবগী পাঙ্গল অমদি মীহৌলাংনা মাবু ফংখি। মহাক মমা ওইখি।

ঐ মসিমসু নীংশিংলি— য়ুমদা হল্লমদাই মীকৃপতু মহাক কপখি, য়াম্না কপখি। অপীকপা অঙাংদু, ঐগী ইচানুপীদু মাসু কপহৌই করিনো হায়বা খঙদনা। অরোয়বা ওইনা ঐনা হায়রম্মী— 'য়ুম হেক য়ৌবগা নখোয়বু লৌরগে।' ঐ চৎখিদে, চৎপা ঙমখিদে। ঐগী পোস্টিং অতোপ্পদা তাখি, প্রমোশনগা কোন্নবা। অদুবু ঐ মাবু কাউখিবরা? কাউবমক নত্তে, নীংশিংনিংদে। য়ুমগী নুপীগী মাঙদা, সমাজসিগী মাঙদা ইরাল লঙজরবনি হায়না উৎচবা ঐ ঙমদে। মখোয় হিংলিবরা, শিখ্রবরা ঐ খঙখিদ্রে। ঙসি ফাওবদা হিংদুনা লৈবা তারবদি ইচানুপীদু চাউরম্লনি। মহাকপু লুহোংলম্লগদ্রা? মমাদুদি? মখোয়না ঐবু শাপ লীশীং-লীশীং তৌরিনি। মদুগী মহৈ চারিবরা ঐবো?

নহালতনি, ইচানুপী য়ায়মদু ইমাঙদা শুৎ-শুৎ কপ্লম্বদু— মপূরোইবনা অতোপ্পা নুপী অমা পুশিল্লকপগী। থম্মোয়সি পুবা ঙমখিদে, শেগাক কায়খি। হেক পোকপীবা মপা ঐগী হীপ্লিবা কা অসিমঙংগী মিহৌবতনা ঐবু হিংহনবা পামদ্রবা ইচানুপাশিংসিগী জগাদা ইচা নিঙোলদুনা অমুক হল্লক্নুনা হেক লৈরবদবু করিনো থোক্লগদবদু? মশাগীতা হোৎনবদা ঐবু য়েংশিল্লবা মখোয় শংদে। মখোযগী নুপীশিংনা ঐবু "শিবীদবা" হায়না চৈবমক ঙমদ্রবসু থম্মোয়নুংদদি খল্লিনি। ঙাইহাক লৈতনা ঐগী নুপীনা মচা-মমৌশিংবু পেন্দদুনা শৌ-শৌ লাউবদু ঐ উরিবনি। হৌজিক ঐগী অত্ততাই ওইনা লৈরিবসি ঐগী নুপীতনি। অদুবু মাসু ব্রামন্দুনা শাউরকপা উরিবনি। মসিগীদমক ঐনা কনাবু ব্রারৌরুগদগে? মখোয় মীওইবনি, হৌনশানি। অদুদি ঐগী কনা লৈরি? ইথন্তনি। চুম্মী ইথন্তনি। মতম অমদদি ঐগী মীতনা চোল্লম্বনি। ঙসিদি মিত্রংগুম্মা মাঙখ্রে, লোইনা মাঙখ্রে ঐগী পাঙ্গল লন অমদি ইজ্জৎকা কোন্নবা।

করিনো ঐগী নীংশিংবগী শক্তিসিনা অসুক কনখৎলক্লিবা? পাঙ্গলনা অসি য়ৌনা শোন্থরক্লবা মতমসিদা নীংশিং ঈচেলদি শাফূ কনশিল্লক্লি। ঐ কাউবা ঙমদে,

নমদুনা কাউশিন্নবা ঐ ঙমদে। মরমদি নীংশিংবনা ঐগী ইথৌনি। লুখ্রাবী মমা মচাদু উপাই লৈজদনা ইখোঙ কোন্দুনা কপখিবনি। মমা মচাগী লৈজবা য়ুম্ফমদু ঐনা মুনবীখি, ঐগী মরূপ পুলিস ওফিসারদুগী নমদুনা ওইহনখি। মমা-মচাদুনা ঐঙোন্দা শেল পীখিদে, ঐগী মরূপতুনদি ঐঙোন্দা পীখি। যুগসিদবু শেল য়াওদনা করিবু চৎনবা য়াগদগে? অদুবু ঙসিদি, লুখ্রাবীদুগী মীত্তগী পিয়ামদু ঐনা লেপ্তুনা শীন্থুরবসু লোইবা নাইদ্রে। লোইবা নাইদ্রে মীৎকী পি:

অসিনা লোইরবরা ঐনা তৌখিবা অরানবা? নত্তে লোইদ্রি। পাঙ্গল হেক লৈরিমখে, ঐনা লন, ইজ্জৎ তানশিনবদসু ইরাল লঙশিনবগী ঙমখে নাইখিদে। ময়ামশিংদুনা হল্লক্তুনা ঐবু লক্কররৈ, শান্নবীরৈ। চোকথরবা ব্রাখল, চোকথববা হকচাংশিংবু হন্ন-হন্না নৈহৎলরি। চৈনা ময়ামসিনা ঐবূ তত্তনা খৌরাংবা পোকহল্লি অশিববু। ওহ! ঐগী ব্রারবা আত্মা! কৈদৌঙৈনো নঙনা ঐগী দেহেসিবু হুন্দোকপা ঙমগদবা? ঐ ব্রারে, মৈচাকসে খাঙবা ঙমদ্রে। হে অশিবা! নঙ লাক্লো, ঐবু নথানুংদা চেৎনা কোনশিল্লরো।

ইস! য়াঙলেনসি হুমান অনপ্পী কাংলেনে। অদুবু ঐ লেঙবফাও ঙমদে। কদায়দনো মমাদুবু? কাসিগী থোঙনাওসি অমুক্তং হাংদোক্লবদি, অদুগা ঐবু অমুক্তং অতোপ্পা মায়কৈদা চেপহল্লবদি খরা ফগদ্রা? ঐসে কয়াদা তোনখ্রবা? ঈশ্বর! হোল্লিবা নুংশাস্ববসি লেপহল্লবো? থা তরেৎসিদা ঐনা নঙবু নীংশিংদুনা, ইরাল পূম্বা নঙোন্দা শেংদোক্তুনা লৈজবা পি পূম্বা শীন্থহন্দুনা প্রায়শ্চিৎ অসি তৌরক্লিবনি। মসিবু মতীক চাদ্রবরা? ঐ ব্রারে। চরমসে খুক-খুক কংলে। কদায়দনো মমা নঙবু? অমুক্তা লাকউদনা?

লাক্লে। মহাক লাক্লে। অদুগা কনানো— মাগা লোয়নরক্লিবসি? ঐবু মঙলনে? অসুক কুইরবগী তুংদা মহাক লাক্লি, ঐবু কাউরমদ্রি। অপীকপা অঙাংদগী হেন্না নৌথরক্লবা থম্মোয়সিবু ফাজিন্দুনা মহৌশাগুম মাবু উবদা তরাম্না নোক্তুনা "তা'চৌবা" হায়না কৌবা ঙমগদ্রা? নত্তে, ঐগী লৈয়েং ফাজিনখ্রবনি। মীৎকী পি ময়ামসিনা মাবু কৌবা নভনা করি লৈরি?

"ইবুংঙো, ইয়াম্না লাক্লে। করিনো ঐগী ইনাওসিনা তৌরল্লিবসিবো?"

তাচৌবা নঙসু কপ্পবরা? কপমীন্নসি। ঐগী থম্মোয়গী লোনদি নঙতনা খঙবনি। নঙনদি ব্রাজখিবনি চীং নিঙোল মমা-মচাদুগীদমক। নঙনা হায়খিবশিংদু ঐ ইনখিদে। তৌবীমল খঙদবা ওইখ্রে ঐ। হায়য়ু চীংনুংরাদুগী পাউ য়াওরকপরা? ঐগী ইচানুপীনা ঐবু থিরক্লরা? তাচৌবা ঐগী পিনা হংলিবসিবু নঙবু খঙদ্রবরা? ইচা কায়নবগী মৈ ঙসিদি মপানথোক্লা চাক্লক্লে। করিনো পাউ অমত্তংদি তন্নম্মু।

"নঙগী নচানুপীনা নঙবু থিরক্লে। ঐনা হায়বা ব্রা তাদনা নঙনা মমা-মচাবু লংথোক্লম্মী। অমুক্তং নঙবু উনিংমাল্লে। মখোয়বু পুরকউরা?"

"ঐনা ইচাবু উনিংলোইদবগী মরম লৈববা? পুরকউ, মখোয়বু পুরকউ। মখোয়বু অমুক্তং উজরগা চাক্লবা থম্মোয়সি ঈংবরা য়েংগে।"

ব্রা ঙাঙদবা থম্মোয়সিনা খুন্নিবসিবু নঙবু খঙলিবরা তাচৌবা? ঐগী ঙক হাইরিবসিগী মরোল নঙবু খঙববো?

"কদায়গী মচানুপী? কনাগী মমা মচানো? হৌজিকপু মংগুন্নমদাইসিদা মৌ অনৌবী অমুক লাকখিদৌরিরা? য়ারোই, য়ুমসিদা কনামত্তগা পুশিল্লকপা য়াবোই হায়রিবসিনি।"

ঐগী নুপীসু মংগুন্নমদাই য়ৌরফাওবা পত্থ-পুমথরবা ঐবু খম্নলবা লেপত্রি। সংসারগী মায়াদগী খজীক্তসু লৈথোবকপা ঙম্মদ্রি। ঐদি মাগী ওইবদি হায়রুনু, ইশাগী ওইবফাও ঙমদ্রবনি।

"তাদা, শিরমদাইসিদা অশোনবসিবু অমুক বদনাম তৌবীরনু। ঙাঙবা শকপা ঙমদ্রে হায়দুনা তাদনা হিংনম তৌবরিবা করিগীনো?"

ইস! ঐগী নুপীগী খোনসি য়েংঙুনে। নঙনা খঙদ্রে মমা, নঙনা ঈশ্বরগুম্বা খাজরম্বা ঐসে পাপী ওইরম্মী। ঐঙোন্দা অমুক্তং য়েংলকউ। ইস! করিনো ইচা ময়াম, ইমৌশিং, ইশুশিং ইমাঙসিদা লোইনা লৈরেনে। মখোয় ময়ামগী খোইশাওনরবা অমদি অঙকপা মীৎয়েংসিগী পাউখুম তাচৌবা নঙনা পীবা ঙমগদ্রা?

"ইবুংঙো মখোয়গী ব্রা ঐ লৌদে। নঙগী থনৃংগী মৈ ঐনা মৈশা লাংদুনতা লাক্লিবনি। ইনাও ইবেম্মা অপঙবীনি, ঐনা দোষ তৌদে। ঐগীসু ইমং ইখুৎনা ফংলবনি। শিরমদাইসিদা লাইবক থীবীদুগী অব্রাবদু অমুক য়েংবা ঙম্নরোই। উপাই

অমা তৌদুনা মখোয়বু মফম খঙনবা শীনবিদুনা নঙগীসু অফবা কর্ম্ম অমত্তং তৌরম্মু। ঐগী ব্রাসে হন্দক্তি তাদবা তৌরনু।

ঐ য়ারে তাচৌবা। অদুবু য়েংঙু, অচাকপা মৈগুম্মা ঙাঙলবা ইচাশিংগী মীৎ ময়ামসিনা ঐবু তান্নরক্লে। ঐগী পিনা পীরিবা পাউখুমসে মখোয়না খঙদে। অশি কোমনুংদা ইশানা চোংথজবা ঙমদ্রবসু হন্দক্তি মখোয়না ঐবু ইশা লাক্তুনা চিংথনিংলনি। মরমদি— মখোয় মীওইবনি, অহিংবনি। ঐনা হিংলিঙৈগুম মখোয়সু ইজ্জৎ পাম্মী। ইজ্জৎকীদমক মীওইবনা পাপ তৌবদা নীংহন্নবা উরক্তে। ※

## শেন্দোল শিংবা

নুমিৎ খূদিংগী ললিতানা কৈথেল থোরকপদা সড়ক তাফম লৈরক মচীনগী শ্যামোগী দুকান্দা ক্লা-জারদা মতপ অমত্তা ওইরবসু চাদনা খক তোক্তে। ঙসিসু দুকান মমাঙদা লেপ্লদুনা হায়রকই, "নঙগী ক্লাসিদা হেনবা ঙম্ল'দি ৱাই শংলনিহে। কদায়নো মতপ অমা হান্না পীরকউ, অনীম'না ফজনা য়োম্লকউ।"

শ্যামোদু নোকফেৎ তৌরকই। হীদাকমনা চাইন-চাইনা খুম্লকই, "ঐসু নোংমগী অমুক্তং ওইরসু ইতৈমগী ক্লা মতপ অমত্তং শেমৌদ্রবদি ইখূৎসি ইহাঙ-হাঙবগুম তৌরিপোৎনি।

"অওইবরনে শ্যামো?"

কাদু মচীন্দা হূকচীন্দুনা হায়রকই, "নঙগী শেলদি ফনা য়াম্লরিনি, কয়ামুক্তি শুরে?"

"পঙয়াম য়ামদ্রিদা, লুপা চহুময়াঙ্খ্রেমুক শুরম্লনি।"

ললিতাদু মমীৎ লংখৎলকই। নাক-য়েৎ হাইফেৎ য়েংলুরগা হায়রকই, "হন্দক্কী লাক্কদৌরিবা নিঙোল চাক্কৌবসিদদি ইতৈমনা শিংদোক্লগে। লোইনমক ইনখৎপা

ঙমদ্রবসু বরদিনগী অদুৱাইদদি পূল্লপ হেক পীথোক্লগে। হৌজিকসিননে অৱা-অনং থা ওইবসিদা ফি-রোলকাসিদি শীৎখিদ্রবা হায়’নীমা।”

“এরা, ইতৈমনা চাববু কায়দেদা। ঐগীদি ইতৈমনা দুকান মমাঙসিদা লেপ্পীরবসিখক্তনসু পেঞ্জরি’পোৎনি।”

“মায়দা শক’সিনা ঙাঙথোরকপসিমা।”

ললিতাদু ফাক-ফাক নোকথোরকই; শ্যামোসু মতুং ইন্নদুনা নোকহৌই।

মথোৎ কারকপগী মমি মাঙখ্রবী ললিতা ঙসিসু ফজদে হায়বদি ঙমদ্রি। খজাই অনীদু চপথরক্লে, তোংতক লৈরিবা চাইরুং অনীদুগী মথক্কী উনশাদু চুম্না লৈবদা করিসু তৌদনা উরবসু নোক্লকপা মতমদদি মীৎকী নাকচী অনীনা উইশিনখিবদা কৃপতক তৌবা লৈই অম’নী চোংথোরকই। মদুসু মঙোন্দদি মতা’মা ওইনা অদুম ফজৈ। শক-চু, ঙাঙথোক-শক্তোরকপদা ৱাশি অমদি অদুম য়াওবি। অৱাৎপা হায়ববু মহাক লুখ্রাবীনি।

ক্বা চাবগী হৈনবীসি ললিতাদা লৈরকপা কুইদ্রি। চহী মরি-মঙামুক্কী মমাঙ, মহাক্না কৈথেল থোক্তুনা ফিয়োনফম ফম্বা হৌরকপা অদুৱাইদগীনি। মাগী মপূরোইবা বিরমনি, সরকারগী ইলেক্ট্রিসিটি ডিপার্টমেন্টতা কেরানী ওইরম্মী। নুমিৎ খূদিংগী বিরমনিনা ওফিস কাবা মতমদা ললিতাসু কৈথেল চৎননবা হেক হেক থোরকমিন্নে। বিরমনিগী মতুং ইন্দুনা ললিতাসু ক্বা চাবসি হৈনরকখি।

বিরমনি লৈখিদ্রবা মতুংদসু ক্বা চাবা থাদোকপা ঙমখিদ্রে। অহানবদদি ক্বাগী শেন্দোল য়াম্না লৈহল্লমদে। লুপা তরা কুন্দং তোনবদা হেক্তা পীথোক্লম্বনি। অদুবু, হৌজিক্তি নোংমদা ক্বা মতপ অনী-অহুমদগী তাদনা চারকপনে, মচাশিংনা চাউখৎলকপগী খরচ হেনগৎলকপনে, শেম্বোক লম্বীনা ৱাৎশিল্লকপনে শেন্দোলগী চাং ৱাংখৎলক্লে। শ্যামোসু মরক-মরক্তা য়াঙ্খে চাম্মদং শুরকপদা হেক্তা থৌরম্বদু হন্দক্তি শুকথৌ থৌরকখিদ্রে। ললিতানা শেলগী ৱা পল্লকপদা মথন্তা ইকায়বঙুম তৌরকই। ফাগী ওইনা অর্থ লৈবা ৱাহৈ অম’নী খুমজনবা হোৎনবা ইক: আ: তৌদুনা মমায় ঙাঙলকই। ললিতা ইঙ্গিৎতু খঙডি। মপূক্লীংদা লোয়্না নোকই-- মাগী শ্যামোসিনা তৌজ-শারিসে।

মীওইবগী পূক্নীং হায়বসিমক্তবু য়াম্না লানগল্লি। তাইবংপালদা লৈরিবা জীব পূম্নমক্তগী খ্বাইদগী লানগনবা জীব অমা খন্দোকপা তারবদি মদু মীওইবা কৌবা জীবসিনি। মীওইবগী সভ্যতানা হেক চাওখৎপা হেনগৎলক্লিবমখৈ মীওইবনা মশাগী ওইজবা খঙবসু হেনগৎলকই। মশাগী ওইজবা অমদি অপেনবখক উরকপদগী মীনা মী ওইবা হেক হেক পাল্লক্তে। মদুমক্তা মীওইবগী লমচৎকী ময়েং তাহল্লি, সমাজগী চৎন-লোনচৎকী ফজবা ফিদম থুগাইরকই। শ্যামোসু অচম্বা ফাগী-ফরাঙদগী তশেংনা ললিতাদা কোৎচি থাংলকই। পূক্নীং ইহুল ফোঙদোকপদা ইকায়বা য়াওরক্তে। মশামক খঙহৌদনা ললিতাগী থম্মোয়সু শ্যামোরোমদা অদুম ঙাথরকই। অদুবু মরক-মবক্তা ইপোম হৌরম্বা পূক্নীং ঈথক্তা নেমথবকপদা খল্লকই— তৌরিবা মতৌসি চুম্লিবরা? খন্না-খন্না লমহেনবী পূক্নীংবু ব্লারকচবদি ঙমখিদে, অহোয়নদুম করেম্নখি— হেরা, ফনদুম নুংঙাইরি। অদুবু মহাক্তা মসিদি নীংশিংখিদে মদুদি— পায়দুনা শান্নবা য়াদবা মীওইবগী পূক্নীংনি হায়বসে।

নুমিৎতু ললিতা শুমহৎয়াই চুখি। মীৎ পাঙন-পাঙনা মঙ মঙখি। নুংথিল তাম্লকনি, কৈথেল থেঙলপ থোবকপদনি। শ্যামো মনুংগী গাড়ি মথক্তা লোংনা ঈপ্লি। তূম্লিবরা খঙদে মমীৎ উইশিল্লি। মশাদা ফুরিৎ লীৎতে, ব্লাউথাংনবা মচুদা অঙাঙবনা চেক চত্নুনা লাংবা লুঙ্গি অমত্তং শেৎলি। কালেনগী মৈশা লাংলবা হকচাংদুদা হুমাং মরীক-মবীকাশংনা ইরং লংনা পাল্লি। ললিতা মশানা মশাবু কাউজরকই, শ্যামোগী মকা ফল্লবা থবাক্তুদা মিতারকই। ইপোম নাইনা হোল্লিবা শ্যামোগী নুংশাম্বরদুগা লোয়ননা মহাক্কী থম্মোয় মিহুল চোংলকই, মশা নীক্লকই। অপাম-নুংশিগী ঈথক অমা ব্লাংনা খংকা কাখৎলক্তুনা থম্মোয় মৈশা লাংলক্লে। পাক হেক হৌদোক্তুনা শ্যামোবু কৌবা ঙমখিদ্রে। চুং-ফিবাল চারবা ব্লাঙাঙদবা মূর্তিদুনা মঙোন্দা মরোল খঙদবা শুমহৎয়াই অমা থাদুনা মাবু নাউশুম্লক্লবোই নীংখি। অঙানবা অদুদা ললিতা মশাগী মীৎ তূকথবকই। ফনা কুইনা শ্যামোবু য়েংদুনা লৈখি।

"এ! ইতৈমা!"

খংপ্রেক খংনা শ্যামোনা কৌরকপদুদা ললিতা জ্ঞান তাবকই। খূদক্তা চেকশিলহৌদ্রবা মশাগী মীৎয়েং লৈথোকপা নংহৌদ্রে। শ্যামোনা নাকন্দগী

মোজা-ফূরিৎ লৌখৎলগা লীৎশিন-লীৎশিন্না নোক্লদুনা হায়রকই, "পোৎ লৈবা লাকপবু তূমিন্না লৈনবরো?"

"নুংঙাইনা তূম্বা মাল্লুরে, হেক হৌদোক্কদবদু নুংঙাইত্রবা।"

মতমসি ফাওবদা ললিতাগী থবাক্কী মিহুল চোংলি, মদুমক্তা মাগী খোঞ্জেল নীকখি। মদুগী শামিন শ্যামোনা খূদক্তা ফাখ্রে। তাঞ্জা লৌরদুনা হায়রকই, "মীনা তূম্লিঙৈদা হূরাল্লগা য়েংলম্বগী মমল ঙসি লৌবা তারেদো।"

ললিতা ফাগী তাথোক্কে ঙমখিদে; পূক্নীং হকচাং অনীমক শোম্থখি। অদুবু হায়রকই, "ফরক তারনু ইবুংঙো, ক্বাদু খীৎ পীরকও।"

গাড়ি মথক্তগী ফন চোংথরদুনা শ্যামো ললিতাগী মাঙদা লেপ্লরে। মী তাল্লকনি, মতম পূম্বদা ঙাইজরকপা তাঞ্জা ফংলে খন্না নিংঙাই চাউবা থম্মোয়দু ঊথোকপা পাম্লকই।

হায়রকই, "ফাগী নত্তে কৈথেলদা ফি য়োনদৌ শরূক দূকানসি পূন্না ফম্মিন্নরসি।"

"অদুনবু ফবদ্রনে?"

"ফবর্বনিনে, য়াম' ফবপোৎনি।"

ললিতা অর্থ ইথোক-থোক্তনা নোকখি। শ্যামোদি মথোই অমদুম কাখিদুনা শেম্লব' ক্ব'দু হাপ্লকপমক্তদা ললিতাগী তিংথোবক্লিবা খূৎশাশিং যাওনা পূল্লপ পায়শিল্লক্লে অদুগা অমুক্তং ললিতাদা মুয়া য়েংলকই। মাগী মীৎয়েংদুগা ললিতাগী অথকপা মীৎয়েংগা মীৎচান্নখ্রে। ললিতানা ফিংনা মখূৎতূ শৎতোক্লদুনা শাউনীংবোই চৈবোই হায়বকই, "চরোত্নে! নত্তেমদবো'"

মমায় শৎ লৈথোক্লগা চৎখি। শ্যামো মোন্দা অমদা নোকহৌই।

কৈথেল য়ৌরফাওবদা ললিতা মঙলান অমদা তাউরুই। মথন্তা হংজরকই—করি মত্তৌনোনে সিবু? খন্থহৌদবা ঙাইহাক্কী অপাম-নুংশিগী ময়া'ঃ কারবা ঈচেলদুনা ঈথক-ইপোম কাবক্তনা থম্মোয়গী মপান থোক্লা চেন্থগে তৌবন্লে। মসি হৌনদবনি। মহাক য়ূম্বাল্লবীনি, লুখ্রাবীনি। অদুবু করম্না হেক নমথদ্না থল্লগদগে— মাগী শিংলীদা ঈ চেল্লি। মপূরোইবা লৈত্রবী, নাইতোম তারবী নুপীশিংগী থম্মোয় মহী থোক্লে

হেক্তা হায়গদ্রা? সমাজনা চৎনবীনা মনীংতম্না চেম্থজগদবা ঈচেলদু পল ওইনা থৎতুনা থম্বীবনি। পল অসিগী মরুমদা নুপীনা মাগী মাঙজম্ভবা মপূরোইবগী নীংশিং মূর্ত্তি কোন্দুনা থম্মোয়গী লৈজবা ঈচেলমখৈ পি ওম্থোক্তুনা চেম্থহল্লি। মদুতদা নুপীবু নুপী কৌবীদুনা নুপীনা হিংবা ঙমজে চৎপা ঙমজে। ঙসি পল অসি লাম্থোক্তুনা চেনবা পাম্লক্লবা পাথোক্লবা ঈচেলসিনা ললিতাবু মঙক য়ৌনা লূপশিনগে থৌরাংলম্লে। ফীভমসি য়ৌরক্লবতদা মহাক্না মশাবু নীংশিংজরক্লে। নহালমখৈ মহাক্না শ্যামোবু শান্নরিবনি খন্না নোক্লুই. অদুবু খঙলক্লে— মশাগী থম্মোয় য়াওনা মানা শ্যামোবু শান্নরুবনি। মদুগী চৈনা মশাদা ফাওরকই। খল্লু-খল্লুরগা মশাবু তৃক্কচবা পোক্লকই, মথম্তা ব্রারৌজদুনা শোঞ্জে— হেরা, ঐনবো? মখৃত্তা পায়রিবা য়াই কারবা ক্বা মতপতু নীংশিংলকই। চেৎনা পায়শিল্লম্বা খূবামদু তিংথোক্লুই। হুমাংনা চোৎলবা ক্বা মতপতু মাগী খূবামনুংদা লৈরি। উরকই—শ্যামোগী হুমাংনা চোৎলবা লংলবা হকচাংদু। খূদক্তা হঙ্গোইবা, তৃক্কৎচবনা মশাদু নীক্লকই। মখৃত্তগী ক্বা মতপতু লাক্লুনা লংথোকখি। মপৃক্লীংদা খোয়শাওননা চৈরকই— হেরা মাগুম্বনসু ঐঙোন্দবু!

নুমিদাংদু ললিতা লৈতাফম খঙদে। মওল-মওল য়াম্না খল্লি। মশাবু ব্রারৌজবতনা থম্মোয়দু ইথন-থনগৎলম্মী। খল্লি—কয়াদা মোৎশ্লবা মীওইবগী থম্মোয়নো? সংসাবসিদা খ্বাইদগী মোৎপা জগা অমা থিবা তারবদি মদু মীওইবগী থম্মোয় ওইরিনি। থম্মোয়! থম্মোয় পান্দবা মীবু লৈবরা? অদুদি মোত্তবা মী হায়বদু লৈবা হৌনবরা? অমুকসু মশাগী ব্রাখলদু য়ানীংদবা পোক্লুনা মথম্তা মঙক হাইরকই। নাকল অমরোমদা মশাদু চেপথোকখি, মাগী নাকলদা তৃল্লিবা মচা অতোম্বগী মায়া পক্লিবা মায়থোঙদুদা মীৎ কৃপ্তুনা য়েংলুই। নীংশিংলকই— লৈখিদ্রবা মপূবোইবদু। মাগী মকশিল্লবা থম্মোয়নুংদা মপূরোইবগী শেংলবা মূর্ত্তিনা লেঙদনা লৈরম্মী। লৈজবা পিমখৈ শীম্থদুনা মশাবু লাল্লে হায়রকই। নীংশিংলকই— মখোয়গী পুন্সি লৈপুনগী অহানবা অহীংদু। বিরমনিনা হায়খি-- করিগীনো নঙনা অসুক নুংশিরিসিবো? ইকায়-নুংশি য়ান্ননা নোকচখি। ঙসিসু নুংশিবা অদুগী মমি ময়েক লানা তারি, মাগুম্বগী শ্যামোনা অদুগুম্বা নুংশিবদুগী মহুৎ শিনবা মতীক নত্তে।

মচিং-মশোন নাইরবা থম্মোয়দু নমহৎপা ঙমদে, ফৃক হৌগৎলি। ফমুংদগী

ফন চোংথখিদুনা মচা অতোম্বা বোবোমচাগী শেনফুদু লৌথোক্লুই। নুমিদাং অথেঙবদুদা মখূম হাংদোক্লুনা য়াওরম্বা শেঞ্জোইশিংদু মশীং থীরি। বোবোমচা মীকপ থোরক্লুনা মমানা তৌরিবদু য়েংলদুনা পেহৌ-পেহৌ হায়রকই, "ইমা ঐগী শেনফুদু থুগায়রি কৈগীনো? য়ারোই লৌথোক্কনু।"

থৌ-ব্রা ইশা শাদে ললিতা। বোবোমচানা মমাদগী শেঞ্জোইশিংদু মুল্লি। ললিতানা মচাগী মখূৎতু ফৎ কনথোক্লুনা হায়রকই, "তূমিন লৈয়ুহে মসিমা! সিদগী হেনবা লন অমা ইমানা নঙগী তূংশিনবীদোইনি। চৎলো তূম্মুচো।"

মমাগী ব্রাদু অর্থ খঙলিগদ্রা খঙলিরোইদ্রা খঙদে, অহেনবা অমা তূংশিনবীগনি হায়বদুদা বোবোমচা তূমিন য়েংদুনা লৈরে। শেঞ্জোইশিংদু য়েংলগা ললিতা খল্লকই— অসুম্না শেঞ্জোইশিংসি ঙাক্তা হেক শিংগদ্রনে।

অমুকসু খল্লি— কৈদৌই হায়গে, সিনদুম ফৈ। মাগুম্বদবু ইকায়বা হৌনবরা?

মথংগী নুমিত্তা ললিতা মশাগী ফিগী শেনপোত্তগী খরা'মা লৌথোক্লে, মচাগী শেনফুদগী শেঞ্জোইশিংদুনে পূল্লপ পূনশিল্লগা পুরদুনা বোবোমচাগা কৈথেল থোরকই। শ্যামোগী দুকান মপাদু য়ৌরকপদা মচানুপাদা শেলদু পীরদুনা শ্যামো তাননবা হায়রকই, "বোবোমচা, ইমাগী ক্বাগী শেন্দোলদু শিংদোক্লবনি হায়য়ু। অদুগনে অহেনবা লুপা খরদুনা নহানমখৈ ইমানা ক্বা শোৎপদা য়াহনবীবগী মিনুংশিদুগী মমলনি হায়য়ু।"

পীক্লিবা বোবোমচাগী চিন্দগী অদুক য়াম্বা ব্রাহৈদু থোরকপা ঙমদে। অদুবু শ্যামো খোন্দাদু তায়; মদুগী অর্থসু খঙি। ঙসিদি ললিতাগী ক্বা পীরক্তে, হাপ্পনবা খূৎতু মমাঙদা লৈতে। পীক্লিবা বোবোমচাগী খূত্তদি মশাগী নুপা ওইবগী নাপলনা চাউথোক্লবা থম্মোয়দু হাপ্পা কদায়দগী চল্লদগে? মমাঙদগী শেঞ্জোইশিংদু মখূৎনা শোক্লুই, মখোল থোরকই। মসিদি মাবু শুমহৎখিবা ললিতাগী মীনোকখোলদু নত্তে। মতীক চাদবা নুংশিবদুগী মমল হাপ্পা পীরক্লবা মাগী ক্বাগী শেন্দোলদুনি। ✳

# চৈরাক

কাদুদা মখোয় তৃমিন ফল্লি। খৃৎলায (নোংমৈ) পাযবা নুপামচা অহুমদুনা গুসি মখোয় অনীগী অচুম অরান ৱায়েনগদৌরি। নহা অহুমদুগী মরক্তগী অমনা হংলকই, "মশানা য়াদবা নুপীবু করিগী ফারুরিবনো? খুন্নাইসিগী নুপীশিংবু হস্থনা যেংবগী ৱারা?"

মহেন্দ্র খুমদে। অনীগুবা নুপাদুনা মহেন্দ্রগী থর্জীন্দা নোংমৈনা নমদুনা ধর্মকি তৌরকই, "নচীন্দু খুন্মু।"

মহেন্দ্রনা মেমচাদা অমুক্তং যেংলকই অদুগা মমায়দু লূকথরদুনা হায়রকই, "ঐ মাবু য়াম্না নুংশিজে।"

"নুংশিরগা হেক্তা ফাবা য়াবরা? নঙগুম্বা ঙাক্তা ওইরবদি খুন্নাইসিগী ফীভম কয়াম শোক্লক্কনি, নঙ খঙদ্রা? নচ- নচে লৈতবা মীরা নঙ?"

মহেন্দ্র চহীদা অদুক হাক্লা অঙাং নৎত্রে। মাগী মথক্তা চৈরাক পীগনি হায়না লাক্লিবা নুপামচা অহুমদু খৃৎলায় পায়জরবসু মহাক্লা পোকপা য়ারিবা ঙাক্তনি। মখোয়গী মচীন্দগী থোরক্লিবা ব্যবহার য়াওদবা ৱাহৈশিংদু মহাক তাবা ঙমদে। অদুবু

উপায় লৈতে, মাসু মরাল অমদি লওজরুরে।

লাক্লিবা নহাশিংদুগী মরক্তগী অমদি ব্রা ইঙাঙ-ঙাঙদে। দশা তারিবা অনীদুদা অমুক'মুক য়েংদুনা লৈ। হান্দক্তি মহাক্না মেমচাদা ওনশিন্দুনা হংলকই, "হৌজিক ইচেগী করি মোৎ লৈবগে? নুপাসিগী মথক্তা করি থবক লৌখৎপা পান্নীবগে?"

মেমচা ঙকচান্নে। করি খুমগদগে? অমুকসু হংলকই, "ইচেনা খুন্নীদ্রগদি নুপাসিগী মতৌসি মতুং-মনাও অতোপ্পা নুপাশিংনসু তৌরক্তনবা লোইশিনখ্রো হায়বরা? নৎত্রগনা নুপাসিগী মরাল ঙাকপীফম থোকপা লৈরগনা ইচেনা ঙাকপীরগে হায়বরা?"

মেমচানা করি খুম্লক্কদগে হায়বদু মিহুল চোংবমখৈ ঙাইরম্বদগী মহেন্দ্রনা খংহায হায়রকই, "মেমচা, ঐদি নঙবু তশেংনা নুংশিবনি। নঙবু মাঙহনগে খনবা নত্তে। ইনে তোম্বীনা হায়বা ইল্লুবদগী থৌদোকসি থোকখিবনি।"

"তূমিন লৈয়ু!" নহা অমনা হায়রকপনি। মখা তারকই, "নরা লৌবা য়াদবা। নুপীবু শান্নপোৎলা? পাম্মী নুংশি হায়দুনা মমল লৈতনা নুপীবু উরিবা নমীৎতু কোৎথোকউরা?"

মহেন্দ্র মদু তাদবগুম্না হন্দকসু অঙাওবগুম্না মেমচাদা হায়বকই, "খল্লু মেমচা, ঐবু হাৎলগা নঙগী মাঙখ্রবা ইজ্জৎতু অমুক হঞ্জিনবা য়াগদ্রা?"

"কবি উশিক্তবা, থাজল্লবা নঙ?"

অনীশুবা নুপাদুনা মহেন্দ্রগী মমাযদা শাফ্ কন্না মখূৎনা অমুক অনীরক থাজিনখি। মহেন্দ্রগী মমায-মমীৎ ইঙাঙ ঙাঙশিল্লক্লে। মেমচানা মমায় হনগৎতুনা নহাশিংদুদা য়েংলদুনা হায়রকই, "ঐবু অমুক্তং খন্থনবা মতম পীখো।"

"ইচেনা পাম্না চৈরাক্ত হায়বীয়ু। কিবীগনু ইচে, ঐখোয় লৈরিবসিনি।"

"ঐসু হায়রিবসিনি, ঐ খনখিগে।"

"ফরে, নুমিৎ তবানিগী মতম ইচেদা পীরি।"

নহা অহুমদুনা মহেন্দ্রবু পুথোক্লুনা চৎখি। মহেন্দ্রদা অহকপা চৈরাক পীগনি হায়না ধমকি তৌরম্মী।

মেমচানা অসুক শাথীরক্কনি হায়বদু মহেন্দ্র অহানবদা থাজরমদে। শিংজু

য়োনবী তোম্বীগী ৱাহৈশিংদু থাজরুই। 'পঙগনু মহেন্দ্র, নুপীনি, নখূৎপু চল্লবা য়াগে য়াও, য়ারোই তোকউ নঙগী ওইরবনি।' তাঞ্জা য়েংদুনা মেমচাগী ৱা ইতা তারুদনা খুদোংচাবদু লৌখি। থম্মোয়বু পাঙ্গলনা খূদুম চনগনি খল্লুবা ৱাখলদু হৌজিক্তদা মহেন্দ্রনা লাল্লি হায়বা খঙলক্লে।

অমরোমদা মেমচা, মশাগী অপঙবা অমদি মহেন্দ্রগী নুপা ওইবগী নাপলবু তমথীনা ৱারৌখি। শিংজু য়োনবী তোম্বীবু শাউখি। মহাক্না মহেন্দ্রদা লৈবমক তারবসু খরা খঙহনবা পাম্মখি। মরমদুমক্লা মহাক্না খবরদা "ৱাকচ্চবা" হায়না ফোঙদুনা মতমসিগী সরকার অমদি লৈবাক মীয়াম্বু ঙম্বা ৱায়েলদু কৌরুবনি।

নুমিৎ তরানি ফাদ্রিঙৈদা মেমচানা মহেন্দ্রবু কৌরক্লে। মহেন্দ্র চিংনৈ, হরাওবা ঙমদে। লাকউ হায়না কৌরগা অমুক কাপথেক্লমদুনা থৱায় মাঙলদ্রা মিপাইরকই। মতমসিদদি মীতোপতি হায়রুনু মশাবু ফাওবা থাজবা ঙমদে।

মহেন্দ্রগী মরাল মেমচানা ঙাকপীখ্রে। মদুগী মরম খরা লৈ। মদুদি-- মেমচাগী মমা-মপা লৈত্রে, মবুং অনীগা মনম্মশিংগা লৈমিন্নৈ। খজীক্তং মপূক্রীং নুংশিরকপদা মমা-মপাগী অৱাৎপদু হেক্তা নীংশিংলকই। মাগী কনা লৈজদবগুম মপূক্রীং খংশোন হেক্তা শোম্থে। নুপীনি, অদুগীসু মথক্তা ইজ্জৎ মাঙলবীনি। ঐখোয়গী সমাজসিগী অখূবা মীৎয়েং মহাক উই। নুপীনা নুপীবু মাঙহল্লি, নুপীনা নুপীবু করেম্নৈ, নুপীনা নুপীবু তূক্কচৈ। অদুগা নুপাশিংনা নুপীগী অশোনবা অসিদা খুদোংচাবা লৌগদবগী ঙাইদুনা লৈনৈ। মদুগী মায়োক্তা মহাক্না লেপ্পা ঙমজদে। মরমদি-- মহাকসু সমাজসিগী নুপীনি, নীংতম্না হিংবগী হক মাগী লৈতে, মশানা লৌজবসু ঙমদে। মপুন্সি চূপ্পা যূম্বালবগী ৱাখল থাদোক্তুনা মাঙজরগে হায়বসু মাগীদি হিংবগী লম্বী য়াম্না পীকই। মমা-মপা লৈতে, লৈকায়গী মীনোক অরায়বনি, মানা মহেন্দ্রদা মশানা য়ানা চেনবা নত্তে হায়বদু তাবতদা নুংশা মপী চাউনা হোনখিবা মনম্মশিংগী ইঙ্গিৎ মহাক্না উরিবনি।

লুহোংবা নুমিৎকী নুমিদাংনি। মহেন্দ্র য়াম্না থেঙনা মখোয়গী কাদা চঙলকই। ময়াম পার্টি তৌরুবগী খরা থকচীখিবদুগী নিশা হাইফেৎ লাকপা মতমনি। মেমচাগী মাঙদা মহাক চপ লেপ্লে। মেমচা ফম্লম্বদগী হৌগৎলম্মী। মহেন্দ্র মেমচাগী লেংজুম

অনীদা মখূৎ অনীদুনা খংপায় পায়শিল্লকই। মেমচা মিপাইরকই। মহাক্লা মহেন্দ্রবু ব্রাহল্লুবা ময়ামদু নীংশিংলকই। মদুগী চৈনা, চৈফম মহেন্দ্রদা মূৎলমদবা য়াই খল্লকই। অদুগীসু মথক্তা মহেন্দ্রবু পোকপা অহলদু ফাওবা অহীং অনী লোক-অপতা লেনহনখ্রবনি।

"নহালনা অদুম্না কোক য়াবদি কৈদৌই? নঙনা পাল্লিবু পেতব্রাশিংদুনা ঐবু ওৎপদুরো? হৌজিক্তি পেল্লরিনিনে।"

মহেন্দ্রনা হায়রকপনি। মহাক্কী খোঞ্জেল থোৎতে। য়ুগী নিশানা লৈয়েং ফাইরে, নুংশিবগী সুর য়াওবরা য়াওদবরা মেমচানা খল্লুবা শংদে। করি লমন খুন্নক্কদগে মিপাইরকই। মহেন্দ্রনা নমদুনা মেমচাগী মমায়দু থাঙ্গৎলকই। মেমচা কিজবনা মমীৎ উইশিল্লন্মী, মাগী চীনবালদুসু নীক্লে। উইশিল্লিবা মীৎতু পাঙথোকপা ঙমজদনা মীকৃপ খরদু স্বর থিংবমখৈ মহেন্দ্রনা কৈদৌরক্কদগে খন্না ঙাইরকই। খঙহৌদনা হন্দক্তি মেমচা অকনবা মহেন্দ্রগী চৈরাক অমা ফংখ্রে মদুদি— মতম পূম্বদা মহেন্দ্রনা মঙোন্দা শিন্নবা পামখিবা নুংশিবা অদুমক। হৌজিক মেমচাগী উপাই লৈতে। মাগী থম্মোয় হকচাং থন্না হাপ্লক্লিবা নুংশিবদুগী অপাম-পামদা খনবগী হক মাগী লোইখ্রে। পামদ-পামদনা নুংশিবদু মানা লৌখ্রে অদুগা পামদ-পামদনা পীথোকপা তারে নুংশিবদুগী মহুৎ— মাগী পুক্নি।

অসিগুম্বা চৈরাকসি মেমচানা ফংলোইদবগী মরম লৈবরা? মহাকসু তোল্লবা খুন্নাইসিদা নুপী ওইনা পোক্লুরে। ✳

## ঙসি য়াচঙলকপা মতম

নুংথিল চূপ্পা লেপ্তুনা চুরম্বা নোংদু হাংবদি হাংখরে। তরানিথোইনি পানবা থরানগী থাজদু ব্রাউথাংনবা মঙালগা লোয়ননা লীখৎলকপদা মঙায়রি। ঝুলোনগী নুপী পালা য়াওগদৌরিবনি হায়দুনা ইমুংদুদা রাসমনি মশু-মবেল কোইলাঙ লাঙলি। মশুগী কে-মৌবদা থরায় য়াম্না য়াওজৈ রাসমনি। স্কার্ট, মেডি অমদি খোঙগ্রাওদা শেৎপী পাম্হোইনা ঙসি ফনেক মপালনাইবা শেৎতুনা রেসমগী অঙাঙবা ফূরিৎ লীৎ, অপাবা লমথাং ইন্নফি ইন, লাইবক্তা থিল্লিবা অশাংবী চন্দোলদুগী ময়ায় চানা অঙাঙবা শিন্দুরনা শাংলপ নম্লদুনা থোরকপদু ঙানখ্রবা মৈঙালদুদা য়েংবদা পেঞ্জদবগুম্না তান্ন-তান্নদুনা য়েংলি। মপূক্লীংদা ফজৈ খঞ্জবতা নত্তনা চীনবাল থোক্লা হায়রকই, "ফজৈদকো ঐগী ইশুসে।"

মচু তৈশিল্লবা কাঙলপ তৌবা চীনবালদু পৈথোক্লদুনা পাম্হোইনা হায়বকই, "মী তাখিনি হনুবী।"

মশু-মবেল তুংথ-মাঙথা থোকমিন্নরকই। চৎন-চৎনা রাসমনিনা হায়রকই, "করিনোম'দি ব্রাৎলিসে...।"

"কৈনো ৱাৎলিবো ইবোক?"

নাকলদা চৎলিবা মশুদুদা চেপথনা য়েংলুরগা ৱাসমনিদু ঙাইহাক তূমিন লৈখি। পাম্বোইনা অমুকসু হংলকই, "ইবোক, কৈনো ৱাৎলি হায়রিদুবো?"

ৱাসমনি খুমদে, অদুম চৎলি। ঙাইহাক লৈরুরগা হায়রকই, "উম..., লৈরেনেসে, লৈ অমত্তং ওইরসু মনাসিদা চিল্লক্কে হায়দেনে। লৈ নাচোমদু অমত্তং চিনশিল্লক্লবদি ফজবনা য়েংবা ঙম্লরোইদবা।"

পাম্বোইনা হৌনা নোক্লদুনা হায়রকই, "নাচোম-নুংচোমদু চৎনদ্রে ইবেম্মা।"

"করিগী চৎনদনি? ঝুলোন, কাংগী খূবাক ঈশৈ, শগোল কাঙজৈ, মূক্লা, কাং শান্নবা পূম্নমক হৌজিক্তা অমুক হৌদোক্লরক্লুনা কনখৎলক্লিসিনি। লৈ নাচোম চৎনহনগে হায়রসু য়াই, অমনবু হৌদোক্লুরদি মরী-মরী শম্লরক্কদৌরিনি।"

পাম্বোই ৱা মখা তারক্তে। ৱাসমনিনা মখা তারকই, "ইমাইপেম্মা, ঐখোয়নগা লৈশারিঙৈ মতমদুদি নুংঙাইরমম্লপোৎনি; নখোয় হৌজিক মতম্লগা শোকপা ঙম্বপোৎ নত্তেদা। লিক্কোল শান্নবা, কাং শান্নবা অদুদগী লাই হরাওবগী লৈ থিবা চৎপা, য়াওশঙ থাবল... য়ামখ্রে।"

মখা তারক্লিঙৈ পাম্বোইনা মরক থৎলকই, "মতমদুদা 'খোয়বোক্লগা ফজরমদৌসিদি..."

"ফজরমম্লপোৎনি।"

"লাইবক্কী শাই কোয়বকপ কোয়নগা ককপদো অস! থা হেক মানখে ফজবমনি। অদো ইবোক, লাইবক্কাদু ইতাঙ তোঙবী মমায়গা শাংদ্রোং শাংবী, মশম্লগা তর-রব খোইবীশিংদুদি ৱা ফজবম্লিবো।"

"থীদা অঙাওবীসিদ। শম খোইবী হায়রগা নীংশিংলে-- মাইস্নামগী লৈরীকমচানা খোইবা শমদো.... ইস! চেঙহী লুরগা মচুম তপ-তপ তারিঙৈদফাওবা শমজেৎ হাৎপদা লাইবক্তা নপপু য়াদ্রিবনি। হরাও-কূম্মে অমা থোরকপদা মাগী শমদুদা শেন্নবদা ঐখোয়ফাও অৱাবমা ওইরম্মী।"

"লৈশাবী খূদিংমক্কী শমকক-ফিজেৎ মান্নদবা য়াদে হায়বগুম তৌনরম্মীবনিদো। হৌজিক্তি মশা-মশানা পামজবা মওংদা মনীংতম্না কেনরে।

মসিনদুম ফৈদা ইবোক।”

“অদুবু ইবেম্মা অমত্তা ওইবগী লীচিং, অচুম্বা লমচৎ-শাজৎকী মতৌদুদি হৌজিক উদ্রেদনা?”

“অদুবুদি চুম্মী ইবোক।”

“মতমদুদদি পাখঙ-লৈশাবী পূল্লপ-পূল্লপ অহীংচূপ্পা লিক্কোল শান্নবদা করিসু অকায়বা লৈবমদে। মতমদুগী নীংতম্বদো হৌজিক্তি কদায়?”

“ইবোক মীশিংসে হৌজিক্তি মশাগী ওইজবা য়াম্মা খঙনরে, মসিননি মীওইবগী নীংতম্বসু মথন্তা মাঙজখ্রিবসি।”

“হোয়নে, মদুনা ওইবা তারে, থায়নগী ফজবা চৎন-লোনচৎ কয়াসু মূৎখ্রিবসি।”

পাম্বোই য়ানীংবগুম্মা তূমিন লৈখি। চোয়া শেৎলিবা ফনেকতুনা চৎপদা ইপন-পনবগুম্মা তৌদুনা মখূৎ অনীমক্কা তাখৎলগা মখোঙদু গম-গম থাংদুনা চৎলি। রাসমনিনা কোম্বুরবা মখ্বাঙদু হেন্না কোম্বুরদুনা মশুগী মতুং ইনবদু ব্বারক্কমাল্লে, মশুনুপীদা চৈরকই, “ঙাইখোনেহে চন্দালনুবী নঙবো। খোঙ থাংবা ঙমদ্রেনে ঐবো।”

মশু-মবেল খৎন-লাউনা লাকপদা হঞ্জবমগী মাঙব য়ৌরক্লে। রাসমনি ফিদা থাদুনা ফমথরকই।

ঈশৈ হৌখ্রে। রাসমনিগী থম্মোয়নুংদসু নিলখ্রে অদুগীঙৈগী পুন্সি ঈশৈনা।

নুমিৎতু কৃষ্ণ জন্মনি। নিংথেমচামযূমগী লেশ্বীসনাখোয়’ যুমজাও মাঙ্গোলদা লিক্কোন শান্নে। নুমিৎতুগী লিক্কোল পো চুংখাম বিরচন্দ্রনা চৎখি। নুমিৎতুদনি, অহানবা ওইনা উখি ইন্দ্রবু। ইন্দ্র বিরচন্দ্রগী মনেহলনা পোকপনি। লিক্কোল শান্নবদু ইন্দ্রসু য়াওখি। কদায়দগীনো রাসমনিগা হেক থংননা ফম্লরে। পুন্সিদা অহানবা ওইনা রাসমনিগী থম্মোয় য়েন্নীং হুনখি। ইন্দ্রগী চূং-ফীরাল চারবা মূর্তি, ব্বাঙাঙ-শাঙাঙ পূম্নমক্কা মাবু শুম্মৎখি। লিক্কোল মরূ শিন্নরমদাই, মতৌ ইমান-মান্দনা হায়রকখি ইন্দ্রনা,

“পাখঙ থম্মোয় শুল্লিবী

থাবল্লেগুম লৈনম চাউবীও
লিক্কোল মরূসিগা কোন্ননা
থম্মোয়সিসু য়াওনা হাপচরগেদোনা।"

করি পাউখুম পীগনি। হুমাং কাখি রাসমনি। মখূৎ নীক্লা তিংথোরকখি অদুবু মাগী মচীন্দগী ব্রাহৈ অমফাও থোরকখিদ্রে। হাপ্লবা তিংথোক্লুরবা মখূৎতু অমুক চিংশিনখিদুনা ইন্দ্র রাসমনিগী ঙাঙশিল্লক্লিবা মমায়দু তম্লা য়েংলকই। ময়াম পূম্নমক্লা রাসমনিগী পাউখুম ঙাইদুনা লৈনখি। হায়ফম হেক খঙদদুনা শৎ হায়দোকখি, "কোক হেক পীরকওদোনা।"

ময়াম মাঙ্গোলদু কায়গদবমখৈ নোকখি। পো চৎলিবা বিরচন্দ্রনা মনাক্তগী ঈশিং খূজাইদু লাম্লগা য়াউম অমা কূৎ য়োৎশিন্দুনা হায়রকই, "খূৎলৌ ফজদেদা।"

লিক্কোলনা শৈহৌ ওইদুনা থম্মোয় মশেল খঙনখ্রে। লৈবাক্কী কূম্মৈ ফিয়োং কয়াদা তত্তনা কোয়মীন লাঙমিন্নখি। নুংশিবগী থিংঙমদ্রবা ঈচেলদুদা তাউথমিন্নখি।

দলসু কন্না হাইখরে
মালঙসু মতেং পাংখরে
পাঙ্গল শোনবী রাধাদি
অঙকপনা থল্লে...

মশুনুপী পাম্থোইগী ব্রাংলবা ঈশৈগী সুরনা মাগী মঙলান কায়হনখ্রে। ঈশৈগী মখা তারকই,

কিজবনা রাধা হকচাং
তনীক-তনীকখ্রে
নোক্লা চাউবীনি খনখিদরে
থব্রায় ওইবা মবুঙোংদা
কিজবনা কোঞ্জরুরে।

রাসমনিগী ব্রাখল মীৎমাঙদা অমুক লেপ্লে— অরিবমগী ঐজ্ঞা বল্লরামগী চাউরবা মাণ্ডব, চীং লেম্লবা মন্দির, মন্দিরগী অব্রাংথংবা য়েন্নখাদা হৌবা অচৌবা নোবাপ পাম্বী... অদুদগী মথং-মথং...

নুমিৎতু থব্রান নোংজুনা ফূদিৎ ফূবমখৈ চুরবা থাবল থোক্তবা অহীংনি। নোবাপ পাম্বীগী মরুমদুদা চাউ-শাংলবা মূর্তিদুনা রাসমনিগী মনাক নক্না লেপ্লখি। থব্রান নোংসু লেপ্তুনা চুখি, রাসমনিগী মীৎকী পিসু শীস্থখি লেপ্তুনা। নোংজু খোঞ্জেল্লক্তা ফূইনা হোল্লিবা ইন্দ্রগী মৈশা চেনবা নুংশাস্বর রাসমনিগী নাকোংদা, থম্মোয়দা য়ৈরখি। পূক্নীং ফাথবা নংখিদে। মন্দির ময়ায়দগী ঝুলোনগী শৈশক্রম্বী কনাগুম্বী অমগী ঈথক হৌরবা খোঞ্জেলনা নোংজুখোলদু নমহৎখি—

শ্যামের অঙ্গে নিল তোমাল

জেমনি হীমোলতা বেড়হি য়াশে।।

অরোয়বা মীকূপতুদা উপায় লৈত্রবী মহাক্কী খৌনাওদগী কায়না ব্রাহে অমত্তসু থোরকখিদে। ইন্দ্রগী মথানুংদা মমায় লোৎনা, মমীৎ চেজেৎ উইশিন্দুনা কপখি। থব্রান নোংনা চোৎলবী পূর্নশিন্দ্রবা মাগী শম্লাং মচুম্না মশা পূম্না চোৎলফাওবদা নাচুংখিদে।

"সে কপকনু, অমুক হল্লক্লোই হায়বসু নত্তেদনা? ঈশ্বরনা শাক্ষি, শ্রীরাধা গোবীন্দনা শাক্ষি ওইসনু! থাজৌ ঐ অমুক ননাক্তা হল্লক্কনি।"

ইন্দ্রগী খোঞ্জেলদু ইফা-ফাজিল্লম্মী। রাসমনিদগী পাউখুম অমত্তা লাক্তে। মহাক কপ্লি, চৎখ্রগনি খঙলবা ইন্দ্রবু খামজবা মহাক ঙমদে। লেপ্তুনা চুরম্না নোংসু হাংপ্রে। থব্রানগী পূর্ণিমা থাজনা ব্রাউথাংননা মঙাল শন্দোরক্লে। মনা পূংলবা নোবাপ পাম্বীগী মখাদা লীৎথরক্লিবা থাবল মঙালদা ইন্দ্রবু ময়েক শেংনা উজবা ফংদে। শেৎলিবা ফৈজোম কুঞ্জা থাঙ্গৎতুনা মশাগী মীত্তগী পি তৈথোক্লদুনা ইন্দ্রনা হায়রকই, "অদুক নুংশা থীগনু, নথম্মোয়দু খরা চাউথোকউ। নুপামচানি, লাইবক য়েংলুবগে। ঐখক্তদি নত্তেদনা চৎলি'সে, তাচাউবীসু য়াওরি, নোংথোলসু য়াওরি। শিদ্র-নাদ্রবদি নঙগী ননাক্তা হল্লক্তনা কদায়দা চৎলুনি হায়গে? ঈশ্বরবু থাজৌ।"

ফনা কুইবা ফাওবা ইন্দ্রনা মাগী পাউখুম ঙাইরম্মী। অদুবু রাসমনিগী পাউখুম লৈতে– শূপ্পতগী পিদু নত্তনা। মীকূপ অমা চোম্বা য়াদ্রবগুম ইন্দ্রদু নুপা ওইবগী খোঙথাংদা কনাবু হন্না য়েংলমদনা চৎখি।

মতমদু ইন্দ্রগী ইমুং-মনুংগী ফীভম য়াম্না ফৎলমদে। মমা ঙন্না কায়নখি, অশোনবা মপানা মখোয়গী ভার পূন্না পুরম্মী। শারেপ ফারক্লবা ইন্দ্রনা মপাবু মীখা থানা শূ-নোমহন্দুনা মখোয়বু য়োক্লক-থাক্লকপদু নুংঙাইরকখিদে। লৈকায়গী মথক থোংবশিংনা লংফৈদা থবক শূবা চৎনবদু য়াওগে খনখি। মদুমক্লা মহাক্লা রাসমনিবু থাদোক্লম্বনি।

মতমগী চক্রনা লেপ্তুনা লৈশিল্লকখি। রাসমনিগী মথোৎ কারকপগী লৈনম লৈকায় পল্লোন লানখি। মতম কয়া ঙাইরক্লে, মাগী ইন্দ্র লাকখিদ্রে। হল্লকপগী আশা তৌজরম্বী রাসমনিগী চহী তরানিপাল শুজিল্লকখি। অদুগুম্বা চহী মতাঙদুফাওবা মচা নিঙোলবু মমা-মপা ওইবা কনানসু ময়ূমদা থমদুনা মতমদুদদি নীংঙাইদনা লৈথোক্লদে। মশানা য়াব-য়াদবা থিদনা অহল-লমন্না মহাকপু মাইবম ইবোচাউবদা নমদুনা থাজখি।

হল্লক্কনি হায়রম্বনি ভগবান শ্রীরাধা গোবীন্দবু শাক্ষি থমদুনা অদুবু লাকখিদ্রে ইন্দ্র। ব্রাশক ঙাকপা ঙমদবা ওইখ্রে। মহাক্লা থবক শূবা চৎমিন্নখিবা নোংথোলদা হংলুবদসু "মফম খঙদ্রে, অহানবা থবক শূবদদি পূল্লম্বনি, মথংদগীদি তোঙান-তোঙান খাইদোক্লখ্রে" তল্লে। রাসমনি কাউথোকপা ইঙম ঙমদে, মাইবমদা লৈদুনা মচা নাউরোল অনী ফংলফাও ইন্দ্রগী পাউতা হংখি। মীনা পঙহায়দা হায়নৈ, দিমাপুরদা হাও নিঙোল লৌদুনা লৈরে, খর'মনা হায়– নেপাল য়ৌখ্রে, কাছারদা ফূরিৎ তূরি, অতৈ অমত্তগা নত্তে, চীং নীংখায়বদা শিখ্রে। অমবু ওইরো, অমবু ওইরো, মহাক হল্লকখিদ্রে।

"ইবোক থেঙমনখ্রে চৎলসি।"

রাসমনি খংপ্রেক-খংবগুম মশুনুপীদা য়েংলকই। ঈশৈ লোইশিল্লমদুনা মহৈ-মহৈ লাঙনরম্লে। নুংশামপী অমত্তং হোন্দোক্লদুনা হায়রকই, "ঙাইখোনে

ইবেম্মা, ঈশ্বরগী থৌগল তৌরগা ঐ' ইবুংঙোগী প্রসাদি খরদং ফংদনা হনবা হৌনদেনে।"

"অস! তৌরকঅদৌনি, ববানা হোরেল চৈরনেমি। অখোয় ননাওদু খরা লৌরলাও হায়রম্বনি, লাক্কে মাসু।"

পান্থোইনা নুংশা থীনা হায়রকই, রাসমনিনা চৈহৎলকই, "তিনখেৎ লাইখেৎকনুহে, মসিমা।"

মালেম চোৎনা চুরম্বা থৱান নোংজু ঙসাইনা হাংখ্রবনি, অদুবু রাসমনিগী থম্মোয়দি হৌজিকফাওবা চোৎলি অদুঙৈগী নোংজুনা। অহীং চুপ্লা তুমথবা য়াদে। মীৎমাঙদা শং-শংনা উরকই— নোক্কনবা ইন্দ্রগী মায়থোঙ, বিরচন্দ্রনা পামখিবা ফাগি-জুগাই, তোমালগী মিত্রং; ঙাম্বীতোন, থারিক, লৈরীকমচা, থাবল্লৈ, তোম্বীতোন। মথং মথং মাগী মাগী থোকপা পান্নখি, কায়নখি। হনগৎনা চৎপ'মুক য়াদ্রবা পুক্সিদু ঙসি নীংশিংবনা পুরক্লি। মপুক্লীংদা পাম্মুজনা শোঙ্গে— "নুংশিবনিদা মতমদো!" কদায়দগীনো ঙসি পুক্সি নুমিৎ তাশিল্লক্লবা, য়াচঙলকপা মতমসিদা মাগী নীংশিংবনা অমুক লক্করক্লিবা? ❋

## চারসি মরূ হুন্দোক্লসি মতোং

"হৌবেদনা, হেক হল্লকপদা ঙাইহাক্তা পোত্থাফম লৈরোইদৌনি।"

মাঙ্গোল কাখৎলকপদা অশংবীনা হায়খিবনি। ইমুংগী যুময়ায় কাদা মাগী মপুরোইবা কেশোদু মমান্নবা মরি-মঙাগা হন্নাই অঙৌবা খরা মমাঙদা থল্লদুনা থকপা হৌরম্লে। অশংবী মখোঙদু শহুম চাউনা থাংলদুনা মচানুপা অহলদু কৌরকই, "ইমোচৌবা, কৈদৌরি? পোৎসি খরা থারুলাউ।"

কৈথেলদগী তীক্লুবা মনা-মশীংশিংদু মফম চানা শিন্দোক্তুনা থম্মী।

"ঐনা হায়দুনে, তৌরুনু কাননরোই। মীগী মচা লৈশাবীদুবু তাবাবুহোযগুম্বনা হাইজিল্লুবা য়াপোৎনত্তেমি। হৌজিক্কাল নুপীদবু, কিবু কিদেনে। ঐদি তন্দনা নুপীকা হন্নফাও য়েংলরোই খল্লপোৎনি।"

দিলিপ্না উইরি উইরি হাযরকপনি। অশংবীনা মথন্তা মুরুম-মুরুম শোল্লকই, "থীদা পাখঙ লুন্নাওবসিদি। শক্তাসিগা মরেং-মমান্নবগা তিন্নগেদি হায়দে।"

বাবুনা খোঞ্জেল কল্লপ হায়রকই, "নথৌ লৈতে ইবো, য়াদুনবু কোয়রুরিনি।"

"অদুনা ওইরে, চেল্লুনেনা চৎলগা অতোপ্পা পাখঙ তেক-তেক লাউব'মদা চেনথোকখিবদো।

তোম্বনা করেম্লনা হায়রকপনি। দিলিপ্পা মখা তারকই, "অদুদনেমি তাবাবু, ঐনা নুপী কৌবসিতা থিররোই হায়রিসে। থাজনিংঙাই ওইদে হায়বা।"

"ফংদদুনা হায়বদি নত্তেকো ইবো? নঙনা খঙদ'তৌনি, ফজবগী তুংনফম নুপী, নুংঙাইবগী তুংনফম নুপী হায়নরিবনিদা।"

"চুম্মী, চুম্মী, যাম' চুম্মী। শিরগা লোইরবা পুন্সিনি। হিংলিঙৈদা খরা নুংঙাইথোকপবু মপা কনানা করি হায়দোইনো? মৱা লৈদে হাযরিসিনি, মৱা লৌদেবা," তোম্বনা হায়রকপনি।

অশংবী তানীংদবদা লোইরে। প্রপ-প্রপ খোক্কুনা তাল্লুরসিরা হাযদু য়ৌরে। তিল্লিবা কাঙবুদুনা মরম চায-চাদে খঙদনা শিথ শিথ পঙনোক্তা নোক্লকই।

"নুপী খুদিংবু ইমাগুম্বনি খল্লুগাইনা। অর্থ চাদবা। নত্তে, ঐখোয় নুপীদবু কন্মাইনা ইমানি খন্দোইনো? অর্থ চাদেমী, অর্থ চাদে।"

বাবুগী ৱাতাদুদা অশংবী হন্দকসু মথন্তা শোঞ্জরকই, "হুঃ, মচৎসিননি, মমীত্তা মচা উদ্রিসে।"

অশংবীগী নুপা কেশোনা হীদাক ঙাওদবা শাদুনা মাগী হৈনবীদা খোঞ্জেল নৌথরদুনা হায়রকই, "চুম্মী, যাম্না চুম্মী। অর্থ চাদে. অর্থ চাদে।

অশংবী মনা-মশীংদু লোইশিনবা লোইরদুনা হৌগৎলকই। মচানুপা অনীদু লাইবিক্তি পাদদুনা মপাখোয়না তৌরিবা মতৌদু য়েংদুনা লৈরম্মী।

ইমোচৌবনা হায়রকই, "নাউচা, মোয়না থকইসিবু হাউ'জাৎলা?"

"হাউরম্মোয়দা। অখোয়'বানগা থকপদা মনাতোন মেনশিল্লগা, মমীংকা কন্না উইশিল্লীদুদি? ঐদি খারমদৌ মাল্লি।"

নাউচানা খুল্লকপনি। ইমোচৌবনা থীক-থীক নোক্লদুনা হায়রকই, "য়েংঙুনে নাউচা, ককা দিলিপ্পা উইরিসে।"

মচীন-মনাওদু মচীন খুন্নগা নোক্লকই। নাউচানা হায়রকই, "দদা, হাউসু হাউতবা নমসু নমথীবসিবু থক্লিসে কৈগীনো?"

"খঙদেহে, কোন্না হাউরকই ওইরমনি।"

"নত্তেদা, হাউরম্মোই, ঙাওনবা ওইরমগনি। ঙাওরগবু কয়াম নুংঙাইবনেনা।"

মচা অনীগী মতৌদুদা অশংবী অশাওবা পুম্বা হৈথদুনা খরা চাউবা ইমোচৌবদুগী মনমদা শেৎ-শেৎ থাজিল্লুই। হায়রকই, "নথৌদু তৌ য়াদ্রে? মীরেম শাদুনা লৈরি কৈগীনো? নথীবোঙ নথীবোঙদু পুবদা শেন্নবগা ঙমজদেনে।"

কাঙবুদু তুমিন চুপ লুপখি। বাবুনা মফি কল্লদুনা হায়রকই, "থোকহৌরসি ইবো, নুপী লান হৌরকএ।"

"ঙাঙসনু কৈনো, নুপীনা ঙাঙববু। ঙাইখোসে, ময়াম ঙাইহাক্তা ফমখো।"

কেশো খোন মেঙনা ময়ামদু খাম্মী। তোম্বনা হায়রকই, "নুপীনা মকিরে ঐদি। অদু তাকেশো, নুপীসে মরক-মরক্তা অমুক-মুক ফুদোক্লদি জ্ঞানসে পোপ হেক্তা তাবজাৎনি।"

বাবুনমুক ওক্লকই, "নুপী হায়সিদিনে, ৱাঙাঙ খুদিংগী অপায়-অপায়বা পোৎনা লংবা, পানদি শুকপান পালহন্দবা।"

মযামদু অমুক নোক্লকই। দিলিপ্পা নোকপা হন্থরকপদা হায়রকই, "নুংদি নুংশিজাৎনিনে ইতৈমদো?"

"অদুবুদি ইবো, ঐগী নুপীনিদনা?"

"চুম্মীনে, চুম্মী। অথ চায়।"

কেশোদু হেক্তা য়াওরকই। অশংবী অমুক ফাথবা নংলুদ্রে। শুৎ-শুৎ কপ্লিবা মচানুপাদুদা অমুক ওনশিন্দুনা লাউরকই, "য়াম' কপ্লীংবরা নঙ? মপান্দা কপকেরা? তানীংদবনা নারে ঐ। লাও, লাও মপান্দা, মপান্দা কপ্পু।"

মচাদু শ্রো-শ্রো চিংথোরকই। হন্দক্তি কাঙবুদু হৌগৎনরক্লে। বাবুনা তপ্না হায়রকই, "অশং, অঙাংদু অঙীংবসিদা নারনিনে। তৌনু-তৌনু। হৌজিক্কাল অঙাংশিংসে লম্বুদি খরা হেল্লে।"

"ঙমদ্রে তাদা, মীরেম ময়ামসি হোৎনবদা।"

মখা তারমদ্রে, ময়ামদু থোক্লখি। কেশোনা অশংবীদা ওনশিন্দুনা ঙাঙলকই,

"নঙনা অসুক ইশৌ লাংলিসিদু কৈগীনো? নঙসে, য়াম' চাওখত্তেদা, লৱায় য়াম তাই হায়মী? মী ইমান্নবশিংদুনা করি খল্লমগনি? পঙহৌদি হৌরক্কনুকো।"

"ও তানীংদেয়ে, তানীংদদুনা তৌরিনে। মপা ফত্তবনিনা মচাসু মতৌ তম্মে।"

অশংবীনা শাউনা খুন্নকপনি।

"নঙ য়াম' ঙাওনুকো, য়াম' ঙাঙনু।"

"ঙাঙদনবা নচৎতু চুম্মো।"

শাউরগা পোৎ-চৈদা তাইনবসি কেশোগী হৈনবীনি। য়ূময়ায়দুদা অকায়বা গ্লাস অমদি অতৈশিং ইচাই চাইরম্মী। অশংবী মথন্তা খল্লি— ওন্থোকপা লাইবক হায়দুনি লম্বীনি হায়দুনা চঙশিল্লুরে, হৌজিকপু অমুক হন্দোক' য়াখিগদ্রা? মচা-মৱা পান্দুনা লৈরে, সংসারগী অকনবা লীপুনমখৈনা নাক-য়েৎ হাইদোকপা য়াদনা ক্রক-ক্রব লাক্লা পুশিনখ্রে। খাঙবা তাবনি, হিংবা তাবনি।

ইমোচৌবদু কপ্লম্বদগী তূমথরম্লে। অশংবী হৌজিক্তদা শাগৎলম্বা থম্মোয়দু ঈংথরকই। মচাগী পিফম তৈরবা নৌরিবা মায়থোঙদু উবদা পিরাং চেল্লকই। ⁂

## মোন্দ্রঙ মরূম

"হৈমা! হৌজিকফাও হৌগৎত্রিমাল্লেনে। হৌগৎলো চা ঙসাইনা থাংথরম্মে, ঈংখ্রনিনে।"

ঐখোয় নুপানা ঐবু হৌদোবকই। ঐনা খুমখি, "মোয়'বাগা অঙাংশিংগা থকমিন্নরম্মো।"

মহাক মখা তারমদে। ঐখোয় নুপা মখোঙ য়াম্না য়াঙডি– ঐনা হৌগৎলগা চাকশঙদা চা লৌবা চঙখিবদা মহাক অয়ূক্কী চাক থাঙ্গৎলম্লে, অদুগা মপান্দগী তোতি ঈশিং য়ারুনবা চৎখি। চা থক্লগা অঙাংশিং লাইরিক পারিবদুগী মনাক্তা ফমথে। খবর লাক্লে, করি কবি পাউ য়াওবকপা পাথরুই। লালহৌবা নহারোল নিপাল পুল্লপ সিফাইনা ফাখিবগী পাউদুদা মীৎয়েং তারুই। খরা পারগা তন্দুনা তোক্লে। অওনবা পাম্বা লৈবাকসিদা নুংতিগী মান্নবা থৌদোক মান্নবা পাউদি লেপ্পা লৈত্রি। কমান্দো অদুক, নহারোল লালহৌবনা এম্মুশ তৌরকপদা শিরে; কাপ্পবদা মীচম অদুক, লালহৌবা অদুক, সিফাই অদুক শোক্লে, শিরে। ওক্ত-লীচৎ চৎলম্বগী ক্লবনা কন্যা কৎলে। গঞ্জা, য়ু পুবম্বগী ফাবে। অফ-নুংঙাইগী পাউদি ইয়াও য়াওদে। লৈবাক্কী

লুচিংপুরেল ওইরম্বা, ফম চাউনা পায়রম্বা মন্ত্রিনা শেল নারোলদা লৌথোক্লম্বগী পাউ নুমিৎ খূদিং লেপত্রি। মমীৎ শিংমনখ্রে সি বি আই য়ূপ্লোন্নবা লৈবাকশিংগী মমাঙদা ইকায়জরক্লে।

"চাক লোইরে অঙাংশা, চাথোক্লরো। ঐ ওফিস থেঙখ্রনি, নমাদু কদায়দা লৈ? কৌরকও।"

পূক্লীংদা খল্লি— ঐগী নুপাসি ময়ামদগী হেক তোঙাল্লিদা। মতমসিগী মীনা পাম্নরিবসি অনৌবনি, ময়াম্না তৌনদবদুনি। মীনা কল্লক্লরমলোইদ্রা? ইস: মখোয়' ওফিসকী নুপী ময়ামদো? হেরা, ঐ লৈরিঙৈদবু। মচা মরি পোকপীরিপোৎনি, ঐবু নুংশিদনা কনাবু মানা নুংশিনি হায়গে'?

চাকচা তোক্লগা ব্রাইরম শৎ-শৎ লোইশিল্লম্লগা স্কুল চৎকদবা অঙাংশিং পুদুনা পূন্না চৎমিন্নখ্রে। ইথন্তা ঙায়হৌবসি ইচীক-চীকই। লৈকায় কোয়রুসিরা'? তনবু তল্লিদা, খা-ব্রাংগী মৌ মখৈ মচা-মশু স্কুল চৎনখ্রগা ফিবু শাবনে, ইংখোলবু শুবনে; মখোয়না তৌজশারিসিদি ঐদি মীৎতুম নাই। ফরে, সোরোক মখাগী ইনে গম্ভিনীগী দুকান্দা ক্বা মতপ অমদুম চারুগে, নুংশা য়াইদুনা ঙাইহাক ফমদোক্লবসু নুংঙাইরিপোৎনি।

ইনে গম্ভিনীনা ব্রারী হৌরকই, "ব্রাংজমগী ইবেমচাদু চেনখ্রে হায়য়ে।"

"কনাদনো?" ঐনা হংলুবনি।

"আ: লাপখ্রেয়ে, লম মমিংগা কাউরে, সুগুনুরোমদা।"

"নুপাদুদি ফ'জাৎলা পৈশা থোকপ'মদা ওইজরদি ফদৌবা।"

"ইবেম্মহোই, ফবা ফত্তবা অমা ফংলিদো ফরে। মতমসিদদি নুপা থিবদা ব্রানবপোৎনি।"

"হোয়নে ইনে, খরা অমা লালহৌবরোমদা শিবু শিবও, জেলদা লৈখিবও, ময়ূম থাদোক্লুনা চৎখিবও, খরা অমনা সিফাই খনখিবনে, কাপ্লবদসু ফনা য়াম্না শিদোকখ্রে। লেমহৌরিবা শরুকসিদসু তঙ্খায় অমদি নিশাদা, দ্রগতা লূপ্লখ্রে। শরুক মরি থোকপগী অমখক্তমক লেমহৌরিবসিদি নুপী ময়াম চঙদুনা মুন্নবা তাবনি। নাউবু চাউখ্রনিনে নুপাশিংসে।"

"অদুনে অদুনে, ইচানুপী ময়ূম পান' য়ারবী অনীখক লৈরি'সে ব্রাখ্রে খল্লুবদা। নঙদি নরায়বক ফৈনে, নশা-নউগাদু নোয়খৎলে।"

ঐ চাউথোকচরুই। যূমগী কৃপনোমদগী অঙাং শেন্নবফাও ঐখোয় নুপানা লোইনা তৌই। ক্বা মতপ অমগা লৈদুনা হল্লকই।

অহীংনি, ঐ মীৎকপ ঙন্তানা থোরকই। ঐগী নাকলদা খ্রো-খ্রো নাখোক্তুনা মহাক তূল্লি। নুংতিগী লৈমিন্নরিবা মাবু কাউরুরগুম ঐনা মীৎনা ঙক্লা য়েংলুই- মাগী হোংলবা শকফমদুদা। ইশাবু কাউরুবা মীকূপ য়াওখ্রবরা ঐবু? য়াওফম থোকই, সংসারগী অসুক য়াম্বা নীতি-নিয়ম, মী, শা-উচেক, চীং-পাৎ, তুরেলদগী চিংনা পূম্নমকপু নীংশিংদুনতা লৈবা ঙম্বা হৌনবরা? অদুবু, ঐ তমথীনা অকাও-ঈরোয়ুংদা লূপ্লুবে। মাগী কুচু মকশিল্লে, ময়াং কংত্রিক-কংলে, রাশি লৈরম্লা খদাং চপথরম্লে। ঐনা নহালমখৈ উরকপা মহাক্তু নৎত্রবগুম্লে। পূক্লীং খজীক নুংশিরকই, ঐনা খরদং ইশা ঙমদবা অহীং তূমদনা ঐবু শেন্নবনি। ওফিস চৎনবমুক হোৎনা, ইমুংগী ভাব ময়াম্মু পুনবা হোৎনবনে, মচা ময়াম শেন্নবনে ব্রাজরপোৎনি। ঐগী ফরবা পাঙ্গলসি মাগী মতেং পাংদুনা খরদং তিংথোকপদা ঐগী কয়াম মাঙজবনো? মাগী পুক্সিদা ঐগী শক্তক য়াওরি। ঐবু লুনা চান্না তৌবীবগী ঐনা নুংঙাইজরি। ঐগী নুপানি চাউথোকচরি। ইশাগী নুংঙাইবা অপেনবা ফংবগীদমক ইশাবু ব্রাংনা খল্লুবসি ইকাযফম থোক্লা? ঐগী নুংঙাইবদা মানা পেঞ্জবদু মানা ঐবু নুংশিবনি, কথোকপনি, ঐ য়াই। পূম্নমকাসিগী মঙ্গং ঐনা মঙোন্দা কবি পীখ্রবগে? ঐনা শীজিন্নবা য়ারগা ফৈ খনবা, য়াদ্রগা ফত্তে চৈবা, মসিদি মিনুংশি নত্তে, ইখা থাবনি খন্না তুহৎপনি। ঐ মীওইবনি, থম্মোয় পাল্লিবনি। মিনুংশি হায়বসি মীতনা হেন্না খঙফম থোকপনি।

মহাক তূল্লি, করম্বা আশাগী মঙ মঙলিগদগে? ঐবু মহাকসি নুংশিদবরনে? মীৎ কৃপ্তবমখৈ য়েংলুই মাবু। ফমজীল্লরবা থম্মোয় ঈচেল অমা খঙহৌদনা ইনোৎ কারকই, অমুক নমথরুদ্রে।

"হৌগৎলোনেহে নঙবো। নুপীনবু অদুক য়াহৌ থেঙলদি হয়েং নব্রা নাইরগা চন্নররোইনে।"

ইমানা খোঞ্জেল য়াক্লা লাউরকই। নিংথম ফৈজূপনুংগী ঐগী ব্রাখল মঙলান কায়খ্রে। ঙসাই মল্লিঙৈদগী হৌদোক্লল্লবনি। নুংতিগী ইমানা হৌদোক্লবা মতুং মিনিট তরাদং ওইরবসু চোম্থদুনা ব্রাখল মতেক-মতেক খনবসি ঐগী হৈনবীনি। মসিগী মথক্তা তাইবংদা ওইরোই-পারোইদবা ব্রাখলশিং ভাবনা শাগৎপদা নুংঙাইজৈ। চৎনরিবা তৌনরিবশিংসিদা থাজবা, অপেনবা ইয়াও য়াওদে। কদায়দগীনো ঙরাং নুংথিলদু ঐখোয় ময়াম পূল্লুবদা ব্রাচোয় খরা ঙাঙনখিবদুগী ব্রাখল মমৈদু ঙসি অমুক শমথরুবনি। নুপামচাশিংদুনা হায়খি, "ইচে য়ূম পান্নবা তৌরসি, মতম হেনখ্রনি। হয়েং শিরমদাইদা সেবা তৌবীনবা লৈরোইকো।"

মীপূম তিংনা তঙায়ফদবা ওইনা লৌনবা ব্রাফমনি "য়ূম পানবা"।

ঐদি য়ূম পাল্লগা নীংতম্বা ময়ামসি মাঙখিগদ্রা মিপাইজৈ।

ঐ হৌগৎলে। ব্রশ তৌবা লোইরগা মনীংলোমদা ঙাইহাক লেপ্লুই। মনীংলোমগী ইনম্মা চাউবনা মচানুপী পীকখ্রবদুদা খূৎচাউ থাদুনা দম-দম ফূথরকই। মচীন্দসু পেনবখে চৈবকই, "নয়ূম পানবীখ্রো ইবেম্মা, লাইদৌনা লাৎপা ঙমজদ্রে।"

ব্রাহৈসি অঙাংদুদা মতীক মপা চাদে। কনাগী থম্মোয়দা অনাবা ফাওনবা হায়রিবনো? ঐ খঙডি— মখোয়গী ইচে সোরো ঙসিসু লৈশারি।

চাকশঙদা চঙদুনা ঈংথরম্লবা ঐগী চা শরুক্তু মৈথক্তা অমুক থাঙ্গৎলে। ইনম্মা চাউবগী ব্রাহৈদু ঐগী থম্মোয়দা নৈশিন্দুনা লৈ। খল্লি— মীওইবগী নীংতম্বসি কদাযদা লৈবগে? উচেক ওইনদুম পোক্লম্লবদি ফগদ্রা? উচেক! ঐগী ব্রাখল মশা পাইরকই, ব্রাংনা পাইখৎলকই। কদোমদগীনো খঙহৌদে ঐগী শকথীবদু মশা খপ্পা হেক পাইশিল্লকই। উচেক ওইবদগী মহাক ক্লাসু চাদ্রে, য়ুসু থক্রে, তোয়না শাংগনবা কোই ককউ হায়নদ্রে। তাইবং মীনা অমুক ফংঙম্লরোইদবা নুংশিবা ফংলে। অচীকপদা, চীংয়াদা, পাৎয়াদা ইবান্নীতা পাইমিন্নবদা, চীল্লোক্লবদা অথিংবা লৈতে। অহাওবা উহৈ চামিন্নৈ, অরুবা ঈশিং থকমিন্নৈ। মতম্মা পুরকপা মপূং ফারক্লবা ঐখোয়গী নুংশি-নুংশিবা উচেক মচাশিংদুগী মঙ মঙলকই। ইহুম ফজবা অমা শারে। অহীং-নুংথিল খায়দনা ঐনা ইরুম কোল্লি, মহাক্লা কোয়না পাইদুনা চীঞ্জাক থি। ইচীন্না লৌখৎপা ঙমদবা চেঙ-হব্রাই মাগী মচীন্না ইনবী।

নোংজু-নুংশা, অহীং-নুংথিলগী অৱা-নুংঙাই চৈথেং নংদবা তাইবংপালদা করম্বা জীব লৈরমগদগে? ইহুম পোঞ্জেন্নুংদা হয়েংগী মঙ মঙজরিবা ঐবু অতিয়া শীন্না কৃপশিল্লক্লিবা নোংগী মপৈশিংনা মিপাইহল্লে। খঙহৌদনা নোং-নুংশিৎ তৌরককই। উফৈথক্কী ইহুমনুং নুংশিরবা ইরূমশিং শেন্নবদা ৱাজৈ। খঙহৌদে অকনবা নুংশিৎকী শহুমদা ঐগী ইহুম নীংখায়খ্রে। ইশা পানবনিনা ঐ হিংহৌরে, অদুবু ঐগী নুংশিরবা আশা মচাশিং লৈখাদা মচেৎ-মচেৎ কায়না তাখ্রে। চীঞ্জাক থিখিবা উচেক লাবসু হল্লক্ত্রে, লম্মাঙনখ্রমাল্লে। মঙাও থীনা চুরি কুমগী নোং, ঐগী মীৎকী পি নোংলীকশিংগা পূন্না তামিন্নবি লৈমায়দা।

"চাদু'মা থকপদা পূং চাতরেৎ চঙবরো? লাকওনে ফি শুনা কোৎলুরসি।"

ইনম্মনা মপান্দগী কৌরকই। খল্লি— উচেকসু কপ্পজাৎলা? ❊

